ফোঙদোকপা—
এলাংবম কমলাম্মা রাজকুমারী
মোইরাংখোম
ইম্ফাল



অহানবা নম্বা—১৯৮৮ ইং
কপী—৭০০
মমল—লুপা ৩০.০০

ফংফম—
১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল
২। রাইটর্স বুক ষ্টোর
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

নম্ফম—আর বি প্রিন্টিং হাউস
নাগা মপাল, ইম্ফাল।

-খুদোল স্তমজবা

# “মিংনাইদবী”

৺বারুনীকুমার এলাংবম গী
মফম্দা।

# ৱা-অমত্তং

মিংনাইদবী ৱাবী শৈরে, ৯ গী নাচোম্নি। ৱাখল্না শেমজবা নাচোমনি। মণিপুরগী মৈতৈ সমাজগী মশক্ ঙয়াগী হুংদ, মশক্ অমত্তং মওং লাক্পা ওস্ব্রা হোংনজবনি। ৱারী শৈরেংশিংসি পাবিরগা অমদি তাবিবগা ভাইবংগী অৱা-অনা মিকুপমুক্তং কাওহুনা মিংনাইদবীগী মওং মতৌ শক্তম শাজৎ ৱাডাং ভাইহাক্তং য়েংবীবা মতমদা হোংনজবগী মহৈ য়াম্লে খঙ্গনি।

মোইরাংখোম লোক্লাওবুং

ইম্ফাল

জুলাই ১৯৮৮ ইং

সোনামণি এলাংবম

# য়াওরিবা



---

১

# থোইমুগী অহিং

অহিং ঈচিক্ হুল্লক্লে থাজস্থ ৱাংনা পীকৃলক্লে,
নোংয়াই চবুক যোৱকৃলে তাইবং পুম্বা যাতাখ্রে ;
লোম্ম-লোম্মা খুনীং কাঙ্না নিঙোলকাৱু লাল্লেদো
চাৱগী পৌবোন্ ছত্তুনা থোঙ্জিল্ নাতৈ কাঙ্লেদো ।

তমু কাহদ থোবকৃলে থাৱায থোঙ্গাল লান্থৱে,
হিংগোল্ চাইগে'ই ৱাংমদা য়াঙ্বী থোঙ্দোই হুল্লক্লে ;
থাঙ্গবাং চিদাই তম্নকৃলে ; ম্নকোম্ফুং ম্নথোঙ্নি
সনা থোংনাং মথোঙ্নি তলা থোংনাং যটানি ।

পাথৌ মানা হায়ৱম্বা কালগী মতম্ ওইবকৃলে
শানৌ থোঙ্দোইনৱকপা তলা যটা নক্লকৃলে ;
লৈচলনা থাজ কুপ্পকৃলি মকুনা কুকু থোংলকৃলি
থংগোনবস্থ লেপথৱে—হাপুংনা মিতম লাক্লকৃলি ।

তমুনা উৱি তলাথক্ উনা 'মত্তং লেঙ্লিদো
অমুক্ কা-শং অমুক্ কুমথ—তমুনা খল্লি কল্লিনো ?
খঙ্হৌদনা তুক্ক ই লৱাই লেম্ফ্ শম্ য়ুংই
হাওনম্মা নায়ৗগে ছল্লকৃলি ; থোঙ্থাং ৱাংনা চঙ্শিল্লি ।

শাবী মাবু লৈবরা মিৎয়েং শাৎথৈনজরি
মুশি-মুশি থাবল্লক্তা তুম্বক্ কনা' লেপ্লি ?
তলা উথোং য়োম্রকুলে শাবী মাদি কদায়নো ?
খোয়নৌ ফাগি তৌবরা য়াদবা মতাঙ্ থোক্পরা ?

মুরা মুংবং লেপ্লীগৈ মিৎস্না কোয়রৈনরিগৈ
চিংন' পুক্লৌং থল্লিগৈ তুজুং মাঙ্গুং লেপ্লীগৈ
পাখঙ্ শউম ফংববা যাম্না খোঞ্জেল তাববা
মাঙ্দ-চঙ্শিল্লকপরা রাখল মঙ্লান্ মঙ্ববা ?

ক্লাক্না লাক্ল খোংলক্লে রাঙ্গোই শ্বাইবী পাইরক্লে
মকুগী ক্লু-ক্ল লক্তা নাহে খোঞ্জেল্ তাবক্লে।
তলা যটা লৈইনা-মা-না থিবে নাবলদা উথোং
মাঙ্দা তারি—ভাঙ্ল ঈথেঙ্ লোয়্ননা চাইথি শরু শয়াং।

উনে নুজাদি অমা নাহে নাহে ফম্লম্মী :
লুপাগুম ঙৌই ঈ-থাংদে ওক্শম্ শিংলি শংনা উবি
অপা-বা ফিজোন্ শেৎপীনি হক্চাং কা-য়াং উৎপীনি
না-হে খোঞ্জেল লেপ্তুরি মিৎস্না তরং ঈহৌরি।

অশোক্ অপন্ য়াওদেদো ঈংবনা নীক্পা মাল্লিদো
তমু হংজৈ লাঙ্তক্লা—খোয়নৌ নঙ্বু কনানো
করম্না সিদা লৈরম্না করি দযা তাবনো
ঈপাম্ লমদম্ কৈদনো করম্ ইদোম্ লাক্পনো ?

ঙাঙ্‌ল-মিংনা য়েংলক্‌ই তমু খীরুম্‌ তৌবনি
নীরু-হুৎপা খোঞ্জেল্‌নি লবাই লেক্ষু শম্‌ মুংখি।
"থোইবু ঐগী কোলোয়্‌নি ফুবালাদা ইয়ুম্‌নি
শাবী পাখৌ য়াথংনা খোংনাং যটা তানবনি।

মুবা খোঙদোইরক্‌পনি পাখৌ য়াথং তুংইন্না
নিরেনগুম্না ইল্লকখি কায়েন শুজা পাখৌনা
তলা খোঙ্‌দা ঙাইবনি পাখৌ শক্তম উদরে
থম্মোই লাইয়ুম্‌ কায়্‌রেদো নখোয়্‌নৌ লাইবক্‌ থীখবে।"

তমু অমুক্‌ হংজখি "পাখৌ কোলোয়্‌ করিনো
ফীগৈ শেংউ চান্নবী করি লমদা লৈবনো ?"
"পাখৌ লাল্লোই অহন্নী য়াইস্কুল্‌ লমদা লৈর্বান।"
মুরাই পাউখুম্‌ তনিক্লী তমু থম্মোই মনিক্লী।

থঞ্জে তমু পায়মনুং পাখৌ লৌনম্‌ চাউবনি,
থম্মোই শোক্ল' শম্বন্‌বা ওইন-চাউবী তমুনি ;
নাক্‌চি-হুমাং কা ববী খ্বাংজেৎ মচি লাংথুনা
মুংশি চাউবী মহাক্লী থল্লুই তিলাং থয়োংনা—

লৌনম্বীর' মহাক্লী থোইবু মাসু ঐগুম্না
লৌনম্বীবে ওৎপীরে পাখৌ মীওৎ চাউবনা।
খোয়নৌ ইতা থোইবুও নতাই কাদা চৎলসি,
হয়েং ইমুং ঙাল্লগা শাবী মকাই য়ৌরুসি।

তমুনা কোন্না হৌগৎলে শানৌ অনি খোঙ দোইরে,
উনগুম্ ঈংবা হুকচাংনি তম্ খুংশা পঙ্থরে
মকুনা খোংলি কু কু, কাক্লা লাক্ল খোংলকৃলে
পঙ্গৌ ইংখোল চাউগোইন্নুং খারায়্ থোঙ্গাল্ য়ৌরকৃলে ॥

খারায়্ থোঙ্গাল্ য়ৌবদা তাউবা হুয় দি কপ্লকৃলি।
"চৎকে লম্বী থাদোকউ" শুন্দা য়েংনা হায়বকৃলি—
পোইন্নু লোংনা তুরকৃলে—তম্ তপ্পা কোনখৎচৈ।
থোইন্নু শাউনা য়েংলক্পা তম্ পুক্লীং পাখচৈ।

খারায় থোঙ্গাল্ লানশিনগ্রে ইচুম তাফম্ য়ৌবকৃলে
খঙহৌদনা চপ্ লেপখি—থোইন্নু হন্গে হায়বকৃলে।
তমুনা খাম্মী খুৎপায়না "খোয়নৌ নঙ্বু কৈদোগে
নোংলেন্শিদং লেনখিশি হুয়েং চৎশি কৈ হায়গে?"

তারি-মালৈ কাখৎলে তাউবা হুয়দি কপচবি
"ঙসি ঐগী ত্নমির্ণনি খোইনৌ তম্ লোয়্নরি
খোইনৌ মাবু শিন্নগো মাগী মতম্ লোইরেবো"
ঐগী বাবা কোক্লনি শানৌ লৌনম্ তৌরনো।

মুকম্ মুকম্ শোঙ্গরি তমু তপ্পা পাউহংই—
"খোয়নৌ করি মতৌনো" থোইন্নু শাউনা য়েংলকই—
"বারুরম্নু হৌজিক্তি অমুক পম্বরম্নুসি
নতাই কাদা চঙ্লগা অরা পোত্থারুরসি।"

থোঙজিন্ নাতৈ কাঙ্থুনা শানৌ অনি চঙ্লকৃলি
চারগী পৌরোন থাখরে খোঙ্জাও ক্রক লোনশিল্লি ;
কাইদ-কাইদ চঙ্লকৃলে শানৌ মকা য়োৗরকৃলে
মুরাই কাদা থাল্লিবা থাউমৈ মৈরি হাইরকৃলে।

কুফেৎ-কাফেৎ তৌরকৃলে মৈরি ফৎ ফৎ চোংলেদো
মুংশিৎ শিত্তে কৈদৈনো মৈরাল পাইদে কন্নিনো
ফমুং থক্তা য়াতারে মুরা অনি য়াহিপলে
মুংবংনবী তমুদি খোমলেন্ মঙ্লান্ তানথরে ।

থোইমু পাঙ্না পাহোম্লি মখোয় য়েংনা হায়রকলি
ফম্মুং থক্তে কুমথরে মাগী মশক উৎলকলি—
"ভূসি ঐগী মু'মিৎনি তাঙ্গা অসি ঐগীনি
মাগী মতম্ লোইরেকো তাঙ্গা অসি লিৎথিনি—

নখোয় পূম্বা খঙ্নদাই নোংদম মাগী নোংদমখোল্
খোয়নৌ মাবু শিন্নরো তারো ঐগী ইপাউখোল্
অমুক থিংবা তৌরমু কাউরগমু নোংদমখোল্
তাঙ্গা অসি লিৎথিনি নোংদমখোল্নি নোংদমখোল্।"

কাক্লা খোংই লাক্ল-লাক্লা মকুনা খোংই "কু কু"
থরাইরাকপী খোংলকৃলে—অথুবীনি "কু কু"
তাইবং পূম্বা মুংবংনৈ মালঙ্দি নোকৃলি হরাউনা
থাউমৈ মৈরি মুৎথরে থোইমু নোকচৈ মোমোম্না ॥

ইন্দ্রাল

নবেম্বর ১৯৭৯ ইং

২

# অমুদোন্

উরি-রাউরি থানি হুংশিংনা র্ রু শীংলি
হুমিদাংবাইরম তাঞ্জানি হুক মুরু মতমনি ;
হৈবোকচীংগী চীংজিন্নি অমুদোন্ চীংগী তময়ানি
চাউবী নাইতোম্ চংলক্লি মথোক্ কাবী মহাক্নি।

লাংথবান্ কুঞ্জ লম্-থা-ন হিয়াংথাং লমদম্ ইন্দানলি
কোরৌ ময়ুম চঙথরে মোম্লু খোঙ্কাপ্ তোযবক্লি
যাঙ্বী ছোরোক মীচীকলে কনা উদে মহাক্তি
খংগোন্ ঈন্না—খোঙ্ থাংলি লুক্রাক্মুক্ য়াংই মশাদি।

চংলি মাঙ্দা কনানো "নাইতোম্ চংলি কনানো
ঙাইখো ঐগা চংমিন্নসি ;" পাউখুম যংদে করিনো ?
কন্না তাল্লি ফংঙমদে চেন্না তাল্লি যৌঙম্দে
মাদি তপ্পা মচংলি ঐনা মঙম্ মশান্দে।

"ঐগা মাগা লাপ্নরি মনাক্ নক্শিন্ ঙমজদে"
"কনানো নঙ্বু কনানো ?" চাউবী পাউখুম ফংজদ ;
তোয়না তোযনা কৌজবা হুংশিংলক্তা তিনখিদো
হুংশিংলক্তা ফাওরক্লি হাওনম্না মাইকৈ ছল্লিদো

হৈবোক্ চীংনা মপাম্নি হিয়াংথাংনা ময়ুম্নি
নম্বুল্ তুরেল্ মপান্নি মোম্ন্ খোঙ্দোই হুল্লক্লি
মী-চীক্লবা লম্বীনি—মাঙ্গী মীতু কৈদনো
অশাবা মুংশিং শিংপরা করম মিত্তে মাঙ্বনো ?

চাউবী খীরুম তৌবরা মোম্ন্ শম্বু য়ুংবরা
পাখৎপরা খ্বাই খ্বাই হুমাং নপ্লা কাবরা ?
ফিঙৌ শেৎপী ফিরুক্ খুমবী মাঙ্দা চৎপী খ্বাই মাঙ্খি
কদায়্দনো মুরুম মুরুম্ মী চীক্লবা লম্বীনি।

লৱাই লেম্ফ্ শম্চপ্ য়ুং তুজুং মাঞ্জুং মচৎলি
খঙ্হৌদনা কোয়শিল্লকই খুৎলাই পায়বা কয়ানি
অমুক উই অমুক উদে মখোয়্ লোইনা খুৎলাই পায়্
থরনা তা থরনা লাংশোই থরনা থাঙ্ পায়্ ;

কুচুনা হামুক মকোই মগাং তুজোম পাজোম্ই
কিরবা শকফমনি য়েংলুবদা তুজুংই।
ৱা ঙাঙ্লি, লাউরি খোংলি, অমুক তায় অমুক তাদে
কিরবা শকফমশিংদো অমুক্ উই—অমুক্ উদে॥

মাবু লাঙ্গোই চন্থরে শকুউদনা লাউরক্লি
"ফারো ফারো হিংনা ফাও" ৱা ৱা য়া য়া নিল্লক্লি।
"নোংবুম্ তরেৎ শুরেনে মাবু থিবা ঐখোয়নি
লে-ম্না থা-বা য়াদেকো ঐখোই নিংথৌ য়োদৌনি"॥

"নিংথৌনা মাবু পাম্বনি মানা লোজুনালৈবনি
নাম্থোক্হন্বা য়াদেকো ঐখোয় চেকশিন্ হোৎনসি
ফা-রো ফা-রো হিংনা ফাও" বা বা য়া য়া নিল্লকলি।
মায়গৈ শলাই খঙদ্রবী চেনকম্ লাকফম লৈত্রবী

করি গতি লৈত্রবী নাহে নাহে কপ্লকলি—
অয়ো নাহে খোঞ্জেন্নি পায়মা পীবুক্ লুঙোল্লি:
ফিঙৌ শেৎপী মায়খুম্বী মাঙদা অমুক চৎলরী
অমুদোন্ চীংজিন্ ওন্দুনা হিকহৈননা তেংথারী।

অমমম্ অঙান্ শিন্নরী লুংশিৎনা ব্রু ব্রু শীৎলি
অশাং-অরান্ থাদনি —উনানা প্রোপ্ প্রোপ্ কেল্লি
লুংশিৎলক্লা উনারক্লা প্রোপ্ প্রোপ্ জাই জাই খোঙ্গেলনি
অয়ো না-হে খোম্থাংয়ৈ কপ্পা কপ্পা লাউবনি।

"ইচু নিংথৌ অমুদোন্ নঙবু কৈদা লৈবগে
নচেম্ ঐগী অবাবা নঙবু কৈদৌ উদগে ?
লাঙ্গোই চল্লে ঐহাক্তি পামদ-নাক্লা পুদোরে
থীল্লগমু কৈদোগে অবা-পন্দোন্ লোম্লকলে।

ঐনা কৌবা তা-রবা থীল্লগমু শানৌও ;
নচেম থবায় কল্লোরাঙ য়াংদো খোঙদোই হুল্লকউ॥"
না-হে খোঞ্জেন্ পুমনিন্নিন্ ঈরাঙ লাঙবা মতৌনি
কাক্লা লাক্লা খোংলক্লি হাওনম্মা মায়গৈ চৌল্লকলি।

শান' মালঙ্ হুম্নকৃলি চাউবী তুজুং লেপলিরৈ
শকথী' তুজোম্ মখোয়না লাঙ্গোই চম্না লৈরিরৈ
খঙ্হৌদনা তারকৃলে লাঙ্গোই খুরুপ্ খোঞ্জেলদো
হুংশিং ইপোম্ ঈহৌনা চাউবী নাক্তা থৌখিদো।

শকউদবা লাঙ্গোইদো হুরু মুরু মতমদা
শেং শেং তোক্ তোক্ মরক্তা মায়কৈ তন্না নিন্‌বদা
মৈত্রেং মৈন্না পাইবনি মম্লি মম্লি মতমদা
ঈরং ঈরং লংবনি মচি মচি থুদীংদা।

থাঙ্গা থাঙ্গা থেংনবা তা-গা তা-গা মূক্নবা
লাঙ্গোই খেক্না খোংলিবা নাহে খোঞ্জেল থল্লবা—
মায়গৈ ফাংনা চেন্নখ্রে শকথী-তুজোম কাঙ্বুদো
কাইদ-কাইদ থৌরকৃলি শকউদবা লাঙ্গোইদো॥

ফিঙৌ শেংপী মায়খুম্বী মাঙ্দা তপ্না মচংলি
চাউবী নাক্তা চঙ্লক্লি লাঙ্গোই শউম্ মফংই
নক্না লাপ্না ইন্দানলি তিয়াংথাং মায়কৈ পাংলক্লি
কিবনা থক্ থক্ নীক্লবী চাউবী রাংনা খোঙ থা'ই॥

লম্বী তঙ্খাই হেল্লক্লে থতে থং থতে থং
লাঙ্গোই খুরুপ মচানি লেপখ্রে শীংলি' হুংশিং
করম লাকপা খঙ্হৌদে য়াংলে মশা লুক্রাকমুক্
মাঙ্দা চংলি মায়খুম্বী য়েংঙমদে মারু অমুক্।

হিয়াংথাং খুজিন্ য়ৌরকপা লাঙ্গোই খুরুপ্ অচৌবা
খুরুপ্ খোঙ্গেল্ থাপ তোক্‌খ্রে তাম্‌খয়ে লাপ্পা থাপ্পা।
মাঙ্‌দা চৎপী মায়খুম্বী মায়খুম হাংনা যেংলকই
হন্না য়েংই চাউবীদা লংনা কজে মিৎ থবই

চাউবী খিরুম্ মতৌই লুনাং অনপ্' কারকলি
লবাই লেম্ফ্ শমখুংই। হাওনম্না মায়গৈ ছল্লকলি
কাক্না লাক্না মখোংই অশাবা লুংশিৎ শিৎলকলি
প্রোপ্ প্রোপ্ শেৎ শেৎ তারকই মুরুম মুকন নিল্লকলি

বা বা য়া য়া লাউরকলি নোংঙদ' নোংথাং কপ্লি
মাঙ্‌দা উরি মৈঙান অমা মুনা থাংনা তুংদা লোপ্লি :
ফিভৌ শেৎপী মায়খুম্বী উনা উনা মাঙখয়ে
লাঙ্গোই খুরুপ অচৌবা তা-না তা না তামখবে।

চাউবী লোংনা হাইথরে লাইরেম্মপী চীংখোঙ্‌দা
য়াদা কোঙ্গোল কারকলে হিয়াংথাংগী খুড়িন্দা
মী চীক্ল' মতমসিদা সন্ধ্যা মতুং তাঙ্গাদা
তাইবঙ্‌না থোং লোম্নবা তিনমু লাইমু থোকপদা

ময়া ক্রক্ ক্রক্ চিক্লুনা মনিৎ শুন্দা য়েংহুনা
চাউবী চোইরোল লোম্নকলি হায়রকলি তপ্পা তপ্পা
"অমুদোন অমুদোন লান্দা থৌবা অমুদোন্
পাথৌ লান্দা থৌবও —অমুদোন অমুদোন্ ॥"

ইম্ফাল, মে ১৯০১ ইং

৩

# মিংনাইদবী

স্থমিং য়ুংবা মতমনি লাংবন্ মুংশা লক্তনি
শামুগ্নৌ লমদম্ মপুংয়াই লম্লেন্ রাঙ্গোই তান্বনি ;
অতুঙৈগী রারীনি ইবেনবোক্সা লৌবনি
শানৌ কোলোই কাওখয়ে—নিঙোল্ খোঙ্কাপ, তোযরকলি।

মথোক্ কারুক্পী মহাক্পী মিংনাইদবী শকহ্নেল্বী
মী লাই তীন্ কাঙ্, পুঙ্গী তিলাং থয়োংনবীনি,
অতিয়া খুংনা কোয়রিবা কোয়ৌহন্বা তাউদন্বা
শগোল্ চুপ্লী যৈথংনা দলাই লকক্ লেপ্পুনা

শানৌ নঙ্বু য়েংলিদো স্থরা হেকমাই মিতায়ী
মতম্ নাইনা চংলিবা লাইয়াম পূম্বা থোরকলি
স্থবা মায়থোং য়েংন-য়েং শানৌ খুতুং তুংইল্লি ।
নোংলৈ স্থংশিং লোযন্না শামুগ্নৌ লাক্পা লেঙ্থোক্লি

লাইয়াম্ ওক্কে হায়তুনা শঙ্গাই শনথোং রাংমদা
থোগন্ লোইযিন ইকোয়্কোয়্ লেঙ্শিল্লি তাঙ্বলথক্তা
যেংথাঙ্ ওইথাঙ্ লোয়ননা চুং-পে-লাংশায় থোগন্নি
ফরাংজি ফিম্বুম থক্তা ফিডৌ ফিদা থক্তনি,

শামুগ্নৌ লাকপা লেঙ্শিল্লি লাইয়াম খিবিক্ ঙাইরকলি।
মাঙ্দা হৈরুক্ কান্নিদো অথেম্পোংনা কয়ানি
তৌগ্নি খাঁশি থোংতুনা খাল মাঙ্গং য়ৈহুনা
কংলা পুংজাও থিক্সুনা ঙাইরি মথোয়্ মোমোন্ নোক্সা।

মাঙদা লাক্লি শাফবা থৌগন্ লাঙ্গন্ লোয়ননা
ফমদৌ হুম্ফ্ মরিগা—লাইগী নিংথৌ ব্রাংবরেন্
খানা-চাওবা শকহেন্বা ব্রাঙ্গোই কোম্লুং তমহুনা
ঙসি হল্লকৃলি পন্দনা কৌক্র লৈয়্হেন্নহনা।

অব্রাং কৌক্র অশুপ্পা লোইনাই খুন্দা অহান্বা
চারিক মপাল থারিবা নোংথৈ্র মউ লিংলিবা
কুমদম কুমওন্ লেপ্পবা লাইয়াম্ খুন্দিন য়াংখিবা
কুমওং কুমশক্ ওইরকপা পাউরম্ পুম্বা তমলুবা

ব্রাংবরেন খানা চাওবনি ময়ুম শঙ্গাই তম্লকপা
থৌগন্ লোইয়িন্ কয়ানি হঞ্জবনা মাঙদা থা,
প্রোক্ প্রোক্ শেৎ শেৎ, র্ র্, মনিন্ নাইনা লাক্পনি
তৌদ্রি বাঁশি খোংহুনা ব্রাংব্রেন মাবু ওক্পনি।

শানৌ মায়থোং উরুবা পায়মা পুক্লীং হুডোল্লি
খানা চাওবা শাফবা খোঙ্থাং লকক্ মতৌরি
মুরা হেক্মায়্ মিতারি চিংন-চিংন ময়েংলি
হুংশিং অশাবা শীংলক্লি হাওনম্না মায়গৈ শীল্লক্লি।

ঞিংনাইদবী শকহেন্বী থাংদনা থাংবী খোঙ্থাংনি
চৎপদা মঙম্ ছান্দবী থর থর নকশিল্লক্লি
শামুরৌ লাকপা মশাইগোন্ সনথোং থোঙ্গাল য়ৌরক্লি
মবুক্রুংদা থঞ্জরি উদবা মিংনা য়েংলক্লি।

মখোয়্ ময়াম্ মিংনাঙ্দা মুগ। লুক্কক্ মচংলি
মাঙ্গী মঙ্লান্ নীংশিংলু খোইকুম মোমোন্ তৌজরি
লম্বীদা কনা মচক্তে অকন্বা নোংলৈ মুংশিংনি
মুরা মাস্থু থঙহৌদে নোংলৈ মুংশিং অনিনি।

হুরু হুরু শীংলকলি চঙ্শিনকলি মুম। মাঙ্দা
লৈয়্রকলি কাতু-কারল্ মুবা মগী মনাঙ্দা
হুং হুং রুং রুং হুনহুনা মাযকৈ খোম্না শীংলক্লি
মায়কৈ শলাই থঙলক্লে মাঙ্গী লম্বী থংলক্লি।

মিং উইশিন্ থংলেপ্ লেপ্ চংকম্ থঙ্দরে মহাক্তি।
নোংলৈ মুংশিং নেমথখি নাকন্দা থৈইনা মশীংখি
মুরা মিংম্না থংপাঙ্ পাঙ কদায় য়ৌরে য়েংলকপা
লাক্পা মশাইগোন্ নক্কম্লে লেপ্লম্লে উখোঙ্ নাক্পা।

মাঙ্গী লম্বী যেংলকপা মাঙ্দা উরে খোঙ য়াদা
কিনা ফজর' লিন্ অনি চংলম্মী খাত্রাংননা
কাপ্ হুই অমা শাংগনি সনাগী মকোক পাল্লিনা
মুমিং মঙান্দা ঈরং লং মিংথক্লা ফজৈ থল্লিনা।

মুরানা হোংনৈ থৈদোক্কে লিম্না থংলি মাই লম্বী
কাতু-কারল চংলকপা লম্বী থংলি শক্হেন্বী
মকোক্ থাঙ্গং য়েংলকপা মশা খীকুম মতৌই
ফজর' শকফম উকবা য়েংদ ঙমদে মহাক্তী।

হাওনম্ মায়গৈ শীল্লক্লে মিংনাইদবী শবহেন্‌বী
থুক লাউই করিনো ভুঙ্গ মাঙ্গুংনরকলি
লহাই লেঙ্কু শম চপ্‌যুং মিং উইশিন্ লেবথবব্‌ই।
লাকৃপা মাগী নশাইগোন হি গোন্ চাউগোই নঙ্গংনী

ফানখোঙ্ পায়রবী মহাক্লী লাকপা মাগী শাইগোন্দা
ময়া কোঙ্গোল্ কা-তুনা মফি মরোল্ মযম খঙদা
উথে ঙতুনা ঙাহনা লেপলি তুমিন্ মতোম্‌তা
উইশিন্নবা মিংস্নানা হুমিং যুংবা কান্দুদা

তবং তরং উজন্নি নোংলৈ হুংশিং লেপ্‌থগে
হাওনম্ পূম্না কোবকুথবে শংব্রৈ মনম ছিল্লকুলে
মাবু থংপা লিন'নিদো যজবা পাখঙ পইখবে
লৈবাক্কেই হৌগং যুক্ যুক্ হুবা নাক্তা চঙলবলে।

মাঙদা লান্‌ক্লি ফজবা শানৌ পাখঙ্ অনিদো
বাইদ কাইদ চঙলক্লি হেদোই-হেরাও বা-রিদো
কুচু ঙৌরোক ঙৌরবা খানা চাওবা মহাক্লী
পুলৈ কুচু লময়োবা শামুবৌ লাকপা নিংথৌনি

অনি চঙ্‌মিন্নরকই ফম্মিন্নৈ, খা-ত্রাংননা
ফরাংজি যিবুমথক্তা অঙৌ' কিদা থা-রবা
পাক্ক'-মোল্ল' কিদাদা ফম্মিন্নৈ নোক খেনা
অথেম পোত্তি কয়ানি চামিন্নৈ য়েম্না-য়েম্না ॥

মিৎচিনা ফল্লপ ফল্লপ য়েংলকই তোয়না তোয়না
খানা-চাওবা শকহেন্‌বা হুংলকৃই নোক্লা নোল্লা ।
খুদোনবীনা থিন্দুনা মুরা মায়কৈ য়েংহুনা
"পাখৌ লাকপা মুংশিবা শানৌ শিবু কনানো ?"

মিংনাইদবী শকহেনবী ইকাই-শঙ্গোই হাঙ্‌জরি
তুঙ্গং মাঙ্গুং শিবুং শিবুং হুমাং'নপ্পা কা-জরি ।
ইকাইথীবী শকহেন্‌বী করি মতৌ কৌবনো
মায়-ঙাঙ্‌লপ, লু-লুকৃথরপ "ঐবু করি দষানো ?"

লাকপা মানা হাযরকই মুরা য়েংবোই য়েংদবোই
"পাখৌ ইবুংঙো তাবীয়ু কুমজা বয়া মমাঙদৈই
তালোই মচা ওইজগে তিলাং খয়োৎনজবী
রাখল্ লীশাং থাখিবী মুরা মানি তনৌবী ।

মকুম মথা য়ৌহুনা ঙসি কোয়ৌ নোংজাদা
লাকপা ঐগী ইশাইগোন্ মুরা খোঙ্‌দোইরক্‌পনি
লাকৃপা ঐনা থল্লুরে পাখৌ নখোই নমাঙ্‌দা
লেম্নজগে মহাকপু লাকপা ঐগী রাখলনি ।"

লাকপা য়াবা তা-বদা তিল্লাং খয়োৎ রাখলতৌ
মুরা মায়থোং য়েংলুবা থম্মোই রাখল্ মতাম্‌তৌ
মুরা মাগী রাখল্‌না থম্মোই পুম্বা শুস্কৎনা
হায়্‌নি হায়্‌রোই খঙ্‌দনা রাংত্রেন্ খানা-চাওবনা

লাকপা মাযথোং ফেংদুনা তপ্পা মেঙ্না হায়রকই
ওম্থোক্লগ হেন্‌-থ্রেদা পায়মা পীবুক্ মুঙোলি
মুরা হেক্‌মায় য়েংলুবা প্যাখঙ্ ঐবু ঙাওখরে
তুংয়ান্ অমুক উরগা থোইনা হেল্লা মচাক্‌লে।

পাথৌ লাক্‌পা নকাদা হায়রোই কৌবা ঙমদরে
চরৈ যিগাও শাদুনা পাথৌ 'ঙোন্দৈই নিরগে
ঋাবৌগমু পাথৌও নতাও 'ঙোন্দা পীরোনে
ঐগী তালোই ওইজগে তিল্লাং খয়োংনববে॥"

ঋাঙ্ব্রেন্ মরা তাবদা লাক্‌পা মানা খুম্লকই
"'হাযবীগমু পাথৌও—ঐনা শেমজ' চাবনি
ফনেক্ খোয়দোম শেংজিঙৈ মুয়ানা হৈরক্ কারক্‌খি
মুমিৎতুদৈ হৌদুনা মুংশিরকপী মহাক্নী

তালোই মচা ওইজগে লেপ্‌খববা ঋাফম্‌নি
ঐগী ফানথোঙ পাযথ্রবী শানৌ মাদি শক্‌হেন্‌বী
মিংনাইদবী মহাক্নী লম্ফে অমা চংকদ্রবী
ঐনা কাউবা ঙমদবী তনৌ তনৌবী মহাক্নী

পাথৌ নঙবু হায়রম্ব ঐবু 'মুক ঋাহল্লমু
হন্দকৌসিদি ঙাক্লোনে পাথৌ নহাক্ শাউরমু।'
লাক্‌পা মরা তা-বদা মনিং ঈ-কারক্লে
ঋাঙ্ব্রেন্ থানা চাওবদো মশা থক্ থক্ নীক্লক্লে।

"পাখৌ ইঙো ৰুম্বিনো হায়জৈ হায়না তৌবরা ?
নশাইগোম্মি হায়ত্নুনা ৰাহৈ কা-ৰাম্ চাউবরা
ৱাঙ্ ব্রেন্ খানা চাউবদি লেপ্ খরবা ৱারেপ্ তি
পাঙ্ খোক্তনা তোক্কেদো পাখৌ নঙ্ বু শাউকদে

ঐদি মাবু পুৱগে ঙমল' নঙনা খিংলোকো।"
ৱাঙ্ ব্রেন্ মৱা তাবদা ক্রং শাওরবা লাকপদো
মশাইগোম্মি খন্দুনা অশাওববু ফা-থরা
চীংনা লেম্না হায়রকই "তারো পাখৌ চান্নবা

ঐনু লেপখ্র' ৱাশক্তি পাঙ্ খোক্তনা তোক্কেদো
মুরা মাবু চান্নবী থাদোক্লরোই থল্লেদো
ঐনা হিংনা লৈরিঙৈ পাখৌ নঙ্ না পুখিবা
ওইখোল্লরোই বৈদৌঙৈ ; তারো পাখৌ লৌশিংবা

মুবা মহাকথক্কীমক্ চায়নপুংদা থোক্লসি
মুরা মাগী মশু লাং থৱাই পোম্থানরসি।"
লাকপা য়াৱা তাবদা "মত্নুনা ফরে পাখৌও"
ৱারেপ্ অসি লেপ্ত্ না চায়নপুংবু য়ৌথ্রেদো।

চায়ন-পুংদা লেপ্পবা লাক্পা-খানা চাওবনি
তিমেন্ খুত্তা পায়ত্নুনা মুৱা মাগী মৱমগী
য়াইবী পোম্থা ওইনবা শারেপ ফার' পাখঙ্ নি
কনা' হান্না মুনগনি হংনৱিঙৈ তাঙ্গানি

পাথৌ অনি মমাঙদা চায়নপুং লম্পাকয়াইদুদা
কনা অাক্ত' লেপ্লরে মফম ঈথঙ্ খঙহৌদা
নৈগী লুহুপ উপ্লবা ঈরুং লংবা তাউদন্‌বা।
চিংগোই মপাউ লাউরকই মখোয় অনি তা-নবা।

"পাথৌ অনি ঙাইখো-ঙ ঐগী বাসু নতাখো
বাংলেন মিকুপ খরদং পাথৌ ঐগা পোথাখো।
পানা খুদগ চাখিসি বাফম থর লেপ্লসি
বাঙাম্লসি অহুম্মক্ ঐগীসু নৈরি অমদি।"

চাযন পুদা লেপলিবা লাকপা খানা চাঙবদো
তাউদন য়ারা তা-বদা থাদোক্লম্লে চায়নপুং
তাউদন্ নাক্তা চঙলবলে পাক্ল লম্পাক য়াযহুদা
পাথৌ অহুম ফম্মিম্লে খোঙ্‌হু নুংপাক থকুদা।

মচা-মনাই মখৈনা অখেমপোৎপু লানশিন্ধে
পাথৌ পাঙ্গল্ চ'ডরবা নোক্লা নোক্লা চাম্মিম্লে।
লাকপা-খানা অমনা তাউদন্ মায়কৈ য়েংজুনা
চিংগোই মাং মেক্লবই খোয়রোয় ওইবা মখোয়না।

"পাথৌ ইখো হায়বীবো নাতাভগে ঐখোয়'নি।"
'পাথৌ অনি তাবাসু' মিংনাইদবী শকহেন্‌বী—
য়াংদৌ লমথাঙ্ হেল্লকপী মিতাকরে ঐহাক্‌না
ফান্‌খোং পায়ৎরি মনাঙদা পাথৌ অনীং' খঙদনা

পাখঙ্. ঐস্থ পায়মন্থং মুরা তিল্লাং খয়োংনা
তালোইশিংদা চনগেবু বাশক্লুরে ঐহাক্না
পাখৌ নখোয় অনিনা খত্তুনা পুশিনখিবদা
ঐস্থ মতুং ইল্লকুলি পাখৌ নশাইগোন্দুদা।

পাখৌ অনি নকাদা ফিগাও শানা নিরগে
মুবা মাবু পীনয়ো ঐগী তালোই ওইরগে।"
তাউদন্ মরা তাবদা পাখৌ মখোয় অহুম্মক্
পায্মা তিল্লাং খয়োংনা তুমিন্ তুমিন ভাইহাক্তং

ব্রাখল্ লীশাং মথানৈ ; মখোয়্ অহুম চপমান্না
ফল্লপ্ ফল্লপ ময়েংজে মুরা মিংনাইদবীদা
মিৎচিনা ফল্লপ্ ময়েংনৈ—মুবা হেকমায় উরুবা
ব্রাখল পোল্লেপ্ মখঙ্দে পাখৌ লৌশিং চাওববা।

ব্রাংলেন্ পুঞ্চায়্ মন্থংদা শামুবৌ লাক্পা পাঙ্গনবা
পাখৌ অনি মকাদা চিংগোই মপাও লাউরক্ই—
"তারো পাখৌ অনিমক্ মক্লপ্ ওইবা ঐখোয়নি
মুরা হেকমায় মিতাবা ঐখোয় অহুম্ শুরেদো

মুরা মাগী মহাকথক্ কান্নেদ্রেনে খংনবা
মুরা মানা খনসন্থু ঐখোয় অহুম মরক্তা
অপান্থক্ত লেপসন্থু।" "ফরে'ভুনা থোইনা হেন্না
য়ানদবা নৈতরে থল্লসন্থু মহাক্না।"

বাস্নম অসি বায়েথা পাথৌ অহুম্ হল্লকলে
মিংনাইদবী শকুহেন্‌বী মুরা মকা তম্মকুলে
লাকপা মাংথং তাউপ্পরে "তায়ো মুরা শকুহেনবী
নঙ্‌বু মিতাক্ক ঐখোয়নি ঐখোয় অহুম্ বায়েপনি

অহুমলক্কে অমগী তালোই মচা ওইদৌনি
মুরা নঙ্‌না খঙ্লাকো অপাম মুংশি অমদি
অপাম্বতা থল্লুকো ঐখোয় অকম লক্কগী
নঙ্‌না থনবা মহাক্কো নঙ্‌গী ওইনি মহাক্কি।

ঐনি শামুবৌ নিংথৌ মৈত্রবাক্কা কিনবা
নখোয় লোইনা খঙ্‌বনি ইশাইগোন্দা লৈরিবা
ঐগী মঙম কয়ানি খাবা লোইবা নাইদবা
অহুতৈ হৈকক্ কারবতৈ খঙ্‌প্রবনি ঐগী রা।"

মিংনাইদবী য়েংহুনা অশি নিংথৌ বাঙ ব্রেম্মা
চিঙ্গোই মপাও লাউরকই "খানা চাওবনি ঐনা
অশিবগী নিংথৌনি থমুং লৈবাক্ মপুনি
মালেম থুংনা লৈবিবা লাইজন্নুংদা ইমুনি

হঙ্গবনা মাঙ্‌ খানা লাইজ তুথুন্ তুংইম্মা
মৈত্রবাক্ থুংনা চংলিবা তেমঙ্গু হৈবা ঐহাকনি
নম্মু পুনসি লেপজিবা ঐগী ইগুন্ শোমৈদো
মৈত্রবাক থুংনা চল্লিদো' ঐগী মাস্থ নীংশিংডো।

অদুদুগী থাজোই ইশাইগোন হিদ্রেন মতা ফবদা
শিঙেল নত্তা লোয়নননা লাইজ ইপান্ লাংবদা
ঙ্গরা নঙ্.বু ঐহাক্না শমু নখুৎ পায়রুনা
ঙ্গুংশি পাওবোন্ থাখিবা খঙ্.ল্লিরবসি নঙ্.না হেন্না।"

মিংনাইদবী চিংনা য়েং ঙ্গরা মাগা মিৎচান্না
চিঙ্গোই মপাও মেল্লবই মৈরা লুহুপ ঊপ্পনা
"মালেম তাউদন অঙানবা কোয়ৌহনবা ঐহান্নী
অঙান্ নৈশা পীখিবা তাইবং য়োকপা ঐহান্নী

মালেম ম্নালঙ্. ঙ্গুংশিদা ঐবু থঙ্.দ নৈতেদো
মিংনাইদবী শকহেনবী ঐগী রাস্থ তারোদো
নঙ্.না লৌশিং তারবকুই অযুক খুদীং নহাক্না
লাইজ শিঙ্গেল লোয়নননা ঙ্গরা নিংচি তেনবাপ্পা

ঐবু মায়োক থাখিবা ঙ্গমিংতুদৈ হৌদুনা
থস্মোই থস্মোই শিন্নথি খঙ্.লিবনি নঙ্.না হেন্না
মিতাকবে ঐখোযহুম্মক ঙ্গরা নঙ্.বু শকহেনবী
খল্লো অপাম্বা অমা ঐখোয়্. অহুম্ লক্কগী।"

লাইরেন মন্না তাবদা মিপাইরেদো মিংনাইদবী
সোমদা 'রাখন্ ত্তৌনবা শেম শানা লৈরম্মী
লাকপা মান্নী মশাইগোন্ নীংখিজনা লৈতেংলে
ফজরবা কুণ্ডো পয়েং ঙ্গরা খুড্ডা পায়হল্লে।

মশাবী রাখল্ তৌবদা ওমচারুরবী শকুহেন্বী
মিংনাইদবী মুরাদো মিপাইবনা থল্লবী
থন্দ ওমদে মহাক্তি করি মতৌ কৌবনো
"ঐবু করি দষানো করি করম্ তৌদৌনো ?"

থল্লু থল্লুর' মরুন্বী পাথঙ্ হৈরু ইন্থিবী
মাবু উদ' কে-মলদ্রা নিংশা মপী হোঞ্জবি
থোযনৌ মরুন্বী ফংদনা পামদ' নাক্তা রাইথুংবা
মাঙ্গ মাবু উদনা থোযনৌ নাক্তা যৌব্রবা

মুরা ঐবু নোংমন্বা 'ছুনা যরে থল্লকুলে
লাইবেন্ মতৌ যেংলু'দা নাম্মোক্ যারোই খঙ্লক্লে।
পামদ' নাক্তা লৈদৌ শরুক্ অমং যাইথোং কুম্না
তেম্না যবে থল্লবী গিংনাইদবী মহাক্লা

জন্নেংক্রুনা ক্রুগুা পনেং কুরু মাবু নীংশীংনা
কুরু ফান্থোং পাযগেবু মুরা রাখল পোম্লেপ্না
নিংশা শাদোং ওইছনা থৌদোবকপা দলাইদা
মালঙ্ মায়কৈ পাংলকুলে তপ্না তপ্না কাইদ-কাইদা

পুংজা কায়দ চংলিবা লাইযাম্ লক্লে অমনা
লুবা মতৌ উবদা থম্মোক্ত কায়না রাহুনা
মাগা লুনা তিম্নবা নমু মরুপ্ মকাদা
মুরা মপাও অরাবা তম্লুবগে লেপ্লেদো

ম্বা মাগী চাম্নরোই তাইবং নমু মরুপ্তা
হায়নখিবা তুংইন্না স্থুংশিং নিংথৌ লোয়ননা
খুদম পাওতাক তমখয়ে পাখঙ্ মথোক্ কান্বদা।
পাখঙ্ চেন্না মবাকই পাখংপগা লোয়্ননা।

লাক্প। কোন্নুং তম্নক্লে লাবা খোঙ্কাপ্ তোযরক্লে
পলেম্ পন্থৌ অনিস্থ পাখং পাখং চেল্লক্লে।
লাক্পা মাগী মশাইগোন মশানৌ মতৌ উরুবা
শয়েং পান্থোম্ ঙানগে তেমশিঙ্লক্লে অথৌবা।

পলেম্ পন্থৌ অনিনা পাথৌ মাবু থামজিল্লি।
লাক্পা মাঙ্দা শাত্ত্রাংতা কোংয়াং তাঙুম পুক্লক্ই
"থৌজানবীযু ইবুঙো থাদোকপীযু ননাইবু
ফিজি ফিনা নেংখিবা লাকপা নঙ্না কুনিযু।"

মশাবী থংলেন্ মশাক্তী মাইবা নাইবী কৌকবে
লাকপা কোন্নুং কারক্লে চেন্না চেন্না যৌরক্লে।
অথেম্পোংবা লোয়ননা হৈরুক্ হৈবা বা-তুনা
মনাই শুইবা মাইবনা হুংহৌরবা খোঞ্জেল্না

পেন্না মাগী চৈজিংদা লাকপা মনিন্ থারক্লে
নিংথৌ চিরোন কংলক্লে লৈশিলৈথোঙ্গরক্লে
লাকপা মানা তারবদা, কুনিরগে থন্দুনা
"অপাম্বতা হায়য়ুনা" য়াথং পীরে লাকপনা।

অমাইবমা পুরুমজৈ লাক্পা মখোঙ্ থাদুদা
"নমাই মিংমাইদবীসে মদাইরেম থবাই লোয়িম্নি
থাদোক্পীয়ো লাইনীংথৌ, মুরা মানা অপঙ্বী
ফিজি ফিনা নেৎখিবা বায়োবিস্থু লাইনীংথৌ।"

পেনাগী চৈজিংথক্তা তুবী চুম ওই তোংলয়ে
অমাইবগী চৈজিংদো লেঙ্বমকপু ঙমদবে—
অমাইবমা হংজৈকো "ইনিংথৌ কবি মতৌনো ?
সনা যাথং করিনো ?" লাকপা মানা হায়খিদো—

"ঐতা নস্তে অমাইবা ইতাও থানা চাওবনি
পাথৌ অঙান্ তাউদন্‌বা মখোয'নিস্থু লৈবনি
মুরা মাবু পামলিবা—মখোযদস্থু হাযজৌও"
অমাইবনা শৈহেব্লে থানা-তাউদন শুক্লাংলোন

থাগৎলোনবু শক্লক্লে ; থানা চাওবা তাওদন্‌বা
মখোয'নিস্থু পেল্লেদো—"যবে যরে অমাইবা
শিম্নবেকো মুবাসে নঙ্গী থুক্তা লেপ্পমক্
পাথৌ লাক্পৈ বাফমসে য়াদবব্ ঙমদরে ॥"

মুবা মাদি কদাযনো অমাইবনা য়েংলক্পা
উবক্লেদো পাখৎনা নোংদোন মায়কৈ পাংলপ্পা ;
পেনাগী চৈজিংদা চিংথরক্লি অমাইবা
নোংদোন্ মায়কৈ পাংলপ্পা মুবা মাগী থবায়দো ॥

"নুরাগী থবায় মঙামক মিগা থানা তরুকমক্
পেনাগী চৈজিংদা খিল্লনা হে কৃমথবীরকউ
অথেমপোৎতি কয়ানি থবায় নঙগী দমক্তা
শ্রীখোয় খ্বাইনা থেল্লিদো মিরেন নঙগী দমক্তা

লাও লাও চাম্নবী কুমথম্নকউ খিল্লনা।"
তার মাল্লে থবায়দো অমাইবনা কৌজক্ক
শাবী মতৌ উবদা নিঙমস্রবী চাম্নবী
মায়গৈ ফাংনা য়েংজখি লাইরেন য়াথং ঙাইজখি।

লাইরেন্ থৌজাল ফংলবী কুমথরক্ই তথক্ তথক্
লাক্পা 'শাইগোন্ য়োরকই মুংশা মপী ঈক্ ঈক্
শানৌ মিংনাইদবীদো মুন্না শকোই হেল্লবীদো
মমিং তপ্পা পাঙলকই; খোঙকাপ অমা অনিদং

তুরোই ঙাম্লোই থাংলক্ই লাকপা উখোং থাদোক্লে
তিংথৌ লম্পাক্ ময়ায়দা লোংনা হাইথরক্লেদো
মশাবী মানা চেনশিঞ্জে পলেম পন্থৌ হোৎচিনজৈ
অমাইবস্তু চঙশিঞ্জে ময়াম পুম্না চেনশিঞ্জে।

অমাইবনা হীরীকোন্ লাইনীং লাইশোন্ হায়তুনা
তাইরেন মনা লাইজলুপ মায়কৈ তরা শেংদোক্লা
সুরা মাবু কোনথংলে ময়ান্‌য়াইদা পুথরে
শানৌ মাগী মকপ্পী কপ্পা কপ্পা ইল্লক্লে।

ইম্ফাল, জুলাই ১৯৮২

## ৪

# লৈশাঙ্খোং খোংনাঙ্ তুবদা

লৈশাঙ্হিদেন্ লায়্কোন্দা চাক্লোন্ কংপা মুমিংলি
লাইরেন্ মাগী শঙ্লেন্ মাঙ্ অথেমপোংনা থনবলি
হৈরুক্ হৈরা কারক্লি থানা চাউবা লাইশঙ্দা
লাইথংনবা মহাক্নী শঙ্লেন মাঙ্দা শাগ্রাংতা
লাইরেন্ ফানখোং য়েংহুনা তেংথা নাওই মাঙ্শুইন
ৱাকচ্চরি মদাইরেম হৈরাং লৈরাং কত্তুনা

মীনা চোল্লে লাইশুমাঙ্ মানা মানা ওমজবা
হৈরাং লৈরাং কংলরি ; থবক চিল্লে ফু হৌবা
থরায় য়াওনা হোংনরি লাইনিংথৌগী পেম্নবা
পেনা চৈজিং লেন্দুনা লাইরোন শক্লী অছৈবা
শরিক পায়না অমাইবী ফিক্ক ফিরাং খুনহুনা
খোয়ুম লাইবাও পীরক্লী ইদাইরেমপুম্বা তারোনা

"নাহল্লে নবুখৌ শিদবা ঐনা হায়দবরা হৈ
ইতাও কৌক্র লঙ্নবা ইদাইরেম ৱারকপনিহৈ।
শানৌ মানা নীংজমন্ লাইরেন্ ঐগী হাকথং শুক্ত
শাবী মানা খঞ্জমন্ পোইরৌ হলরাই হনখিওই
ইদাইরেম করি খঙ্দবা নবুখৌ ঐনা হায়দরা ?
কুমজা শীংথেক্ মতোল্লোম্ মতম শুরে খঙদরা ?"

কুমশি কুমদি কুমুংসি কৌত্রু মানা কুমদমলি
অথাক্ অল্লাও লোয়ননা নোংনা পেরে হৈথরী ;
তাউদনা ময়াক্ কম্‌বনা কালেম্ চূপ্পা চিংখৎপা
মুংশিং নিফুমাপম্মা লোইশিন্-খম্‌জিন্ লীখিবা
আকাশ পুকৈ থনখিবা লৌথোক্ লৌথোক্ হৈথরী
খৌগংলবী মালেম্মা চুরুপ্ চুরুপ্ থক্‌চরী।।

কৌত্রু মাদি লৌথিবা রাম্নৌ পুক্লৌ চাওবনি
মচা মনাই কয়াগী অকায়বতা থিবনি।
কুমগী মতম ওইবনা চৈরাও-চৈথা' মতুংদা
উনৌ রানৌ য়েংতুনা উমং লমহাং কয়াদা
অঙম্ চীংদোন্ ভমতুনা শাবী-শানৌ কয়া'মা
কোয়না লৈয়না লাকখিদো কৌত্রু মাগী মকাদা

মৈতলোক্কী মচাশিং মাবু পুক্‌ম্ থৌনিবা।
কাঙ্‌বু কাঙ্‌বু লাকখিবা মখোই' লক্তা লম্‌কেৎপা
কাঙ্‌লম চাদ' লমহাইবা কৌত্রু মাগী শাইগোন্দা
নত্ত'লমচৎ চৎলম্বা হেক্‌হৈদবা হেকখিবা
শাকহৈদবা শোক্লম্বা উশিং থৌওইরমদবা
রারক্কে থল্লা মখোয়বু কুমগী মতম ওইবদা

কাপ্‌থরক্লে নোংগী ভেন্ মবী মরী লেপ্তুনা
মুমিং শীংবুম কয়ানি থুরক হাঙ্‌বা লৈতনা।
মপান্ ঈপান থোক্লক্রে লম্বী লমথাঙ্ চৎনক্রে

পুকথল্লবী মালেমদো অমুক থকপা উম্লক্লে,
থোংবাল্-লুক্লাং চোল্লক্লে পুম্রি তুরেন পাথোক্লে
ক্লম্লো কম্লো হায়নরে মিপাইবমা থম্লরে।

মালেম নৈমা লুপ্লক্লে ঈশিং ঈপাক্ ওইম্লক্লে
লমকেৎ লমহাই কয়াদো ঈম্নুংবুংদা লুপ্লক্লে।
নোংথৈ মুংশিং লোয়ননা অথাক্ অনাও কয়া।
লেনগী নোংমৈ শীংজঙ্নি মায়গৈ ছীল্লা থাবা।
অসিতম্ন নত্তেদো ব্লাঙ্ব্রেন থানা চাওবদা
শিম্লরকলি ব্লারকউ লমকেৎ লমহাই কয়াদো।

মাগী মনাই লমহেনবা নৈশাঙ্ ব্লাঙ্গোন্ শঙ্গোৎ
য়াওরী 'মুবী লমকেৎপী কৌক্রু মানা হায়রকপা
থানা চাওবা পাঙ্গনবা কৌক থুন্দিন্ য়াওরুবা
পুক্লুং থকম থমহনা ব্লাবৌ পুক্লৌ চাউরবা
মনাই লমকেৎ লমহাইবা ব্লারক্লেবু হায়হনা
ইন্ফাল তুরেন তোবৈ ইন কুমথবক্লি ল্যাইরেম্না।

তোর্ব্বান কাঙ্গুপ্ লেপ্তুনা যেংনবিদো করিনে
উঙাম্লিদা অচৌবা লোকশিরনে কদায়নো
চীরোং অনি পানবনি ময়া লাওনা বাবনি
ঈরৈ থক্তা লেপ্লিবা মঙক্ থাঙ্গৎ য়েংবনি।
মকোক্তা তৌবু হৌবরা কোঙ্গোন্ চপ্ চপ্ চানবা।
লাইরেন্ মতুং ঙা-ইনবা কন্ কন্ চোংবা য়াওবা

থিঙেল থক্তা লেপ্লীবী লৈমা মুবী উরুরে
উনা উনা লুপথরে থিঙেল্ মায়গৈ পাংলক্রে।
বোরোং বোরোং নীংথায়রে লৈয়মাই পুম্বা কীস্থরে
মিংন-কুপ্লেই মনূংদা থিঙেল পুম্বা নমথায়রে।
লৈমা মুবী শকহেনবী চেস্তোকচবা নংহৌদে
শমু খুৎনা পায়তুনা লাইরেন্ মানা চিংথরে।

লৈশাঙ্ থিঙেল নমথায়রে তোরৈ তুখুন তল্লকলে
রাঙ্গোন্ শঙ্লেন নাথৈনা ঙংনা লৈয়না চেল্লকলে
মনাই মাগী লমকেৎপা মরান্ মায়গৈ পাংলকলে
তোরৈ ঈরৈ তেঞ্জিরা মরানয়ায়দো তেম্থোক্লে
ঈথক্ ঈরৈ মহাক্রা চীংনুংহুত্তা পুথরে
ময়োন-মরান তাক্রবা রাঙ্গোন্ শঙ্বা চেল্লকলে।

শঙলেন্ মাঙ্দা শাদ্রাঙ্তা লাইরেন ফান্থোঙ্ যে দু
মিংম্না তরং ঈহৌনা তেংথা নাহে লোয়্ননা
"করি নোংদম লাইনিংথৌ নদাইরেন করি ইবাল"
তোয়্না পাঙরৌ থাজবা থোইনা নাতাদরেদো
রাবৌ পুক্রৌ চাউরবা মরূপ্ মাঙ্দা চাংস্তবা—
রাংগোন শংবা লমকেৎপা থাঙ্ত্রেন মনাই লমচাইগ

রারক্রেব্ হায়তুনা থানা মপাউ তমথরে।
কৌক্রং মানা না-তারে লীরুং তেন্দোং থমথরে।
নাংগী তোন্দ থাম্থরে লেনগী শীংজঙ্ লোইশিল্লে

## মিংনাইদবী

আকাশ পুকৈ লোনশিল্লে তাউদন লম্বী শেংদোক্লে
য়োইময়াই অঙান ফাওবকলে তাইবং শেং কায়বক্লে
মৈতলোক্কী মচাশিং মনিং মমায় খীংজবে।

খোয়ুম্ খুন্দিন য়াওকবা মনাই হাকন্ চঙ্লুবা
বাঙ্ত্রেন্ মাদি ইনিংথৌ শাউবা হন্দরিবা
থল্ল-থল্ল' শাওনীংবা অস্তম অস্তম্ হেল্লক্লে
অফং অফং লংখাযবে তোর্বান পূণ। নমথংলে
খা-অৱাং নোংপোক নোংচুপ ঈচেল ঈবৈ থল্লক্লে
লম্ফাংননা চেল্লক্লে পোইবৌ লম্বী ফাংলক্লে।

পোনোক্ পোয়োক্ শেং শেং লৈমায়্থক্তা দম-ভা
থিঙেল থক্তা হৌরিবী লৈশাং খোংনাং প্রেক্ তেক্
য়াইনপোক্ তাবি মংফুংগলে লুবা লৈফম্ লৈতবে
পাইবৌ মায়গৈ পাংলক্লে লাইবেন মানা থিনবীবে
মপাম্ লম্দম্ গুল্লক্লে কাইদ-কাইদ থাংলক্লে
লুংশুক্ লুংজা চংলিবী লুবা মতৌ য়েংডমত্রে।

নাংজৌং মাঙ্জৌং চংলকুলি ভাইরমখিদ্রা মহাক্লা?
মমাঙ নোংগী থোদোক্তি নীংশিংলক্থি মহাক্লা।
খুংশম্মনা লাল্লবী লৈনা লুবী লৌথিবী
হুদোই-হেনাও বা-নিবী লাইবেন লোয়্নরক্লিবী
লুয়া মখথোং উবদা বানৌবী মহাক্লী
যুগ নোইরে খুঙজনবী লাইবক ফবী থগ্নালনি।

## নিংনাইদবী

কপ্পা কপ্পা খাঙ্‌লকপী মাঙ্গী ৱাখল্ মাঙ্‌ঙ্রিবী
মীরায়বিরবী মহাক্কী খোয়ুম থৌশাবিক্রবী
লাইরেন্ মাঙ্‌দা চঙ্‌জরক্ খুবাং চাংজৌ লোমন্ত
শম্লাং চোইজাই মায়থোংকুপ্‌ খুকউ লৈয়তা মফমন্ত
পিরোইনর ৱাহৈনা মুংহীক্কর’ থোনফম্মা
মভেক্ মতেক্ হায়রকই লাইরেন মকা তম্‌হুনা

“তাবিয়ু হে ঈনিংথৌ যুগ লোইরবী ঐহাক্কী
ৱাশক্ তেম্‌শিংনখিবা কুম্‌শি কুমদি শুরবী
হঙ্জবগে ইরান্‌য়াই ৱারোৱীহু ননাইবু
ননাইনুবী লৌথিবী অনৌ’ মাবু চানবীযু।”
ৱারৌ পাঙরোল তারবা যুগ লোইরে খঙ্‌লবা
ইকাই শঙ্গোই হাঙলবা খানা চাগুবা পাঙ্গন্‌বা।

নীংশীংলক্‌খি অদুগুঁ কুমজা কয়া মমাঙ্‌দা
ৱাশক্‌খিবা মহাক্কা মুবা মতৌ উবদা—
লৈবাক্ ৱা ৱা লাউনরে থিঙেল থিংবা ঙমদবে
থোগন্ পাউ হঙ্গংলে সনা নাকোং য়োখরে—
নিংথৌ সনা খোঙ্‌লেঙ্‌লে সনা মিংয়েংতারুরে
সনা য়াথং লাউথোক্লে প্রজা চোম্মা তিল্লরে।

মৈহুম্ মোরোক্ পাউজেল্লী লৈশাঙ্‌ থম্মা তিল্লা’র
মৈত্রবাক্তি হুম্মনি য়া য়া ৱা ৱা নিল্লক্লে
লৈয়্‌শুবনা কয়ানি ৱা কক্পনা কোঙ্গাইনি

## মিংনাইদবী

ঙাইহাক্ পোৎথা লৈত্তনা পন্ নাপ্পনা পল্লোন্‌নি
নিংথেম্ য়াওনা পন্ নাপ্পা থিডেল্ থিংবা মঙমদে
ইনিংথৌ করি মতৌনো লৈবাক্ য়াহং ওইনগ্রে।

খোংনাং থাবা কুকনি লাইথংনবা মহাক্পী
নিংথেম্ মাপ্লী ময়াথং খোয়ুম্ থৌনিজবনি
হিরি মানা কো-ন্‌বদা খোয়ুম ঐগী ইয়াথং
মৈত্রবাক্ শেংনা থিরুবা নিথেম্ মায, ময়াথং
পাম্মু সুংশি শেংননা সুবা মাবু লৌরুবা
লৈশাঙ থিডেল থিংহনখি নিংথৌ মানা হায়জগা।

সুরা মানা হায়জবা খোয়ুম ঐনা য়াথিবা
কুমজা মশীং শুবেদো লৌথিবীনা শাইওনবা
কপ্পা কপ্পা লেল্লকপী সুজা মতৌ যেঙ্গে খন্
পায়না পিবুক্ ওন্‌ববা চাংয়েংলগে মরেপ্‌নে
চেঙ্গোই মপাউ মেল্লকই সুরা মাবু য়েংহুনা
"শানৌ ইনেমমচাও রারৌবরনে নহাক্পা?

খায়ুম্ ঐগী ইরান্‌য়াই ননৌং-থুংদ করি লৈ
শানৌ হাকথং চাম্নবী মায়থোং নঙগী করি লৈঙ
লমা সুবী মঙাকপ্ করি থকম থম্বগে
নশাবী নৈবু নহাক্পা উন্‌বী কিশি কিবগে?
শানৌ হাক্‌থং চাম্নবী লৈমা সুবী লৌথিবী
শানৌ নঙগী মনাওনি নঙনা হায়বৈই পুক্‌পী

ননাঙ নঙ্গী তুংইন্‌বী অহুৈঙ লৈশাঙ্‌ হিদেন্দা
লৈনা হুবী মহাক্না চেঙ্‌হী শম্বাল লাংবদা
শানৌ ওক্টবী নহাক্না নথুংমক্রা থিন্দুনা
খোযুম 'ঙোন্দা তাবখিবা কাউববনে নহাক্‌না
নঙ নম হায়বা পাঙ্‌লগা কন্নি থরুম থম্বগে
শানৌ হুবী উবগা থম্মোই কিশি কিবগে ?"

"লাইবেল কথি নোংদমনো কথি সন। যাথংনো
ননাই ওইবী ঐহাক্‌পু কথি লান্না লৌবনো ?"
ননাও ওইবী ঐহাক্কী পুক্নীং কিশি কিজদে
ইনাও হুপী লৌথিবী কন্নক বঙ্গাও লৈজদে
ননাওবু লান্না লৌবিনু পুক্নীং থরুম থমজদে
নঙ্‌না চানবীবা ননাইনি নীং-থুংদবা লৈজদে।

নোংদম ওইবা নযাথং ননাইনা নীংশিংজবনি
মতম ওইরে হায়দুনা ননাওনা হঙ্গচ্ছবনি।
নোংদম্ নঙ্‌গী নয়াথং শাবী লমন্ থুমজল্লি
নদাইরেম্ মাগী মফমদা ঐগী থোৌদাং পাঙ্‌থোক্কি
শাবী মাগী মহাক্‌থং ওইজো হায়না নোংদম্বা
লমন্ তোন্‌বা ওইগনি য়াথং অহু ঙাক্তবা।

খোয়ুম্ য়াথং ঙাক্লুনা লমন্ শিংবা ওইজগে
লাইরেম্ নঙ্‌গী নয়াথং শাবী লমন্ থুমজগে
কুপ্পিন্নুনে খোয়ুম ও পুনেমজন্নি ননাইনা।

লৈমা মুবী লৌথিবী নংগী চাকথং ওইতুনা
খোয়ুম্ নখোঙ্ শেংজবা লাইবক্ ফবী মহাক্পী
নয়াথং খৌদাং পাঙ্নবা ননাই ওইবী ঐহাক্তী

তাইবঙ্দবু কাক্পগে খোয়ুম্ নঙ্না কুবিয়ু
তাইবঙ্ চিঙ্গাক চাক্পগে লাইরেন য়াথং পীবিয়ু।
যুগ লোইরবী ঐহাক্পী কালগী চক্র লৈইরক্লে
য়াশক্পবা কুমজাসু খুৎথেক্ মশাং মশুরে।"
কুমগী মতম শুরবী পোইরৌ তাবী মহাক্তী
মরু লৈয়দা সুক্লুনা লাইবেন্ য়াথং তাইজবী।

মথংলেন্ শেংন-কায়নবা কপ্পুনতা লেল্লকপী
মুরা মতৌ উবদা থগ্মোই থক্লমরবী
মুক্তা মানা নিজবা খানা মানা য়াখিদে।
"কুমগী মতম শুবদা নরানয়াইদা হন্জোকো।"
য়াও ত্রেন মানা থাখিবা কুমজা অদু শুরেদো
ঙসি কোরৌ নোংজাদা মুমিৎ অদু থোক্লরেদো।

মুরা মপাও তাবদা হায়খিবা য়া ঙাক্পবা
য়াশকুখিবা থুংনবা মশাবী মনাক্ য়োনবা
শানৌ শেংন-কায়নরে লাইরেন্ মরান্ থাদোক্লে
তোরৈ মাগী তুথুন্ ইন্ মুরা মাবু খিল্লক্লে।
পোইরৌ লমদম পাংলক্লে মশাবী মাবু খিরক্লে।
মৈত্রবাক্পা শোক্লরে যুগপু ওক্লে শোয়দরে।

মুরা নাইতোম্ লেপ্তুনা মপাম লমদম্ লম্‌্ংশি
য়াইরিপোক্তি মন্নানৃয়াই মিৎয়েং শাংখৈনরকই
লাইগী কুমদি য়ামদবা মীগী কুমদা ম্নান্নবা
মীয়োন্ কয়া হৌখয়ে ঙরাংতনি থল্লুবা ।
পোক্‌ফম শাংফম্ মাঙ্খয়ে শাবী মান্নু লৈরমগ্রে
শানৌ মাবু ঙাইদনা করি লমদম পাংখয়ে ।

মাগী মক্তা কপ্‌হৌবী কপ্‌চেৎপী মমা পেহৌবী
মচু নিংথৌ মুংশিবা, কৈদা লৈগ্রে মতা শকপী ?
মীনৌ মীয়াম্ মরক্তা মাবু খঙ্বা য়াওরমগ্রে
মন্নী মখোঙ্ মুৎখয়ে মাগী কনা লৈরমগ্রে ।
পায়মা পিবুক্ কায়রবী মিৎম্না তরঙ্ হৌ-রবী
লৌশিং পুম্বা ফক্লবী শানৌ মাদি মুংবংবী

তরেৎ তরা থল্লগা শাবী খোঙ্গুল লীনকৃলে
হারী-তান্না ওইদুনা চীংমুং মানুং থিরকৃলে ;
লোক্‌-তায়্ খাক্তয়ে মালেম অসি ছাৎলকৃলে ;
মালেম্ লৈকোয়পুংসিদা মশাবী মাবু মউগ্রে ।
মুরা নিংদোন্ পোন্নবী মিহুন্ চেন্‌গুম্ চেন্‌গানা
নোংদোন লাইরৈবাক্ তম্নকৃলে ;'নোংদোন থুংনা কোয়দুনা

লাইকোন্ খুদীং চঙ্দুনা শাবী মাবু থিরুবা
মফম্ কৈদা মফংগ্রে কনানা মাবু লোৎগ্রবা ?
লৈয়তাগ্রবী শানৌদো অশি লৈবাক পাংলকৃলে

খোঙ্খাঙ্ কুপ্পা থুনা থাঃ খোঙাক্ লমদম্ য়ৌরক্লেঃ
খোঙাক্লীদা অশিথেন্ মকুই মুঙোল ওইনপুং
পাখঙ্ চামনা শিরপ্পা মুরা চামনা ঙাইনকম্

মুরা চামনা শিরগা পাখঙ্ চামনা ঙাইনপুং
থমুং সরা ঙাইনথেন অমনৃগী য়াইথোঙ্ মাঙ্নপুং
লোইবী চীংখাঙ্ কা-তুনা থোঙাক্ লাইরেম্মা মকাদা
শানৌ মানা হংজকুই "পলেম ইমা ইবেম্মা
শাবী শীংখোঙ্ অতোম্পোক্ পাম্মু মাবু লাকপরা
বৈতরণী য়ৌন' য়াংলৌবু খুৎনা থিম্ম তাকখিব্রা?"

"ইমোম্ নঙ্বু ম্বারোনে নশাবী ওইবা মহাক্কী
মরম্মাই থমুং তান্বনা মুরা নঙ্গী মরুপ্পী
খোয়ুম্লক্কা তিলহৈদে; বৈতরণী য়ৌনবা
য়াংলৌ লম্বী তাকখিদে; কুরুগী ফানখোং ফুরুবা
তাইবঙ্লক্কা হন্‌ফদে।" লাইরেম্মা মপাও ত'বদা
মুরা মোমু অপিথক্ মায়গৈ শুন্দায় নিপান্দা।

চিনগোই মপাও লাওরকই—"শাবী নঙ্বু কৈদনো
ননাওগী য়ারা তা-রবা পাম্মু নপাও খুপ্পীয়ো।
মালঙ্ মালেম্ শাৎলুরে থংলেন্ নঙ্বু কৈদনো
থমুং লৈবাক চিথদ্রে থংলেন মারা শেংবীয়ো।"
"শানৌ নঙ্বু উদরা পাখঙ্ ওইবা ঐহাক্কী
মুরা নঙ্বু কায়নকৈ পাখঙ্ ঐদি লাইবক থী

নঙবু কায়ন মৈচাক্লা থম্মোই থোম্মা চাক্লুনা
মিংস্না তৱং ঈরা থন্ লেপ্পা লৈত' ঈরীনা
পাঙ্‌না পাঙ্‌না তাঙ্‌লবা লাইবক থীবা ঐহাক্নী
ঙাইনা ঙাইনা কে-মচুনা কুমজা কযা লৈরক্নী
নপাও নঙগী না তাবে চেংলৌ শক্তি উজদ্রে
শানৌ নঙ্‌বু কৈদনো ঐদি নোংদম থীখবে ।"

থোযুম লক্তসু তিলহন্দা ত্ত'ইবঙ্‌ লক্তসু য়াওহন্দা
মালেম লম্বী থিংথ্রবা লাইবম্‌লেন্দসু চঙ্‌হন্দা
উংথোঙ্‌ রাথোঙ্‌ মযুম ওই কোয়চৎ চৎন লৈবিবা
লৈয়তাইতুনা হিঙনা মশা পুন্না রাওরবা
মুরা মাগী মহাক্‌থক্ চাবম্ থক্লম্ খঙ্‌দ্রবা
মবোই মরাং চোম্নবা শেগাই-তুকাই শেৎলবা

'শাদা উনশা কুপত্রবা শরু পোলাং ওইরবা
শাবী মাবু উকবে তুরোই-ঙারোই লেপলিনা
থোঙাক্ লাইগী শাহগোন্দা কুক ফানথোং মযাদা।
মিংস্না তৱং ঈবা থন্ চেনশিঞ্জে পাখঙ্‌ নাক্তা
শাবী মাবু চেজেৎ কোন্ মুবা হিক্লা হিক্লা কপ্‌
শমু মখুৎ পায়তুনা চিংশিঞ্জে থোঙাক মাগী নাক্

খুবউ লৈয়তা কুন্দুনা শমু মকোক্ নোন্দুনা
খুবাং চাংজো তরা লোন্ শাবী শানৌ অনিনা
মু'ঈন্না তেংথাজে ; লাইরেম্বী মাগী খুযাদা

পুরুম থৌনিজয়কই— "পলেম ইমা ইবেম্মা
চান্‌বী হৈবী নহাক্কী নচা ওইবী ঐহাক্না
তাইবঙ্‌ চিঙ্গাক্‌ চা-রুবা শাবী মাগা লোয়নন।

নোংদম্বীয়্‌ নহাক্কা তাইনবীয়্‌ খোয়ুম পুম্বা।"
মুরা মতৌ উবদা থম্মোই পেৎলে লাইরেম্মা
"ইমাই ইবেম্মা মুংশিবী, নশাবী মথুৎ শমহুনা
লোইবী চীংখাঙ্‌ কা-রকউ—য়েংউ শুন্দায় পুম্বা থুংনা।"
শমু খুৎনা থিন্দুনা লাইথোঙ্‌ শুনা তাকপীরে
পুকম থৌনিজরুচো খোযুম লাইবাও তাকপীরে।

শানৌ মচীন-মনাওদো খোযুম লাইকোন শুরুরে
খোয়ুম লাইথোঙ্‌ খুদীংদা তরেৎকী শেনবু কৎলুরে
পুরুম থৌনিজরুরে; লাইয়াম পুম্বা অহুনা
কুবিরেদো মখোয়বু—মশাবী হাকথং মহাক্না
তৌখি মরাল ঙাকপীরে। শানৌ মচীন মনাওদো
তাইবঙ্‌ লমদম পাংলকলে মৈতলোক্তি য়োখ্রেদো।

ইম্ফাল, আগষ্ট ১৯৮২ ইং

---

৫

# ইকোপ নিংথৌ লাইবুংদা

ইকোপ্ পাংকী পাংম্নাইনি
হি অমা তাউম্নি—হোল্লি মথোয় অনিনা
তোম্বনা হুল্লি ঈল্—থাক্লি লাং—ফাম্নি ঙা
পাক্ল' লংল ঈপাকৃনি,
অয়ুক্কী তাউদন্‌বা মেঙ্‌ল' মঙাল্ শন্দোক্লা
পাংকী লাইজ থক্তা—য়েংলি চোংলি ঙা।

ম্নিংয়েংগী ঙমথৈদনি
পাংকী চিদাই অমদা তাউম্নি হিতোপ 'মা
মেঙ্‌ল' শুম্মাং শুরনা থল্ল' খুল্লেঙগী শৈহেক 'মা
মালঙ্‌না থাপ্পা পুরক্লি
খোয়নৌবা খোম্থাং—পাখঙ্ পূক্লীং তথকপা
শৈহেক্লী খোয়রাঙ্‌বা লাবা খুমু কাউহনবা।

মালঙ্ লিম্নি হুম্লকলি
নিংয়েং কারল মমাঙ্‌দা নৌহোন্ তপ্পা জপ্ জপ্
খুল্লঙ্ শৈহেক্ তাম্থাদা ঈপোম নাইদ তপ্ তপ্
হঙ্‌হৌদনা য়োৌরকৃলি
চাঁরোং নাইবা হিরেন্দো মিং থক্লা ফজবী
খোয়থুম্নবা শৈহেক খোঞ্জেলতনা থল্লবী ॥

শক্‌হেল্লবা মুরানি
হিরেম্থক্তা শৈশকপী—মুংশি মির খোঞ্জেলনা
ঈথক্‌ তাম্থা তুং ইম্না নৌহোন্‌ তপ্না হোন্দুনা ;
চঙ্‌খোল্লবা পাখঙ্‌নি
হিরেম্থক্তা তোংলিবা তৌত্রি খুৎনা পায়হুনা
তবারবা চিনবান্দা তৌত্রি মবোল হাপ্পুনা।

অযুক্‌ তাউদন্‌ মঙাল্লি
লংল লাইজ ঈথক্তা—তগুপ তবেং তাউবিনা
চৌরোন নাইবা হিবেন্দো মুরা পাখঙ্‌ তোংলিবা
মিৎফম্‌ হোংবা য়াদরি ;
চাওবা খুম্মু নোমখিদ্রে মুংবং লাই চুখবে
মমিৎ অনি কুপখিদ্রে শংত্রিক য়েংনা লৈখরে।

মখুং লেপ্তে তোম্বদি,
হুনবগা শোন্‌ লেপ্পা লৈতনা ফা-বি ঙা
থাঙ্‌তপ য়োরে' হিদো, ঙা-তনা ফা-রবা ঙা
লাইজ মশক উদরি
ঙানা, ঙাতনা থল্লি—চেল্লি চোংলি চারি
লাইরেন মতুং ঙা-ইনব্রা থল্লি তোম্বা মতা'মনি।

থঙ্‌হৌদনা মংলক্‌লি
লেঙ্কু থক্কী অতিয়া নোংগী মকোয় য়াংকোক্‌নি,
তাউদন্‌ মঙান্‌ ফেম-লাক্‌ লাইজমুংদা চঙ্‌লবি

ঈথুং লম্বী তারুরি,
নোংলক্ খায়না থোয়কৃলি নোংথাং লৈমা মিংথকপী
নোংলিক্ থৌরী পায়তুনা নোক্লম নোক্লা কৃমকৃলী ।

শউম কংলে চাওবদি—
তাউদম্ মডাব্ অকেম্বা দলাই লেংজাও তোংতুনা
ইকোপ. লাইজ ভুমকই থাক্লা থাক্লা নোক্তুনা
তৌভ্রি থোঙ্গেল লেপুরি,
খুংলাম তোয়রি ঈরৈমা চিঙ্গোই মপাও লাউরকৃই
"থোয়নৌ ইতা নেংথাংও নত্রা এনা ভাইজরি ।

ইশাবী নিংথৌ লোয়নরি
নতা নাক্তা মুংশিবী মুবা থোঙ্দোই ভুল্লকউ
নশাবী নাক্ য়োনবা খুংলৈ খর খুম্রকউ ।
ইশাবী নিংথৌ মহাক্কী ।
ঈমুংবও কোমুং ইরানয়াই কাইদ থোঙ্দোই হুপ্লুসি
তৌভ্রি থোঙ্গেল তুংইম্না ঈমুংবুং লৈবাক্ য়োকসি ।"

য়াবা থোম্ভাং লোমদরি ;
'নোংথাং লৈমা নীংথিবী পন্বা লৈত' কৃমল্লী
নোক্লা নোক্লা পাওথুম্রী চংনা চংনা হায়রল্লী
"শানৌ থোয়রোই মুংশিবী
ইতা ইবেম্মা ঈরৈমা নশাবীগা লোয়ননা
থাংজেম্ শিকুপমক্রমদং ইঙাইবীমু নহাক্লা ।"

নোংলিক্ ঈরিক্ শিন্থরী।
তাউদন্ মঙান্ ফেন্না লাক্ পাখঙ্ মায়্থোঙ্ য়ৈবরি
মুরা মায়থোঙ্ নীংথিবী তগুপ তরেং কজরি।
সনা অহিংবা মচুনি
হিরেম্থক্তা ঙান্থোইবা তৌত্রি খুংখং তোয়রিবা।
মালেম থুংনা লৈরিবা লেঙলি পাম্লিং অপুম্বা

থম্মোই ঈকুং ফাওবনি,
তৌত্রি খোঞ্জেল তাবদা শুঙ্গাংয়াই চুদবা
লৈতবনে তাইবঙ্দা খোম্থোক অনি শুদবা।
মায়কৈ ঙান্না লংলবী
কোরৌ মশেক্ অমনা ঈবোম্নুংদা ফেন্না চঙ্
লম্নী শেমলি ঈরৈমা ঈমুং কোম্নুং য়োনা চঙ্।।

চীরোং নাইবা হিরেম্নি।
ঈবৈমদি কনানো—নৌবেন পায়বী শানৌও
শবহেন্ শনথোই নীংথিবী থম্মোই শুম্নী লাইস্না ঙ
হিথকুন্সু মরৈবী
ঈরোম্নুংদসু মরৈবী লেঙদনা লৈবী মহাক্নী
হিথক্তেসু লেঙ্দ্রী ঈমুংদসু মরৈবী

তগুপ তরেং লাক্লীবী
নোংথাং লৈমা থুংলরে শানৌ অনি কোম্নরে
তরাম্ তরাম্ মোমোন্ নোক্ শাবী মানা ওকচরে।

ঈরা ওখোম্না থল্লবী
চীরোঙ্ নাইবা হিরেন্দো কাইদ কাইদ লেঙ্লক্লি
মালঙ্ শঙউম্ ফংবদা তপ্না তপ্না লৈইরক্লি।

মতম য়ৌগ্রে তাক্লক্লী
মালঙ্ শাফু কন্বনা চীরোং নাইবা হিরেন্দো
ফুশবগী চক্রগুম্ ছুরু ছুরু লৈইরেদো
ঙৌদ ঙৌবী তনৌবী!
সনা অহিংবা কুচুগুম্ নোংথাং কুপকুম নীংথিরে
তগুপ্ তরেঙ্ ঙাল্লক্লে কুফেং কাফেং তৌবক্লে।

নোংথাং লৈমা মতাদি
ঈরৈম। মতাগী শমু থুংপু পায়ছনা
ঈমুংবুং মায়কৈ পাংলসি—লমজিংলি থুদোন্ থিন্না।
তৌদ্রি খোঞ্জেল লেপ্তুম্লি
শানৌ মাস্থ লেপ্লেদো নৌহোন খুংখং পোত্থাদে
শাবী মাগী তৌদ্রিনা ইঙ্গিত্ তৌবা মায়বৈদে—

শানৌ নৌহোন্ মতোয়রী
চীরোং নাইবা হিরেন্দো লৈইনা লৈইনা হোল্লক্লে
কোম্নৌ মশেক্ লম্বীদা ঈমুংবঙ্ মায়কৈ পাংলক্লে
হিরেন থক্তেই কুম্থরী
নোংথাং লৈমা থুংশল্লা ঈরৈমনা কুম্লক্লে;
শাবী মাস্থ মোমোন্ নোক্ শানৌ অনি তুংইল্লে।

তৌগ্রি খুৎখৎ তোয়রক্লী
নীংথিরবা শুরনা খুৎলাম্ তোয়না কৌবরা
মোমোন্ নোকপী নোংথাংনা চাওবা খুজেং পাহবরা
নোংলক্কা নোংথাং কুপ্লক্লী।
হিথক্তপী চোংথখরে ঈমুংবুঙ্দা চঙ্খরে
তৌগ্রি খোঙ্গেল তানা তানা ঈরোম্মুং য়োৌখরে।

হিগী নাক্তা "ঝম" তাখি
তোম্বা খংপ্রেক্ খংবরা অথাক্ অরাও নিনবরা?
পাৎকী লাইজ মায়দা চোং লেমলৈ ভাজাও চোংবগা *
থিন্দে হেক্তা মহুনখি—
রাথল অমুক তৌরুদ্রে—হুগ্নি ইন্-দো নথক্তা
ইন্-দা লকপা চাওবনি চিংখৎলি তপ্পা হিথক্তা।

হুমাং অনপ্পা কা-বনি,
হায়ফম্ খঙ্দে তোম্বদি জ্ঞান মাঙল চাওবা
তারি লোংনা হিমুংদা 'লকু মতুপ্ লেঙ্ত্রবা'
নোংলৈনি—লৈইনা লাকলি
লোয়নরি, হৈথরকুলি নোংসু মরী মরী
মুরুম মুরুম্ শোল্লি তোম্বা য়েংই মায়কৈ মবি॥

খঙ্লে,—লৈরম্লে মাপী হি
ঈরেন্দা ঈফুনাফম্ ইকোপ নিংথৌ ঈরেন্দা
মকোক্ নোঙ্গা খুকম্জৈ ইকোপ নিংথৌ খুয়াখা

পঙ্‌ল থঙ্‌দ ননাইনি
থৌজানবীয়ু কুবিয়ু অয়োল অরাল ঙাকপীয়ু
থঙ্‌জদবা ননাইনি লাইরেল নঙ্‌না কুবিয়ু।

অকাবা ঙা হৈথরি।
হাঙ্‌লে হি হাঙ্‌লে—ঙকুই শির ঙানা চেন্‌খিবা
হাওনম্মা বা বা মুংশিং অশাবা ফোঙ্‌ ফোঙ্‌
খব ফুল্লি তোম্বদি
রাঙাং থোক্কে করিনো—ইনিংথৌনা কুবিরা?
লফু মতুপ্‌ চাওবা পু হিবু হোনবা হৌবরা?

থৌজাল হৈবা মহাক্কী
মনাই মতৌ উবদা কুবিবেনে মহাক্কা
নোংলৈ মুংশিং লেপথরে শেংলে তরু অতিয়া
মির' তৌদ্রি মখোলনি
লাইজ থক্কা ঈরং লং তাউদন্‌ মশেক্‌ ইঙান ঙায়ে
থাপ্পা তাবি তৌদ্রি মখোল মালঙ্‌ লিরি হুম্লক্লে।

ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লি
ইকোপ নিংথৌ পুনেম্‌লে তোম্বা নৌহোন্‌ তোয়রক্লে
রাম্বরিবা চাওবদি মালঙ তরঙ্‌ ইরাঙ্‌নে
থরাই রাদি হরাওরি
হকচাং লফু মতুপনা হিন্নুং শাত্রাং য়াতারি
তোম্বা নৌহোন্‌ বল্লকলে ময়ুম মায়কৈ পাংজকলি।

খেলাখোংগী তাজিনৃনি
তোম্বা উচিন্ হি থাংলে—চিঙ্গোই মপাও লাওবকই
"শানৌ নঙ্বু তাবরা ইতাও চাওবৈই মরুম্বী
মুংশিথোইবা ইতাওদি
অমং য়াইথোং কুম্লিঙাই তবঙ্ লম্বী খোঙ্দাবা
গুরু ফানখোঙ্ পায়ত্রিডৈ ঐগী য়াম্বা তারবা

ওক্লো লাওনে মুংশিবী।"
চাওবা তালোই মচাদি মকপ য়াম্বা না-তারে
খুদোন্ লৈবাক তাদনা হিদেন্ তাজিন্ যৌদক্রে।
মিম্লা তরং ঈহৌরি
মশম মনা ইফা ফা মশাবী চাওবা মখোঙ্ কোন্
মুরা হিক্লা ঙেংথাবা মুঙোল্লিকো ইশানৌ।

কৈরোই পাখঙ্ কয়ানি
রাগী দলাই পুরকুলে দলাই থক্তা থাঙ্গৎনা
চাওবা মাবু পুজেমলে দলাই লেংদ থোংহুনা।
চাওবা মাগী মরানৃনি
নীকপ্ খোজেল মরক্তা চাওবা মশা থুংঙরে
কোয়চেন্ খোইরেন মশানি অমাইবম্ য়ৌরকুলে।

খোয়খা মিহুন্ লেঙ্দরি
অমাইবনা হায়রকই—"গুরু ফানখোঙ্ পায়দরা
ইকোপ নিংথৌ মহাক্কী ফিজি ফিনা নেৎপরা ?

খোয়ুম লাইবাও হংলুসি।"
তরেৎ শেনবু পুহুনা ইকোপ নিংথৌ মশাইগোন্
মুজা খোঙ্দোই হুল্লকুলে ; ইমা মাইবী মখোঙ্ কোন

মুরা হিক্কা তেংথারি
লাইথংনবী মঙোন্দা তরেৎ শেনবু হুল্লুরে
ইকোপ নিংথৌ লাইবুংদা হৈরুক হৈরা কা-রুরে
খোয়ুম লাইবাও হংজরি
"হয়া হে খোযম লাইও লাইনিংথৌ উম্ হৈ উম্ হৈ
হয়া হে ইকোপ নিংথৌ লাইনিংথৌ উম্ হৈ উম হৈ ।।

নশানৌনা পুনেম্জরি,
ইকোপ পাত্তা চাক্তাবা ঈরৈমগী চাঙবা
খেলাখোংদা হিহোনবা লাইয়াম্ খুন্দিন্ য়াওরুবা
নশানৌ ঐনা হঙ্গচ্চরি
খোয়ম নঙ না কুবিয়ো লৈয়েং লৈতোন ফঙ্গীয়ো
য়াথং নপাও মুংশিবা নব্বাহৈ ফিগৈ শেংবীয়ো।

নদাইরেম মাগী মরুপ্পী
মশাবী কায়ন' রাবনা নিৎস্না তরং ঈকংদা
মশাবী য়াইবী নিজরি খোয়ুম্ নখোঙ্ খাতুদা
নদাইরেম না—খঙ্দবনি
ফিজি ফিনা নেৎপরা করি মরাল্ লঙ্জবা
তাবপীয়ু নঙ্না লাইনিংথৌ করিনা রাকোং তৌজবা।

নশানৌনা পুনেম্জরি
মরাহৈ ফিগৈ শেংবীয়ো নিংথৌ নঙ্না কুবিয়ো
হয়া হে খোয়ম্ লাইও লাইনিংথৌ উম্ হৈ উম্ হৈ।"
লাইথংনবী নীক্লকলি
মশাপুম্না পুম্নোম্ নোম্ শরিক্ খোঞ্জেল পুমনিন্ নিন
লৈরোই লৈফাই লাওরক্লি খোয়ম মপাও পীরক্লি

নীক্লা হাইনা লাওরক্লী,—
"ইয়া তাইবঙ্ ইমুংয়াই নবুথৌ শিদবা ঐনা
হায়দবরা হৈ—তাক্তবর হৈ—তাইবঙ্ ইমুংয়াই
নবেঙ্কৌ শিদবী 'নি
নবুথৌ শিদবা ঐবু উশিত্তবা থৌওইদবা
নত্রেন্ নোংথাং লৈমগী ফিজি ফিনা নেৎলুবা

ঈরৈমা নত্রেন্ শিদবী
তাক্ত-তাক্ত নাচুংদা মমিৎ মনা চোইরুবা
উশিত্তবা মহাক্লী নোংথাং ফিজি পায়রকপা
ঐনা কয়া থাম্বনি
তৌত্রি থুৎখৎ তোয়হনা মমিৎ মনা চোইবনি
নবুথৌ ঐবু তেমশিংনা য়াংলৌ লম্বী থৎপনি।"

শরিক্ খোঞ্জেল কুংলকলি
চুংশা মপী কী কী কাম্ কঙ্গাও থেকপা রাঙাংনা
লাইথংনবী লাউরক্লী খোযুম মপাও তশেংনা

শরিক্ থোঙাং লক্তুনি—
"ইয়া তাইবঙ্ ইমুংয়াই ইদাইরেম করি খঙ্দবা
নবুধৌ ঐনা রারকপা পাখঙ্ লমকেৎ লমহাইবা

ঈরৈমা নব্রেন্ শিদবী
নোংথাং লৈমা মতারোই হাকথং মাগী অশাওবা
নেম্বা লৈত্রি হৌজিকফাও—নাকৃচি ফী ফী কামলিবা
নব্রেন্ শিদবী অনিগী
পুকৃথেম্ নাওথেম্ লাঙ্জৌও হৈরুক হৈরা কাজৌও
মুরা হাকৃথং নহাক্না নব্রেন্ থৌজাল নিজৌও

ষমোক্ লাবা ঙামদি
নবুধৌ ঐগী লাইকোন্দা নশাবী থরায় কম্নবা
উশিন তৌজৌ নহাক্না অমুক থীন্বা তৌদনা,
মুরা হাকথং মুংশিবী
নতৌ য়েংবা মুংশিরে শাজৎ নঙ্গী পেল্লেকো
নঙ্না কচ্চবা অপূম্বা নবুধৌ ঐনা লৌরেকো ॥"

লাইথংনবী অমাইবী
শরিক্ তপ্না থীংলকৃলে "হয়া হে হয়ুম হয়া হে"
লাই কা-থরে-কাথরে "হয়া হে হয়ুম হয়া হে।"
অমাইবনা চঙ্শিল্লি
তাইরেন্ মশা ঈরুপ্না ঈশাইফুদৈই ঈশিংনা
লাইথংনবী কোক্তা চাই, তাইবঙ্লক্তা তিল্লেনা।

ক্লুয়া ইনেম মচাদি
চাওবা তালোই মরুপ্পী— খুদোন্ লৈবাক তাদন
খাগী কৈথেল য়োৎথরে তরেৎ শেনবু পুতুনা।
মখন্ যঙ্গোম্ময়ংদগী
যমোক লাবা চিংথোক্লে—হৈকক হৈবা অথেমপোৎ
খ্বাংজেৎ নমখাঙ্ লোযননা ইকোপ লাইবুং কাখৎে

ইকোপ নিংথৌ লাইবোগ্গি
হৈয়গ্গাং লৈরাং অথেমপোৎ নিংথৌ মাঙ্দা থেঙ্গ্নে
যমোক্ লাবা য়াপন্বা উচুক্ য়েনা পুন্শিল্লে
নিংথৌ মনাই মাইবদি
লাংথৈ্ মপোপ্ খুত্তা পায খুবক ঙৈযদা তাহুনা
ইকোপ নোংথাং ঈবৈমা পুকথেম্ নাওথেন্ নাক্তেংঙ্।

লকা হৌগী কোঞ্জগী
"হযা হে খোযম্ লাইও লাইনিংথৌ ইকোপ পান্‌ চাক্তাব
ইকোপ ইশা খুদীংদা ঈফুনাবা চিহোনবা
নয়াথং ফৌবোই ইঞ্জগী
নঙন্ শীংথা ঙমদবা—যমোক্ লাবা কচ্চবী
নদাইরেম থগাই পীবীয়ো ইবেক্কৌনিদা হায়বীনি

খোযম্ য়াথং ঙাকচরী—
কোরৌহনবনা পোকচবী অতিয়াদা চাউথিবী
চীং নিংথৌ মমোম ওই মালেন লৈমনা য়োকচবী

ঙু খোং চেন্না শান্নবী
কৌব্রু চীংদোম্বক্তগী চীংঙুংহুৎ থুংনা কোয়ন্নিবী
ইকোপ পাম্বা মরেরে ইকোপ নিংথৌ চান্নবী

মীওইবৈই মমা ওইরিবী
নদাইরেম চাওদবা না-খঙ্দবা মহাক্না
ফিজি-ফিনা নেৎখিবা খঙ্দবৈই মরন্না
অযোন্ অরান্ ঙাকপীনি ;
হৈরুক্ হৈবা অখেমপোৎ লাংথৈ্র লৈরাং নাচোমনি
থম্মোই লাইযুম তাঙ্গ হাপ নদাইরেম্না কচ্চবি।

নদাইরেম তালোই মরুন্নী
খুপীজা পাঙ্গন্ শোনবীবু মমা ওইবী নহাক্না
থৌজানবীযু কুবিযু পেনবী হৈবী ঈরৈমা
নমোম মাবু চানবীনি
মশাবী মাবু ঙাকপীযু থৌজাল মিৎয়েং শাংখৈনা
তিনকোক্‌পীযু লাইকোক্‌পীযু উমহৈ উমহৈ উমহৈ।

নশাবী নিংথৌ যাথংনি
ঈবৈমগী চান্নবী অতিঙাগী লোয়নবী
হে মৈবী হান্দোংবী ভম্পা নোংথাং লৈমা
হে মৈরী তোমশাংনবী
শিন্দবগী মমোমলোক তম্ফা থুংনীংথৌদৈ ভাথোকপী
মালেম্ লৈয়শেন্নকপদা অশীবগী তেংবাংবী

হে মৈরী তোম্‌শাংনবী
চীংঙ্‌ লৈয়থীন্‌ খায়্‌বা হারাবা উনবী পুক্নীং ঙকহনবী
চৈরৈ-মশাযোং মানন্নৌ মিংমাঙ্‌ তারু-তারুদি
মিংমৈ তেরাম্বাবী
হারাবা লৈয়থীনখায়—পায়মা পীবুক্‌ শুমাংখিবী
লাইজ ঈপাকথক্তা কোবৌ চুমথাং খানবী

কোলোই নিংনাইদবী
পন্থৌ পানাইদবা পলেম পীনাইদবী
লাইজ তমলেনম্নুংদা ঈরিক্‌ কোঙ্গোন্‌ তাকখিবী
হে মৈরী তোমশাংনবী
তম্পা লাইজ ঈরৈমা মৈবী হান্দোংবী
নহাবা ঙান্‌বা লৈতোঙ্‌ লেপ্পা লৈয়থীন্‌খায় পুক্নীং শুমাংখিবী

নদাইবেম না-খঙ্‌দবনি
ফিজি ফিনা নেংখিবা খঙ্‌জদবা মহাক্নী
অয়োন অরান ঙাকপীয়ো তম্পা নঙ্‌না কুবিয়ো ;
নদাইরেম তালোই মরুম্বী
থম্মোই লাইয়ুম থাগোম্না তম্পা থৌজাল নিজরী,
তিন্‌কোক্‌পীয়ু লাইকোক্‌পীয়ু উমহৈ উমহৈ উমহৈ ।”

অমাইবা নাওথেম্‌ না-হেরী
খঙ্‌চৌদনা মুংশিং শিংলকই নোংমংদ-নোংখোংই
ইকোপ নিংথৌ লাইকোন্দা চুমথাং থাম্লি করিনো

নোংলৈ মুংশিং কল্লকুলী
নোংথাং কুপ্পী খঙ্হৌদে মিংপাঙ্ ওমস্রে কনাস্থু
মিং উইশিন্ মিংখৈ শোন্ মখোয়পুম্বা থাঙ্ইদো ।

মিং-কুপ্তা নোংলৈ মুংশিং লেপ্থি ;
মিং পাঙ্থোক্ কোয়য়েং য়েংনৈ শোম্নৈ অঙকপনি !
মমোক লাবা লৈরমলে হৈবোং পাম্বী মথক্তা
লাইনিংথৌগী হৈবোংনি
লির' লায়ওইর' পাম্বীনি পাম্বী কারোং থক্তনি
মমোক লৈরি লেঙ্দনা "থুংথেংননা লৌবিদা ।"

অমাইবীনা হায়রকই।
লাইকোন্দনী হল্লক্লে অমাইবদি অমাইবী
ঈশায়ক্লুদৈ লাইজদো তাইরেন পুংফাই লুপ্লবী
লরাই কোক্থোং পুরকই,
নিংথৌ মানা পীরকপা য়াইবী মণ্ডা পুল্লবা
লাংথৈ মপোপ্ অহুনা লফু মতুপ্ তাগুম্বা

শাত্রাং তাবা চাওবগী
তরঙ্ লমদা লৈরিবা, মমায় মশা পোপ্ পোপ্ ফু
অমাইবনা শোল্লকই—"হয়া হে খোয়ম লাইনিংথৌও
য়াইবীসে নদাইরেমগী
শিম্নজম্রে মশাদা ; নশানৌ অনি না-তাইবীয়ো
তিনকোকপীয়ো লাইকোকপীয়ো উমহৈ উমহৈ উমহৈ ।"

তম্পা লাইরেম্মা শিদবী
নো থা'লৈমা শক্লোইহেনবী ঈরৈমও শকথোইবী
"নদাইরেম চাওবা না'খঙ্দবা তিনকোক্পীরো লাইকোকপীরো"
ঈশায়ফুগী লাইজগি
ভাইরেন পুংফাই নাচোম্ লুপ্ চাওবা শদিং চাইরেদো
লাইজ থর পীথক্লে কোক্লা থর হাপ্লেদো।

অমাইবনা পোপ্ পোপ্ ফুরী
লা'থৈ মতোন তরেৎনা শোল্লি লেপ্পা লৈতনা
"তিন্কোক্পীরো লাইকোক্পীবো উমহৈ উমহৈ উম'হ।"
চা'ওবা তালোই মরুম্বী
মিৎম্না তরং ঈহৌনা মশাবীগী মথোঙ্ কোন্
পূক্লিং অনি লোঙ্দনা লাইয়ুম গৌরী কোঙ্গবি।

চাওবা কাবক্ লেঙ্ঙকই
ক্লম্বাকই ইক্ ইক্ ম্নুংশা শাংনা হোল্লকই
মিৎম্না তরং ঈহৌনা থুলং ঈশৈ লাউরকই—
"নৌরেন্ পায়বী শকহেন্বী
ইশানৌ নঙ বু কৈদনো নশাবী ঐবু ভাইরমখো।"
নিংশা থবেৎ থবেৎ হোন্ কোয়না লৈইনা য়েংইদো।

চাওবা তালোই কপচরি
ঈ কারবা মিম্নানি—ভংনা খেক্লা লাউরকই
"শয়েং পাম্বোম্ ভানসি পাখঙ্ ইতিক খঙ্হনগে

নত্তীক্ লৈরগা নঙ্ঙী
লেপ্পু, মাঙ্দা লেঙ্দনা ইপা মচা নোংথাইগে
ইপু মচা নোংদমগে—চেনগন্নু মাঙ্দৈ চেনগন্নু।"

অমাইবা মিংথৈ লেপ্পুবী
অমাইবীস্থ মশোল্লি "উম হৈ উম হৈ উম হৈ
তিন্কোকপীয়ু লাইকোকপীয়ু উম হৈ উম হৈ উম হৈ॥"
চাওবা তালোই মকুম্বী
মুজা শুং শুং কপচন্নী ;—ভাইহ্রব তুমিন লৈথবে
অমাইবা অমাইবী শোল্লনী ' উম হৈ উম হৈ উম হৈ "

খঙ্হৌদনা লাওরকই
"শাম্রে শাবে, পোক্রে পোক্রে, শানৌ বধি মংঙৌনো
মৈমুক্ শাবা কোফ্‌নি ফুংদবু কবিনো।
পঙ্থবেদো এহাক্তি
লুশন পায়না চিংলিবা ঐ হ্বাম্রে ঐদি হ্বাবে।"
অমাইবা অমাইবীনা শোল্লি— 'উম হৈ উম হৈ উম হৈ "

নোংখোং ফুযনা হৌরক্‌লি
নোংথাঙ্ কুপালি মবক্তা চাওবা মানা না-তারী
ষমোক লাবা খোংলকপা মিকপ থোক্লে মহাক্তা
তপ্না লৈনা য়েংলকই
মশানৌ মকম্বী উম্রকই'—মোমোন্ মোমোন্ নোক্রকই
অবাবা পুম্বা কাওরবী তালোই মচা মকম্বী

হুংশি হুঙোল যেংজবি
থবাই তানা মোমোনজৈ। অমাইবা অমাইবী হৌগৎলে।
লাংথৈ্র, মতোন য়াইবীদো চাওবা মোনয়া থমখবে,
খোয়ুম মিংথৈ শোঞ্জবি
তাইবেন পুংফাই নাচোমনা লাইজ খিক্লেন চাইথোক্লে
খোয়ম লাইনা কুবিবে—হন্না শোঞ্জে "উম হৈ উম হৈ।"

ইম্ফা ৫,
মার্চ্চ ৯৮৩৩

---

৬

# কৈরক চন্নু অহন্‌বী

এলাংবমগী তাংদেন্‌বা হিয়াংলজগী পাখঙ্‌নি
নৌনা ঈনথংলক্‌লিবা মী-শা লাই-তীন্‌ কিত্রিবা,
কাঙ্‌জৈ কাঙ্‌জু পায়দুনা কৈরোয় লান্না কোয়বনি,
অহিং তাংলৌ থেঙলকাও মশানৌ নাক্তা মরৈবা
অকি-অথং লৈতনা কোয়্‌না চৎপা মহাক্‌নি ;
মশানৌ মহাকথক্তীমক্‌ শয়েং পাম্লোম্‌ ভানবা
পাখঙ্‌ শিঙ্গাং ওইবিবা হালেঙ্‌ত্রবা নহানি,
অঙন্‌ অবায় খুঙদবা নপানা 'মক্তা পোকচবা
লৈকায্‌ লা-ম্না শকখঙ্‌বা তৌবা ঙম্বা মহাক্‌নি ;
তৌথোবক্‌পা খুদীংদা ইপক্‌ হেক্তা পক্‌চবা,
জগোইদা থরায লুপচবা চৈশে পাম্বা মহাকনি
ফজবা শুর থিবদা হনবাকৌ' লৈত্রবা।

তাংদেন্‌বগী চাম্নবী হুয়া মোম্নু অহন্‌বী
রাবগাই কৈরক শাংপীনি, লৈকাইনুংদা অখোইবা
পলেম্‌ পম্থৌ অনিগী নাইতোম্‌ পোকপী থাদোইনি.
গুইদ্রোম্‌ চন্নু লম্‌কেংপী য়াওদবনি খঙ্‌দবা
তেগুক পাক্তক্‌ তবুম্‌ তবুম্‌ খোয়নৌ মানি ফজবী .
খোঙদা য়েংই থুবম্‌ খোঙ্‌দা কৈরুতাবা লকু-নেম্রা
পুন্দৈ কুচু লময়োৌবী স্নাশি লৈবী মহাক্‌নি

নীংছু তাবা মহাক্কী লাবা তিল্লাং ময়োংপা
থবাক্ বাংঙম্ হৈয় ওঙ্খোক পায়মা খোয়ল্লাং হৈথুগনি :
খুংশা মত্তা অগ্নি পুম্বুম্, মীশুম্বা মায়খোং থাজ
উচান্ মনা শম্লাংনি মিংচি হাইনোক্ ভেরাম্ব,বী
পাখঙ্ ভোরা তুহন্বী—পুমশুম শুমই তাংদেনবা ॥

মুরা মোয়্ অহন্বী মুজালক্কা মুচিংবী
ঈশৈ হৈবী মহাক্কী শুক্কংঙম্বী তাইবঙ্ পুম্বা,
খোঙ্গৌবী লক্তা অহেনবী খোঞ্জেলফ লক্তা অথোইবা
খোঙ্খোকশুবী মহাক্কী—মহাক্কী শুরম্বী মবেম্মা,
নৌবু নৌরে হায়রগা হান্নি তাম্মা খোঞ্জেল্নি
নোংথাং লৈমা খোঙ্খাংনি য়াকপু য়াক্কে হায়রগ।
মেঙ বু মেঙ্গে হায়রগা কোকিল খোইমু খোঞ্জেলনি
তৌজ্রি বাসি খোঞ্জেলশুম্ থম্মোই হুৎনা ফাওরিবা।
তাংদেনববু শুক্কংপা মাগী মির' খোঞ্জেল্নি ।
নমু তাইবং হায়রুম্ব খোয়ুম্ লাইফাও শুক্কংপা
নৌদ-নৌবী মখোঞ্জেল থম্মোই হুবী খোঙ্খাংনি।
মাগী ঈশৈ তাবদা তুরেল ঈচেল লেপ্লিবা

মাগী খোঙ্খাং অমনা নোংলৈ হুংশিং হৌ-হল্লি,
মাগী খোল্লৈ অমনা মালঙ্ লিরি শীংলিবা,
মাগী শৈহেক্ অমনা নোংনা জমূ জমূ তাহল্লি।
মাগী শৈশক অমদা মৈনা প্রোক্ প্রোক্ চাকহন্বা।

থোৱৈ খোঙ্গা অমনা উনা বানা কেলহল্লি
শৈহেক শৈদা অমদা উনৌ বানৌ চোংহনবা,
হৈয়রাং লৈরাং পালহন্‌বা শানৌ মাগী ঈশৈনি ;
কোরৌহনবা তাউদন্‌বা শগোল ফুরী রৈথহনা
মপু থৌদাং কাউথোক্লা নীঙাইদনা লৈবনি ;
শানৌ মাগী খোম্বাংনা নোংদোন লৈবাক য়ৌবকপা
থাজ বাংনা হাইগংলি—থবানমিচাক থিবিক্তি
তনিক তনিক খাঙবনি মতু মমান্ ছুংহুনা।

চীংজেন্ নারল্ পাঙ্গন্‌বা খোয়ুম মানা শীন্‌বনি
চীংজেন মাগী চাবনি খোয়ুম মানা শেমথিবা ;
শানৌ মাবু পাংজনা পাখঙ্ কয়া তুংইল্লি
থৌওইরুদে মখোয়বু খোয়দাকুদে মহাক্লা।
পাখঙ্ কয়া মরক্তা খোয়ুম কয়া য়াঙবনি।
ধুরা খেঙ্গেল্ তাবদা খোয়ুম লাই অথোইবা
চীংজেন্ নারল পাঙ্গন্‌বা ফুরাই মতুং কোইইন্ ইন্
লপ্পা লৈত চৎলিবা মহাক্লী মহাক্লী অথোইবা।
শানৌ মাদি অহন্‌বী তাংদেনবতা খন্‌বনি,
লাইনিংথৌ শাক্তি থম্ থরাই মঙা কচ্চবা
খোয়ুম্ মাসু খঙবনি, নারল্ মানা শীন্‌বনি
অচ্চনোংগী লাইবুংদা শাবী শানৌ থেংনবা।

মেৎচি লাংদি থাক্‌থিবা মীপুম্বনা ঙক্‌পনি।

মিংচি লাংদা থুখিদো লাইবক্ ফবা তাংদেন্‌বা।
স্নুরা মানা খঙ্‌দনা খোয়ুম্ কয়া য়াওবনি
চীংজেন্ লাইবুং কারকপা হরাও মথোই কা-রিবা।
নারল্ খোয়ুম্ হরাওবা লৈবাক্ পুক্লাও থীনবনি,
শানৌ মানা লাইমাঙ্‌দা জগোই খুংথেক্ কংখিবা
তাংদেন্‌বনা পুংয়ৈবা অশৈবনা পেনানি
তৌথ্রি বাসি লোয়ননা লাইবুং পুমনিন্ নিন্‌খিবা
মিংকম্ হোংবা য়াদবা স্নুরা মাগী শাথেক্‌নি ;
শানৌনা চেপ্পা মায়গৈদা ভাবক্ পুম্বা চেপখিবা
স্নুরানা লৈয়বা মায়কৈদা য়েংলিপুম্বা লৈযবনি
খঙ্‌খিদে মখোয় পুম্বা য়াদা হয়িং চঙ্‌খিবা ॥

রাহৈ খোন্দা চঙ্‌খোন্‌বী রাঙাং বাতা ফজবী
মতৌ লৈবী অহন্‌বী—খোয়ুম লাইদি পাঙ্গনবা
চীঙ্‌জেন মাগী লাইবুংদা লৈয়না জগোই শারক্লী ;
জগোই খুংথেক্ লোয়ননা লেঙ্‌ লেঙ্‌ চংপা চিন্‌বায়।
খোয়ুম্ মঙন্ থারকুলি খোয়থুম্বনা শৈহেক্লী—
"চীংঙ্ লাইও লাইনিংথৌ চেংলৈ পিবা পাঙ্গন্‌বা
থাঙ্‌য়ী মাগী চুপথাসোই, লৈমা পেম্নু মপারী
জগোই খুংথেক্ কচ্চবা চীংঙ্ নঙন্ থাজবা
হৈজদবী ঐহাক্লী শিলৈরোম্বী ননাইনি
অয়োন্ অরান্ ঙাকপীয়্ ঙাকপীয়্ হে পাঙ্গনবা !

পোইরৈ যাবা কোকপীগে মালেম খোঙ্দারকপনি
খোয়ুম্ লাইদি লাইনিংথৌ চীংজেন্ নারল পাঙ্গনবা।

থাংয়ী পূক্লৌং ফা-থিবী নোংথাং লৈমা মপারী
সোরারেনগী মশু-ও চীংউ খোয়ুম্ পাঙ্গন্বা
চীংজেন্ নাবল নঙমা খোয়ম্ তাইবঙ্ ঙক্হনখি।
খোয়রী থাউওয়ছনা পঙ্খৌ থিবা চংথিবা
পলেম নোংথাং য়াথং ইন অরাং কৌক্র পাংবনি
অরাং কারোং লমদমদা লৈবাক হৌনা তিনখিবা
মচা মনাই লোয়ননা শলাই তরেং পিবানি ;
হায়ঙমত্রবা ঈচাওনা পোইরৈ লমদম্ থুমখিবা
অহিং মীশেং থাঙ্হুনা থিঙেন পন্বু নাপ্পনি,
থিঙেন থিংগে হোংনবা থিংবা ঙমদ লৈরিবা
শাম্বা পাঙ্গল মযেং তা লৈবাক্ তৌফম্ খঙ্দবি
তাঙ্গাসিদা থুংলখি চীংজেন্ নারল পাঙ্গনবা।

মফম পূম্বা চত্তুনা নারল মানা হংজখি
“পঙ্খৌ থাঙ্যী কৈদনো চেংলৈ পিবা খোঙ্জে”
তাকপীয়ু পঙ্খৌ মানবশা নাবল্ ঐনা হংজবি ?”
লূম্র খোঞ্জেল না-তাবা যেংনখি তিলি পূম্বা
নাবা মাবু উরুবা ঙক্না ময়া কানখি
পাওথাঙ্ থুংনা শন্দোকখি নারল মতৌ অঙকপা
নাবা মাবু উরগা মতৈ মহৈ চেন্নখি।

লৈবাক মীয়াম মরক্তা থোরকই চেংলৈ পিবা
নাম্বা মায়থোং হুংশিবা চিংন-য়েংন পাউহুংখি
"চেংলৈ পিবা অথোবা ঐনি থাঙ্‌য়ী থোঙ্‌ফ্রোম্বা
পারী নংবু কনানো থাঙ্‌য়ী ঐবু থিবদি
পম্মো কনাই মচানো করি লমদৈই লাকলিবা ?"

থাঙ্‌য়ী মপাউ তাবদা নাম্বা মানা পাউথুমখি
"ইপা! নিংথৌ য়াইফব্বা নচা ঐনি পাঙ্গনবা
ইমা পেম্বু মোংথাংনি—নোংথাং লৈমা শকহেনবী
লাইগী নিংথৌ সোরারেন মালঙ্‌ লৈবাক তাকলিবা
মালঙ্‌ মপু মহাক্কী অমত্তা পোকপী মমোমনি
থাঙ্‌য়ী নঙ্‌গী হাকথংনি থোয়রোই নঙ্‌গী থোঙ্‌ফ্রোম্বা।
পলেম য়াথং মতুং ইন্‌ পম্মো থোঙ্গুল লীরক্লি
মালেম থোঙ্‌দারকপম্বা তম্না হেক্তা লাকচবা
নচা ঐবু উরগা মহৈ মহৈ চেন্নরী
নচা ঐনা লাক্লগা হায়বীয়্‌ পম্মো অপোকপা
লৈবাক মীয়াম কায়ন-চেন্‌ মহৈ মহৈ কায়নরি
পম্মো করি মতৌনো তাকপীয়ুনে অশেংবা।"

নারল্‌ মপাউ তাবদা পম্মো মানা পাউথুমখি
"ইপাই ইবুংঙো হুংশিবা নাবা নারল পাঙ্গন্‌বা
থাঙ্‌য়ী ঐনা লাকপা কাল্‌ পারী নঙ্‌দি ফুয়হৌদ্রি :
লোইদাম্‌ অমা হাদরি লৈবাক হৌনা লাকখিবা

নাবা খোয়রী থাউওন্‌বা নঙ্গী খোয়রী কক্তদি
তাইবঙ্ খোঙ্দারকপগী হৌন-মঙম্ পাঙ্থোক্ত.
পারী নঙ্দি হুংশিবা ঈক্ক -ঈপান্ লাংদরি ;
অছু নোংগী শানৌও তিলহৈদ্রি তাইবঙ্লক্তা
য়াওহৈদ্রি থোয়ুমলক্তা—মরম অসি লৈদননি
নাবা নঙ্বু উরগা থ্বায় মীয়াম্ কায়রিবা ;
লাইজ মতা ফবদা ঈপান লাংখো পারী নঙ্দি
হৌন-মঙম্ পাঙ্নবা মীয়াম লক্তা ড্রিন্নবা।"

না-তাজর' পন্থৌ য়াথং নাবা নাঙ্গল মহাক্তি
পন্থৌ য়াথং কোক্ত' থোং চৌংজেন নারন্ পাঙ্গন্
উজাও অমা চাংথরে তোর্বান য়াঙ্বী থক্তগী
উকৈ থক্তা তোংহুনা লাইজ ঈপাল্ লাংলিবা ;
চৌংজেন্ মানা তোংনা উ তলা উকৈ থক্তনি
মীয়াম্ অমা তোংহুনা লাইজ ঈপান্ লাংলবা।
ঈপান্ লাংবা লোইরবা শেংদোক্রবা চৌংজেন্নি
কা-খংলগে নীংহুনা মাইকৈ ওয়া য়েংলকপা।
উকৈ থক্তা তোংলিবা মীয়াম য়েংনা পাওমেল্লি
"তারিবরা য়াম্বথোই তাবীয়ু পন্থৌ মানবা
কৃমথবীরো উথক্তেই তোর্বানথক্তা কাগে এদি।'
"নাবা অহুম-কা খোনা এথোয়্ লোইদ্রি ঈকপ'।

মথোই য়াবা তাবদা নাবা নাঙ্গল্ চিন্গোইখি

"য়াম্বা পুম্বা তাবীয়ু ঐনা হাল্লা কারবা
উজাও অসি হাইগৎলক ময়াম পুম্বা শোক্কনি
পম্মৌ মানবা খঙ্‌বীয়ু লেঙ্‌থবীয়ু অমুক্তা।"
"নাল্লা মাপল কা-ন্নেদা ঐখোয় ময়াম তোংবনি
নাল্লা নদোম্‌ কা-ম্নগা উজাও করম লেঙ্‌গবা।"
"ফরে ফরে য়াম্বখোয় কারগেকো নারল্‌ ঐদি"
চাঁঙ্‌জেন্‌ নঙ্‌না উদগী লৈরায় তম্না চোংখিবা
উক্তাও অচু হাইগৎলক তোংলি পুম্বা নীক্‌থখি
উদগী তারবা শিখি মখোয় অপুম্বা
মীবু শিবা মীশি উ পোইরৈ থুংনা খঙ্‌নখি
অচু নোংগী মুমিত্তৈই নঙ্‌গী নত্তিক্‌ অচৌবা।

খোয়রী নাউবী লোয়ননা লাইজ ঈপান্‌ লাংবনি
হৌনবী মঙম পাঙ্‌লগা নাল্লা ইপান থারবা
শেংদোক্লবা পাঙ্গন্‌বা পম্মৌ নাক্তা চঙ্‌লকখি ;
কংলৈ পিবা লোয়ননা শলাই তরেৎ পিবাদা
হৈয়রাং লৈরাং য়েন্দুনা অথেমপোৎ কা-জখি ;
লৈবাক্‌ মীয়াম্‌ খঙ্‌হল্লা মচাঙ্গী মঙম্‌ পাঙ্‌লবা
পম্মৌ থাঙ্‌য়ী খোঙ্‌জ্রোম্বা চেংলৈ পিবা পাথৌনি
তাইবঙ্‌লক্তা তিল্লবা খোয়ুমলক্তা য়াওরবা
পারী মাবু চেজেৎ কোন্‌ তারাম্‌ মুংশি ওকপীখি
পুক্লাং মকা লাল্লবা হরাও মখোই কারবা

পম্হৌ থাঙ্‌য়ী য়েংহনা চীংজেন্‌ নঙ্‌না হঙংখি—
"পম্হৌ চেংলৈ পিবাও পোখাবীরো হুংঙাইনা

ইপন্‌ পম্হৌ নহুংশিন্‌ লৈবাক্কী শিন্থা পাঙ্‌গনি
নচা পন্‌বু নাপ্‌চগে চেংলৈ থৌদাং পাঙ্‌নবা।"
মচাগী য়াম্বা তাবদা পেঞ্জরবা থাঙয়ীনি
মচাই মায়থোং য়েংহনা মোমোন্‌ নোক্না খোঙ্‌ত্রোম্বা
তপ্না মেঙ্‌না হুংশিনা চিঙ্গোই মপাউ লাউরকখি—
"পারি নারা চাউদবা চেংলৈ হাঙ্গোন্‌ নিংথৌবা
পোইরৈ মুংন' চাউবনি থিংঙমন্দ্রবা ঈচাওনি
লোইদাম্‌ থাবুন ফাবক্‌লে লৈবাক্‌ তুপ্না থিংলকপা
শলাই তরেৎ পিবানি পুন্না পন্‌বু নাপ্পনি
থিংবগা নীংখায়রবা, থিংনা থিংনা নরথায়রবা,
পোইরৈ মুংন' চাঙবনি খোয়ুম মানা তম্বনি
শাম্বা পাঙ্গল ময়েং তা লৈবাক্‌ তৌফম্‌ থঙ্‌দবা

পারী নারা চাউদবা নঙ্‌না করম খিংঙম্‌নি?
নপাউ নরা তা-বদা থৈনা পেম্লে পাঙ্গনবা
নিঙাইদনা লৈয়ুদা থাঙ্‌য়ী ঐগী ইঙম্‌নি
নঙ্‌না হয়েং চাউরগা চাউর' য়াংদোং ফারগা
চেংলৈ নঙম পাঙ্গনি লৈবাক থৌদা পুগনি।"
লৈবাক্কী রাবা শোক্রবা ওক্র থৌদা পাঙ্‌নবা

খোয়ুম শিন্থা পুরকপা নাৱল মাগী শায়োম্নি
কুইরোই খঙ্বা চীংজেন্নি তাইবং লিলা শান্নব
থাঙ্গী মপাও তাবদা নাৱল মানা পাওথুমখি--
"ইপন্ পস্থো অপোকপা চেংলৈ থাঙ্গী অথৌ-
নচাই মঙন তৌজপে পলেম্ নোংথাং য়াথংনি
পস্থো নঙ্না কুবিয়ু লৈবাক থৌদাং পাঙজব।

নাবল মতৌ খঙ্ল'দা থাঙ্য়ী মপাউ লাউরকখি
"পাক্নী ননীং থুংজরো ওইজো নঙ্গী য়াইফবা
খোয়ুম্ মানা কুবিবা হীন্নী কোল্লী নপন্দি।"
পস্থো য়াথং কোক্তখোং চীংজেন্ নাৱল্ পাঙ্গন্বা
মৈত্ত লোক্নী মীয়াম য়েং চিঙ্গোই মপাউ লাওরকখি--
"তাবীয়ু পস্থো মানবখোয় তাবীয়ু য়াম্বা পুম্বা
কংলৈ পিবা লোয়ননা শলাই তরেং পিবাও
কন্নি মঙম পাঙ্জোগে থোদাবীয়ু ঐঙোন্দা
ইপন্ থাঙ্য়ী মৱেঙ্শিন্ ঈচাও থিংগে ঐহাক্তৌ
নাৱল মপাও তাবদা নাৱা মতৌ উবদা
থাজদবা খরনা নাৱা মাবু নোক্নখি
খরনা ঙক্না য়েংনখি—নাৱল মতীক্ খঙ্দবা।

চীংজেন্ মতীক্ খঙলবা কংলৈ পিবা মহাক্নী
নাক্কল মঙন্ খঙ্লবা শলাই তরেং পিবানা
খোঞ্জেল 'মত্তা ওইহনা চিঙ্গোই মপাও লাউরকখি

"গোইরৈ বাবা ঈচাওনে চীংজেন্ নারল পাজনবা
নারল্ নঙ্না থিংউকো থিংঙমত্রবা ঈচেলসি।"
চেংলৈ বাজোন্ নিংথৌদি চীংজেন্ নারল পাজন্বা
কৌত্রু চীংশাং অমা ফুক্ লাইজ ঈশিং পন্থিংখি
লৈবাক পুম্বনা হোৎনবা থাবুম্ অমা হৌওবা
থিংঙমত্রবা ঈচাওদো নারল মলোম মথিংখি।
ঈশং ঈথাই পীহ্না পোইরৈ লৈথাক্ কনখিবা
চীংউ লাইও লাইনিংথৌ থাঙ্গী পেহ্নু মপারী
চীংজেন্ নভীক্ থাজবা ননাইনা নঙন্ শোজবা

হৈজদবী ননাইনি শিরৈয়োন্বী ঐহাক্নি
অয়োন্ অন্নান্ ভাক্পীয়ু ভাক্পীয়ু হে পাজন্বা।"
থোম্লুম নাকোং য়োথরে মুজা খোজেল খোয়থুম্বী
চীংলোন্ নোংলোন্ লাল্লকপা মুজা নাজা থুংলবা
নোংথাং কুপই লাইবুংদা কম্বিনো কম্বিনো হংনখি।
শংত্রৈ লৈনম থল্লকই পূংগুম্ গুমই মীপূম্বা।
অহন্বীগী মিংমাঙ্দা লৈইনা লৈইনা শীংলকলি
নোংলৈনিদো অকনবা মিংপাঙ্ ভমদে মীপুম্বা
অহনবীনা থেকথখি থেক্লা থেক্লা চেনশিনখি
লাইনিংথৌগী লাইশঙ্দা চীংজেন্ মাগী ফানখো ভ ৮,
পুংজাও থীন্বা লেপুনা তাংদেনবনা ইঙ্কখি
নোংলৈ ফুংশিং কেপথরে ইনমুক ইংক্র লাইবুংদো।

পুংখোল্ অহু দোং দোং থা-প্না ভা-ম্না না-তারী
খোঙ্জি খুজি মখোল্নি লমদম্ তান্না য়োৗরকপা
মি-না ভা-ম্না য়োৗরকপা অহনবীগী শৈহেক্নি
ময়াম পুম্বা হংনখি করি মতৌনো করম্বা।
লাইশঙ্ মুংদা অনিদি উযুংগুম্না লেপ্লম্মী।
হাওনম্না থল্লে লাইগুমাঙ্—মীপুম্ খুদীং তুজ্নংবা।
মাইবা-মাইবী অনিদো লাইনুং ভম্না চেন্শিল্লি
লাংথৈ্রু মপোপ্ মঙা পায়্ লাইথংনবা অমাইবা
পুকথেম্ নাউথেম্ ব্রাহৈনা লাইরেন মঙম্ শরুক্লি
লাংথৈ্রু মপোপ্ নাচোম্না পোপ্ পোপ্ ফুবি অ[illegible]দা।
"লাইরেন নঙ্না কুবিয়ু নদাইবেম থঙ্দবা অনি[illegible]
থরাই নিরি অনিগী নাহেরোলবু শক্নুনা।

অমাইবীদি হৌরী কোন্বী লাইথংনবী মহাক্নী
ভাইরেন পুংফাই নাচোমহু ঈশায়ফুদা লুপ্তুনা
লাইজ খিক্লেন্ চাইথোক্লি তিন্মু লাইমু ভা[illegible] ক[illegible]
নাহেরোলবু শক্নুনা লাইহংলোনবু শোন্দুনা ;
চৌংজেন্ মান। কল্লম্মী শাবী-শানৌ অনিদি।
কল্লক-চাওবা খোয়্মুম কয়া অহন্বীবু খোয়দাবা
শরোই-ঙারোই কয়ানা ভাল্লক্না ফাখি অহন্বী
হোৎনরম্মী পুগে হায়না য়ৈথুরগা ভাংজেন্বা
শরোই-ঙারোই খোয়্মুম পুম্বা লাইরেন মানা ভাল্লোক্খি

শাবী শানৌ অনিদো ঙাক্লুনা থম্বা শাইগোন্দা
খোয়ুম মানা শিন্নরে মখুত্তা অমাইবা অমাইবী
শাবী শানৌ অনিদি নিংশা শাংনা হোন্নকপা

হুন্তরকখি ইক্ ইক্ মিংস্না তগাৎ পাঙ্লকখি
চৌংজেন্ মাবু থাদা কোন্ য়েংজন্নক্খি বোয়রৈ ৈ ৈ
পলেম্ পন্থৌ অনিদা লাইরেন মানা শিন্নখি
লাংথৈ মপোপ্ খেংপিখি অহন্বীগী নাম্নদা
তাংদেন্বগী মখুত্তা কাঙ্জৈ কাঙ্হু শিন্নখি
তাংদেনবগী পুনসিনি কাঙ্জৈ কাঙ্ছু অহুনা
লাংথৈ মপোপ্ শাহুনা অহন্বীগী থবায়নি।
অহু নোংগী নোংজাদৈই শাবী শানৌ অনিমক
লৈপুন ঙইনা শেনখিবা লাইরেন মাগী খুজিন্নি।
নোংজাহুদৈই হৌহুনা অহন্বীবু খোয়দাবা
খোযুম মখোয় থিবিক্না খূদোংচাবা ঙাইবনি
শান্নোই ঙান্নোই পূম্নমক্ শীংখিবনি তাংদেন্বা।

পলেম-পন্থৌ মরিমক শাবী শানৌ অনিগী
রাখল্ লীশাং থানখি ; মখোই মতৌ উবদা
নিঙোল্ পোকপী পলেম্নি পাখঙ্ মাগী পন্থৌনি
চৌংজেন মাগী য়াথংনা পায়্রা পীবুক্ ওন্নবা।
পাখঙ্ মাগীদমক্তা নিঙোল মাবু হায়বনি
লৈকোক লৈকাই ঈখঙ্না হৈয়জীং হৈয়রা পুদ্না :

নিঙোল্ পোক্পী পলেম্মা পামজম্রবা ময়ানি
নিঙোল্ মাবু থাজরে য়াংগোই হৈয়জীং লোইরেদা ।
মায়চৌ ম্মাথং তুংইন্না লুহোঙ্ লুমিং লেপ্পনি
কোয়ৌ অঙাং কায়কপা উনৌ য়ানৌ থাদ্লা ।
মতা খোয়রোই কয়াগা থাজগ্রবী অহন্বী
হৈয়জীং হৈয়য়া চাম্মিম্মা য়াখল ফুয়া শাজথি ।

শরোয়-ঙারোয়্ কয়াগা খোয়ুম লাইদি কয়ানি
অহন্বী তুং ইল্লিবা নাইতোম্ মদোম্ চৎপদা ;
শ্রোৎ শ্রোৎ, প্রেক্ প্রেক্, তোপ তোপ, দম কোংদোং
ঙেংই অহন্বী
কনা উদে মনাক্তা হাওনমতনি নম্লিবা
কোক্কী শনদি চপ্ চপ্ ম্লুং তুজ্জং খিরুম্ তৌবনি
শউম্ ফংই তত্তনা থল্লুই কনা চৎলিবা
ঙুখিঙমস্থ মতৌই, খঙ্দে, উদে শেংনদি
কিখি কিকন মতৌবা থম্মোই তনিক পাখৎপা
নাইতোম্ চৎপা ঙমগ্রবী শানৌ মাদি অহন্বী
শাবী মাবু উরগা লোয়নরগা তাংদেনবা
লাথৈ্ মপোপ্ নাদ-খেৎ থৌশারুদে কনাদি ।
ঙুংশিৎ অশাং শাংলিবা হাওনম্মা মায়গৈ ছিল্লিবা

কয়ি মতৌ কৌশনো তোয়না তোয়না হুংনয়ি ।
থুপ থাওমৈ থাদ্না খোইজু লৈথাম হাংদোকপা

চণ্ডরুদী মহাক্কী শানৌ মাদি শক্হেন্বী
মাইবী মাইঙ্ক ভা-মজৈ পলেম পম্বৌ অনিনা।
লাংথৈ নাদ-খেৎলিঙৈ করি তৌদে অহনবী
নারল মানা ভাক্লিঙৈ খোঙুম কনা কিগবা,
শরোয়-ভারোয় অপূম্বা মনাক্ নকচ-ভমদবী
থাজগ্রবী অহনবী শাবী মাগা লোযননা
লেপ্পবী হরাও তয়াম্ খুমিং অচ্চু ভাইজরী
শানৌ নাক্তা তোয়জরী নোংম-কাংদ তাংদেনা
শানৌ মাগী দমক্তা শয়েং পাম্বোম ভানবী
ভকচাও খেক্লা তাংদেনদ্রা অকি অখঙ্ লৈতনা।

নোংলৈ মুংশিং অকনবা শাক্ কনবা শউমকি
মীবৎ নাবৎ ভঙনা খেংনবনি তাংদেনবা।
য়াচঙ হুক মুকনি—অহিং নোংয়াই চবুক্নি
অয়ুক্তা তু উবনপা অমম্ অভান্ শিন্নবা
শারোয় ভারোয় পূম্বগা খোইয়ুম লাইদি কয়ানি
অচৎ-অওক খুদীংদা তাংদেনবব্রু ভাইরিবা।
লমন্ খুমগে নীংহুনা তাক্তা য়েংনা লৈবনি
উনগুম্ ঈংবা মুংশিং ওই মৈগুম শানা অমুক্
হাওনম্ মাযকৈ শীন্দুনা তাংদেনবব্রু শীংবনি।
কাঙ্জৈ কাঙ্ছু খুত্তা পায়্ অকি অবাং লৈভনা
অহনবীগী চাম্নবা খোনা কবা মহাক্নি,
নারল মানা কল্লিঙৈ মখোয়্না নকউ য়াদবা।

মতম' য়োরক্লবদা লীৎকক্রবা তাইবঙ্নি
লাইগী নোংদম্ অকন্‌বা নোংদম্ মানা তসখিবা
শোয়দনা মথোক্লবা শোয়কক্রবা নোংদমনি।
মুমিৎ অত্তু য়োরক্লে মাযচৌ মানা থাখিবা।
উনৌ ব্রানৌ থানিদা থম্মোই মযোন্ চোংবনি,
মখল নচু চেক্লানা হৈনৌ মপান মরক্তা
খোয়থুম্নবা শৈংগেক্তা থম্মোই মরাঙ্ হৌবনি
অনৌবা য়েম্মৌ কয়ানি নৌনা চোংখৎলকলিবা
শাবী শানৌ কয়াগী ব্রাখল মালহৌনবনি।
উনৌ ব্রানৌ থা ওইবা থাখিবা মুমিৎ য়োরকপা
মুংশিনবা অনিদি ব্রাখল ফুবা শাগৎলি
হয়েংনিকো খুৎশম্না মুংশি লীপুন পুন্লোবা।

কুযেং ইন্নুং ঙাল্লবা শানৌ মাদি শকৃহেন্‌বী
য়োথ্রনিকো শোযদনা তাংদেন্-মপান্ য়াইহুদা
খোইযুম লাইযাম্ বা তান্নে শবোয়-ঙারোয় খুন্দিন্নে
করি তৌসি খয়খি যাব্রাবুংগী লম্পাক্তা।
ঙসি ইন্নুং ঙাল্লিরিঙৈ লমন খুম্বা তাবনি
চৌংজেন মানা লৈত্রিঙৈ থোংনাং মরাং লৈবাক্তা
থোংনাং তান্‌বা চংগ্রিঙৈ তাঙ্গা য়াম্না চাবনি
শানৌ মাদি অহনবী খোযুম ঐখোই ওইহনবা
মপু মাগী লেংদমনি খোযুম ঐখোই ব্রাশক্লী

য়াশক্ অসি ঙাক্লবা হিংবা য়াদে তাংদেন্বা
খোয়ুম পাওখোন্ তুংইন্না চৎলে কিকোই লৌওন্বী
অহন্বী মত্তা শাহ্না পাউদম্নরে তাংদেন্বা।

"শাবী ইবুংঙো মুংশিবা কনবীয়ু ইত্তা অহন্বী
ঙসি কোরৌ নোংজাদা য়াচঙ্ মতুং য়ুথক্তা
তাজয়কই ঐহাক্না ইতাবু ফা-ন চিংদৌরি
য়াবাবুংগী শাফবা পাথঙ্ মথোক্ কা-বনা;
খোঙ্দোইবীয়ু পন্দনা ইতানা নঙ্বু নীংশিংলি"
শাবী থম্মোই খোয়্রাংঙে শানৌ মপাঙ তাবদা
খোইমোম্ কিকোই লৌওন্বী শানৌ মতা শারক্পী
চৎখি মিরৎ-নারক্তা উখিদরে অমুক্ হন্না।
চিংন পরৈ হুক্লবা চনিং তাদ্র' মহাক্নী
কাঙ্জৈ কাঙ্ত খুত্তা পায়্ য়াচঙ্ হুরু মুকদা
পাথঙ্ মদোম থোরক্লে লাবা খোঙ্কাপ্ তোয়্বক্লী
শানৌ মরান্ তম্লক্লী অহু নোংগী হুমিত্তা।

হুমিত্তুগী অয়ুক্তা থোংনাং ময়াং খুত্তগী
পোইরৈ লমদম্ কন্নবা লোইবী চীংলোন্ লান্দুনা
মিকুপ অমা পোখাদ' নারল্ খোঙদোই মহুনিথ;
জিরি তুরেল খোংলম্ তৌ চীংজেন্ মানা পাঙ্গনবা
থোংনাং ময়াং খুত্তগী পোইরৈ লমদম্ মকন্থি।
চীংজেন্ মানা লৈত্রিঙৈ তাঙ্গা অসি ঙাইরকপা

শরোই ভারোই কয়ানি খোয়ুম্ নখোয়্ খিবিক্লী।
ইন্নরক্লে তাংদেন্‌বা লাঙ্গোই চল্লে তত্তনা।
প্রোক্-প্রোক্ শেৎ-শেৎ তোপ্-তোপ্-দম্ মু'শিং
ওইনা থক্ ঈন্নী

মাঙদৈশিনা কনানো ভুংদা কনা ঈল্লিবা
নাকন্দসু ঈল্লকই উখিগুম্‌সু মতৌরি
চাননসু মউদে হাওনম্মা মায়কৈ শীল্লিবা ;

কোক্কী শম্‌সু চপ্ চপ্ য়ুং মুংশা খিব' মহাক্লী
মুংশা মপী শাংন হোন কাঙ্‌জৈ কাঙ্‌হু হাইরকপা
শকুউদবা শারোই-ভারোই খোযুম্ মখোই কয়ানি
তাংদেন্‌বৈই কাঙ্‌হুনা পান্ মকোক্ মক্ক কায়বিবা
কাঙ্‌জৈ চৈনা খাঙ্‌ঙম্‌দ' মখোয়্ কায়্'না চেন্‌বনি।
পাখঙ্ মানা ইন্দান্‌লক্‌পা পোত্থাদনা লাকপনা
মুরাই মরান্ য়োরেদো ; শানৌ চেংলো নীংথিবী
য়েংহুনতা লৈনীংবী উজ'রেদো মহাক্না
মুরা কবি' তৌরম্‌দ' নীঙাইদনা লৈরম্মী
য়েখাই থিঙ্গাই লৈত্রেদো বারী শীংবুম্নরগা
শানৌ মাসু চঙ্‌থরে পাখঙ্ মাসু হল্লক্লী
ময়েক্ য়াওদ' ইশৈঙং অহিং তাংলো থেঙবদা।

পাখঙ্ মাদি ঙকুচাও থেক্ কৈরক্ লম্বী শন্নক্লী
শরোই ভারোই কোইনা ইন্ লাঙ্গোয়্ চল্লে তাংদেন্‌বা

পাখৌ মাগী কাঙ্‌হাইদা হল্লা হল্লা কায়বনি :—
মরোয়-মনাও শোক্‌পদা রারোরবা তাওরোই থানা
খোয়খা-লিনখা থাহ্‌না পাখঙ্‌ মাবু শীংবনি।
হিয়াংলমগী লমখাইনি লমলোঙ্‌ অচুম ফাংবদা
মরুপ অনি চাওবা-তোম্বা, খোয়ুম্না ওইবা শক্তমং
হরাও হরাও কৌরকই তাংদেনববু ওক্লনা—
"ইতাও কৈদা চৎলুবা ঐখোই পুম্নপ হনমিন্নসি"
"লুঙাইরেদা ঐহাক্তী ইতাও নখোয থেংনবা
নোংখাই চনুক যৌবেদো চৎশি চৎশি থুনা চৎশি।"
চাওবা তোম্বা যেৎ ওই চপ মযায় মক্তা তাংদেনবা

খোঙ থাঙ্‌ মাম্ন'-চৎল্লকই ময়ুম মায়কৈ পাংলকই
চীংজেন লাইবুং মপাদা খোয়ুম ওইবা তোম্বনা
তাংদেন যেংনা হায়রকই—"ইতাও নঙ্‌গী কাংগ্লাস
পুক্লীং হুনা ফজেদা অমুক্তা যেঙ্গে পীয়ুদা।"
"য়েংউ করি তৌবগে" কাঙ্‌জৈ অহু পীখোকখি :
চাওবা তোম্বা অনিদি চা-মিন থকমিন কোযমিন্না
লুনা চান্না তিন্নবা চান্নরবা মরুপনি।
"ঐস্থ য়েংগে" হায়রকই খোয়ুম' ওইবা চাওবনা।
কাঙ জৈ কাঙ হু পীখিবা তাংদেন তুজুং মাঙ্গুংই
তোম্বৈই খুত্তে চাও' খুত্তা কাঙ্‌জৈ অহু য়োবগা

মকম ঈশঙ্ খঙ্হৌদা "হুং" লাউনা কাঙ্হুদি
চীংজেল লাইবুং য়োৎখরে খঙ্বা লৈতে তাংদেনবা।

খোযরাং খোয়শাও তাংদেন্বা তোম্বা যেংনা হাযদকই
"কাঙ্জৈ পীরো ঐহাক্কী" তোম্বনা হায চাওবদা—
"পীথোদনা কাঙ্হুদো।" খোযুম ওইবা চাওবনি
নোক্না নোক্না হাযবকই "সেসে লৌরো কাঙ্হুসে'
হায়না হাযনা পীরকই। পাখঙ্ খুংনা লৌরনি
কাঙ্জু অতু পীরকপা পাযরুবদা তুজংবা
মতু জোম জোম্ লাউরবা শিবুং শিবুং লাউবদি
যেংলুবদা ওইরম্বী শগোল মখোঙ্ অমথক্
মশা পুম্না মতু চুং খোযবিন থীংলে তাংদেন্দি
"কৈদৌ ঙাওশিন্নবিবা" অসি হাযনা মহাক্না
শগোল মখোঙ অতুবু খুতুম চেংনা পাযনদি
লৈনা হাইনা ফুরকই চাওবা তোম্বা অনিদা।

ফুকবদা তাংদেনবা চাওবা থংবাং বাংথংখি
খোংনাং মরেপ মহেনখি, কুচু মুশুক মুববা
মতু জোম জোম চোন্নবা মমিং ঙাঙ্ন-লংবনি
লুরাক্না যেংথরি। ওইদা লৈবা তোম্বসু
য়েংনা যেংনা বাংথংখি খোংনাং মরেপ মহেনখি
কুচু তাইফেং তাইরবা ঈ-থাংদ' ঙৌরবা
মমিং ঈরং লংহুনা মাম্ভু লুরাক্ য়েংলকই।

মখোয়' নিমক্ শুন্দা লেপ, মখোঙ্ লৈবাক্ তাদনা
তাংদেনবগী কাগুপ লেপ লুরাক লুরাক মযেংলি।
শাংল' মখুৎ মরিনা লামথরকলি কাগে হায়না।
কোকচাওবী কোং কারবা হিয়াংলমগী ঙকচাও থেকপা
মকোক্কী শম চপ চপ যুং মশা পুন্সা মতু চুং

হুমাং'নম্মা কাম্রবা তুরোই ঙাবোই লেপলিবা
শগোল মখোঙ্ খুহুম চেৎ হুক হুক লৈহুনা
চৈংজেন মিংলেন শোন্দুনা মরান মায়কৈ পাংলকই
কামজাও হুম্না চেল্লকই মুংশা থবেৎ হোন্দুনা;
খোযুন অনি তুং ইল্লি চপথাংননা মচৎলি।
লুরাক্লুনা ময়েংই মখোঙ্ ইথাং থাংদনা
তাংদেন্ কাগুপ্ লেপ্তুনা অহুম্ মতাম্নবকই।
চেন্না চেন্না তাংদেনবা খারায খোঙ্গাল ফৈন-চো'
"ইমা ইমা খোঙ্ হাংউ" খোঞ্জেল কাযনা লাউনবাংগ
মাঙ্গোল তাজিন্ যৌবদা মানা পাযরি শগোল'খোঙ্
মখুত্তগী নাম্তাক্লে - শগোল মখোঙ্ শুন্দা পাই
হুম্না কম্না কাওরবথি ঙকচাও থেকপা তাংদেনবা।

মাঙ্গোলথক্তা খোঙ্জিন্দা তাংদেন্ পত্রাক্ মতাথি।
মৈহুম খুত্তা পায়হুনা পলেম পম্বৌ অনিনা
চারগী পৌরোন শত্তুনা মাঙ্গোল খেঞ্জোং থোবকথি
হাওনম্না ছল্ল' মরক্তা মচানা রাম্থ তারম্বা

মচাবু চেৎনা কোন্দুনা হীক্ল হীক্ল কপচখি,
খোইজু লৈখাম মৈ শুক্লা মচাবু ইমুং পুশিল্লা
মাইবা মাইবী কৌহ্নুনা ফমশেল্লনা লাইকল্লখি।
পাখঙ্গী থরাই মঙাদি মিগা থানা তরুকমক্
অশি লৈবাক পাংখরে। অশি লৈবাক্ য়ৌহ্রিঙৈ
শানৌ মাগী মরান্দা খোমলেন্ মঙ্লান চান্দুদা
পাখঙ্ মানা পাউদমখি—"শানৌ ইনেম মচাগ
নোংদম্বনা তমখিবা নশাবী ঐদি চৎলেদো।"

মঙ্ফাওনরবী অহনবী মিকপ্ থংথোক্ থোক্লম্মী
অহিংগী অরোই' য়ুথক্তা ফুক্ হেক্ হৌগৎলা
খাঙ্জেৎ ক্রক্ লাকশিন্না খাঙ্দা ছুরী য়েপ্লবী
লাংথৈ নাদা থেক্তুনা শজিক থরান্ তুংওইনা
চাংজেন্ লাইবুং তমহ্নুনা নোমজেন চেনখ্রে মহাক্তী।
পলেম্ পম্বো তাক্লমদা' মিহুন্ চেনগুম্ চেনগানা
অহিং মমৈ অতুদা শানৌ মাদি চেল্লক্নী—
শুক্ল খোয়ুম্ কয়ানা শরোই ঙারোই খিবিক্লা
খোঙথাং কল্লা থাংহ্নুনা মুরা মতুং ইল্লক্নী।
লাইনিংথৌগী লাইশুমাঙ্ শুমাঙ্ মতা ফবদা
মশাবী মাগী মখুংশু কাঙ্জৈ কাঙ্হু তারম্বা
শানৌ লরাই শাংখরে—মঙ্গী বাবু চুম্নবা।

চাংজেন লাইশঙ্ মমাঙ্দা মুরা নিংদোন্ পোম্নবী

খুবউ লৈয়তা কুন্দুনা মিৎস্না পিরাং ঈরা চেন
"লাইনিংথৌ করি মতৌনো" হীক্ হীক্ তেংথা নাহেরী।
"নদাইরেম লাইবক থীবী মুরা করি ওইর্‌সিগে
ইশাবী মানা লৈত্রবা খাঙ্ থক্তা কেম-লদি।
মুরা ঐনা হিংলুবা ওইররোই অমুক ওইররোই
তাইবংদা অমুক লৈহৌবা শাবী মহাক্ য়াওদনা
ওইররোই অমুক ওইররোই ; ইশাবী মতুং ইন্তবা
চীংঙ্ নঙ্‌না কুথিয় লাইবক থীবী ঐঙোন্দা।"
বাবম অসি হায়দুনা হিক্লা হিক্লা তেংথানা
ছুরী খুত্তা চেক্তেৎ পায় মিৎস্না পিরাং থল্লবী,
থবাক্ ঈরম ফাংলগে থোরাঙ্‌লক্লে লাইমাঙ্‌দা।

মুরা মানা তেংথাবা চীংলোন্ মাপন্ বাংমদা
চীংউ মানা না-তারে, মুরা মানা তৌরিবা
চীংজেন মানা উবদা খোয়ুম মপাও লাওরকই
"শানৌ ইবেম্মা মুংশিবী করিগী অত্থক্ বারৌবা
তাংদেন্ পুনসি ইখম্বা নোংদম মাগী নোংদমনি
শানৌ নঙ্‌বু চৎলুনে থোঙাক্ লাই-রম্মা মকাদা
য়াংলৌ লম্বী হংলকউ অশি লৈবাক্ য়োগনি
নশাবীহু উগনি খানা চাউবা শাইগোন্দা।"
চীংউ য়াথং কংবদা শানৌ মাদি অহন্‌বী
পারল মাবু পুনেমক্লে খাঙ্‌দা ছুরী য়েপশিল্লা

শাবী কাঙ হু খুত্তা পায নোমজেন নোমজেন্ চেল্লকপী
পাখৎ খোঙ্থাং তোয়্নবকপী তাংদেন মবান্ যৌখরে।

পন্থো শুমাঙ্ মথৌবুং খংঙেন্ফমগী যুম্ফম্নি
ঊনাই-খাংপোক্ মন্নুঙ্দা লফু মতুপ্ মোনখাঙ না
চংবী লারাক্ মোম্পাক্তা শাত্রাং হিপলি তাংদেনদি
তেংথা তেংথা কপচরি পলেম পন্থো অনিনা ;
লৈকোক লৈকাই কনানা অচম্বা শন্দুক্ শারম্মী
লৈগী দলাই শেম্নম্মী তাংদেনববু পুনবা ;
থাকল চান্দুবা থন্দুনা তোর্ব্বান যাঙ্বী থক্তগী
খাম্বী মৈরা শগোলনচিং অশি লমদম চৎনবা।
ইকাই-ইকি বাংম-লান্ শানৌ মানা চেনশিনখি
খাংপোক্লুংদা লৈরিবা মশাবী মখোঙ কোন্দুনা
হিক্লা হিক্লা তেংথাজৈ—"করি ওইরসিগে ঐহাক্তি।"
নারল মানা শীন্বনি কনা খাম্বা নংহৌদে।

"ঐদি চৎলি অশি লৈবাক্ লৌরুখিনি ইশাবী থবাই"
চোইরোন পারোন্ লাওরকখি—"পন্থো মানবা ইপনখোঙ
ইবুং ঙাইবা নখোযনা ঐনা হল্লক্তি, কাওবদি
খাম্বী মৈরা চুবিন্নু ইশাবী মাবু মুংশিবা।"
বারম অসি হাযনা হাযনা মুর। মোয়্ অপিখক্
কাঙ্জৈ কাঙ্হু থনমলে মশাবী খুত্তা শিন্নয়ে
অঙাওবীগী পান্দমগুম্ শানৌ মাদি চেনখয়ে।

মুন্না মাবু উকবা থোইনা হেন্না ঙকখিদো
অবা' কুপ্সংনরবা মথোয়পুম্বা খঙ্‌হৌদে
মাবু থাম্বা নংহৌদে ঙল্লবা অযুক্ অতুদা
শরোই-ঙারোই কয়ানি খোয়ুম্ কয়া তিন্‌বনি
কল্লিনো কল্লিনো হাওনম্মা মায়গৈ ছল্লকপা।

চীংঙু মানা পুন্নিবা মুবা মোম্নু অহন্‌বী
শালঙ্‌ খোঙ্‌নেৎনবগুম্ চেন্‌বোই চোংবোই চেল্লকপা
তুবৎ নাতৈ ছম্‌তুনা মথং মথং ইন্দান্‌লি
শেক্‌মাইজিন্ তুংওই থনম্ন' উচিবা হঙ্গুন য়েৌরকপা
ইকোপ নিংথৌ খুকম্মী; অবাং পাংনা চেল্লকলি,
খুমন্ লমদম ছমতুনা লৈশাং রাঙ্কোই লাল্লগা
শ্যামুরো লমদম য়েৌবকপা—লাকপা মাবু পুনেমলি
তুবৎ নাতৈ ছমতুনা হিয়াংথাং লমদম যৌরকপা
লাইরেম্মবু খুরুম্ন' চেন্না চেন্না কারক্লি;
ইম্ফাল ময়াম ছম্‌তুনা ইম্ফাল তুরেন তোরৈই ইন
হাওরৈ অবাং পম্লকপা খোঙ্‌হাম্পাৎ লমদম্ যৌথনি।
শিন্দনা য়েৌরে শানৌদো—থোঙাক্ লাইরেম্মা চীংজিন্দা

থোঙাক্লীদা অশিথেন্ মকুট মুঙোন্ ওইনপুং
পাখঙ্‌ চামনা শিবগা মুন্না চামনা ঙাইনফম্
মুরা চামনা শিবগা পাখঙ্‌ চামনা ঙাইনপুং
খম্নুংগী শবা ঙাইনথেন্ অমন্‌গী য়াইথোং মাঙনপুং

থোঙাক্ লাইরেম্মা মকাদা শানৌ মানা হংজখি—
"পলেম্ ইমা ইবেম্মা নপান্নী শীংখোঙ্, অতোম্পোক্
ইশাবী মাব্ উবরা ? বৈতরনী য়ৌন' য়াংলৌদি
শমু খুৎনা থিন্নবু তাকপ্রবরা পলেমও ?
নচা লাইবক খীবনি ইশাবী নাক্ য়ৌজগে ;
শাবী মকা য়েৌনবা য়াংলৌ লম্বী তাকপীয়ু
খমু্ং কোমুং কৈদনো নোংদোন্ মায়গৈ কদোমদা
শাবী মানা চৎখিবা পলেম নঙ্না তাকপীয়ু।"

মুরা মোমু মহাক্কী মুংহিক্লবী খোঞ্জেল্দি
থোঙাক মানা না-তারে মুকা মানা তা-নবা
চিঙ্গোই মপাও লাওরকই "ইমাই ইবেম্মা মুংশিবী
শাবী মাদি নহাক্কী নোংদম্বনা তম্বনা
লাইরৈবাক্তি অশি লৈবাক্ লাবা খোঙ্দোই মুংশিবী
তাইবঙ্ হকচাং পুত্থনা লম্বীথুদা চৎহৈদে ;
ইমাই ইবেম্মা নহাক্তি তাইবঙ্ চিঙ্গাক্ লোইদরি
মুরা নঙ্বু হল্লোনে নখুম্ মায়কৈ পাংলোনে।"
"হায়বীগমু পলেম্ ও লাইবক খীবী নচানি
য়াংলৌ লম্বী অত্থবু ইশাবী নাক্ য়ৌনবা
শমু খুৎনা থিন্নবু তাকপীয়ু ইমা তাক্পীয়ু
য়ান্না ফিগৈ শেংবীয়ু তাকপীদবা তৌবিন্নু।"

থম্মোই ওমচাক্লবী হীক্লা হীক্লা কপ্চরি।

শুন্না মত্তৌ উবদা মুংশিবীরে লাইরেম্মা
থোঙাক্ মপাও লাউরকই—"ইমাই ইবেম্মা মুংশিবী
নঙ্না ময়াম্রবদি—লোইবী চীংথাঙ্ কারকউ।"
চীংয়াঙ্ থক্তা খাত্রাং লেপ্ লাইরেম্মনা তাক্পীখি
শমু খুৎনা থিন্নবু অশি কোম্নুং য়ৌনবা
য়াংলৌ লম্বী লৌথিবী ; তাকপীখি—হে তাকপীখি -
"ইমাই ইবেম্মা মুংশিবী য়েংউ থারম্ পাংবদা
খানা চাওবা মশাইগোন্ তুরেল্ অনি তিন্নফম্
শুরুং লম্বী তুংইন্না ঈরম অনি লাল্লগা
ঈনুংবুংদা লৈরিবা য়োংকী কোস্তোং উবরা
য়োংকী পোৌয়োন্ থারিবা কোস্তোং অসি লাল্লগা

ঈরোম্নুদা লৈরিবা অশি কোম্নুং হোজংনি,
থোঙ্লোন মাপন্ লাল্লগা অশি কোম্নুং লৈবনি
চৎলো চৎলো মুরাও য়ৌক্তরো নশাবী নাক্।"
থারম্ অসি হায়রম্না' যাংলৌ লম্বী তাক্লম্না
লাইরেম্মদি চঙ্থরে থোঙাক্ মাপী মরান্দা।
শানৌ অঙৈন্ কল্লবী চীংঙু য়াথং তুংইন্না
লাইরেম্মনা তাক্লকপা লমগী মায়কৈ পাংনদি
খুদোন লৈবাক্ তাদনা মিক্নন্ চেনশুম্ চেনগানা
হাওরৈ থারম্ পাংবদা মুন্না থোঙ্দোই হুল্লক্লে :
তুরেল তুথুপ্ তুংইন্না শানৌ নানা লাকপদি

মিংন-কুপ্পা খঙ্‌হৌদে ; হুরা মোম্ন্‌ যৌবকুলে
ৱাংত্রেন থানা চাওবগী কিনববা মশাইগোন্‌।

তুবং নাতৈ ছমতুনা যৌবকলে শানৌ মাদি
ঈনুংবুঙ্‌দা লৈরিবা যোংবী কোম্পোং মনাক্তা,
অশি-অচঙ্‌ লম্‌খাযবা থানা চাওবা লৈবাক্কী
যোংবী কোম্পোং থিংলিবা চারগী পৌরোন লে 'ম্লব
অহিংবা তাইবঙ্‌ কনানা কোম্পোং অতু লানযদে
অশি নিংথৌ মনাইশিং কোম্পোং লাম্না কাযদে
কোম্পোং অতু হাংনবা চারগী পৌক্লোন্‌ শংলুব
শানৌ মাবু ঈল্লকই শকউদবা থোঙ্‌শঙ বা
পুন্ত্রে তুব' হুরানা তিক্লা কপ্পা লাওরকই—
"থোঙ্‌ থিংবা কনানো সতিগী শাপ্পু কিদরা ?
হুরা যাবা তাবদা কোম্পোং হাংলে মথন্তা
কোম্পোং লাম্না চঙ্‌খরে হুবা খোংদোই হুন্‌খবে

মন্ন শুকং লম্বীনি হুরা তপ্পা চংলক্লী
লম্বী মাব মারতুনা ; শরোই ঙারোই কযানা
তম্ন-লাই মখোযনা লম্বীদা কবা ৱাহন্থি,
থৌশাক্লবা তৌদনা অৱা' কযা থাঙ্‌তুনা
হন্‌বা অমুক্‌ তৌদনা লাম্পোক্‌লে শুরুং লম্বী।
হুংশানা কঙ্‌থোক্ল শার' লম্বীদা লৈঙোই লক্তা
লৈকঙ্‌লাগী লম্বীদা পোক্‌থোক্লবী খোঙ্‌তুনা

ভুর-হৌগৎলা চেল্লক্নী ;  মুয়া মোম্ম, অপিথক্
অশি কোন্নুং য়োগনি শাবী মাবু উগনি
ৱাখল অসিমক্তনা হুজা মাবু লমজিঙ্না
ৱাবা কৌবা লৈতনা লেপ্পা লৈত চংশিল্লি ।
নারল মাবু থাগোম্না চানবী হৈবা পাঙ্গন্বা,

লৌবুক লমহাং বন্ জঙ্গল্ উবক ম্বারক মোংশোংন
ঙমল' চাঁদোন শুক্ল লোকচপ্ উত্তনা কৃষ্ণ চাংশা ।
নোংলৈ ন্নুংশিৎ লেন্ লক্তা চৎলি চেল্লি পোথাংদ :
মুরা মাদি চঙ শিল্লি লেপ্পা লৈত চঙ্শিল্লি ।
লম্নী কোঙ্গাই লাল্লগা লৈখোম্না খুকউ য়োববা
নান্বনা চৎপা ঙমদবা লম্নীদা চৎলি কাফৈ তুফৈ ।
অস্নুম্ অস্নুম্ লাকপনা থেংনৱে পাক্ল ঈপাক্
হন্বা লৈতে অহনবী ঈরোইহ্না লাম্নোক্ই,
কৌবী-শীংনাং মরক্তা তিংথং তুম্নৌ নেত্তুনা
লমহাং কয়া লাল্লগা থেংনৈ তুবেল্ বৈতরনী
ঈ-নাই শত্রুম শক শয়াং ঈথক ইপোম্ হৌবিব;
অকনবা ঈরৈ লোয়নবা অশি কোন্নুং কোয়শিল্লি ।

লান্ঙমদ্রবা তুবেলসে করম্ লান্বা ঙমগনি
মুবা মোম্ম, অপিথক্ থম্মোইনদি ৱামৈচাক্
মিৎস্না পিরাং থন্দুনা চিঙ্গোই মপাঙ লাওবকই
"ঐবু কম্নি ওইরসিগে, শাবী মাঙ্গ পাম্মুবা

লানঙমদ্রবা ঈচেলসে লাল্লসিগে করম্না
বৈতরনী তোর্ব্বান্দা নোংমন্দুনা তোক্লত্রা ?"
মালঙ্না পুখি নুজা খোঞ্জেল্ অশি কোনুং মপুংয়াই
তাথি তাংদেন্ ঙকচাও থেকপা মকন্থীনা মরন্ যোয়রবা
"শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী কদাইদনো নহাকপু
অশি মনাই লাঙ্গোই চন লেঙ্ঙমদ্রবা ঐহাক্পী
শানৌ নঙ্বু কাওরনু চীঙ্ মাবু পাঙ্গন্বা।"
শাবী শানৌ অনিমক্ শোঞ্জরকলে মাগী কোলোই।

"খোযুম লাইও লাইনিংথৌ চীংজেন্ নাবল পাঙ্গনবা
নদাইবেম্ ওইবা ঐখোয়বু কুবিযু হে কুবিযু।"
চীংজেন্ মানা না-তারে খোযুম মানা কুবিবে।
শানৌ মাগী মমাঙ্দা লাইজ চাংজৌ মথক্তা
কায়েৎ তোলোক্ যেৎলবা তোংজি যুরিৎ লিৎলিবা
পারল মানা ছীরকপা তন্থা কনা অমনা
খুক্তা খুমু পায়দুনা রাকয়ে অমা থাংলবে
শানৌ মাবু কৌদুনা রাকৃয়ে থক্তা হাপ্পুনা
বৈতরনী লানখরে শানৌ মাবু লানবীরে।
তার্ব্বান্ থক্তা পারগা তুবৎ নাতৈ ছমদুনা
শানৌ মাদি যৌরকলে অশি নিংথৌ মহাক্কী
লেপচকসে ... নাক্তা খোঙারেল্লাইনা ঙ্লিবা।

হাজং নাক্তা সাপ্পবী নুবা মোয়্ অহনবী

"শাবী মাঙ্গ হুংশিবা মুরা থম্মোই তাংদেনুব।
নশানৌ ঐবু কাউবরা কদায়দনো নহাক্কী ?"
মুরা খোঞ্জেল্ হুৎন-চঙ্ য়ৈরুরে তাংদেন নাম্নদ"
পুংজাও অহু থীল্লক্লে "ঐদি মায়ে" তাক্লী ;
পুংখোল অহু দোং দোং মুরা নাপ্পা য়োরকপা
নুরা পুক্লীং নুঙোল্লি—থম্মোইনা মনাক ময়েখ।
"লম্বী শীবু চঙ্জগে শাবী নাক্কা য়োজগে
হোজঙ্ খোঙ্ হাংবিয়ু" হুম্না হুম্না লাউজখি।
মাংত্রেন্ মনাই লৌথিবা কির শকলোন্ পুন্নিবা
শানৌ য়াম্না তাবদা চিঙ্গোই মপাও লাউবক্ই
"নমু তাইবং কনানো শমু হকচাং লোয়নন্না

থম্নুং নিংথৌ কোনুংদা চঙবা য়াবোই খঙ্দন্না ?
অশি লৈবাক্ ঙাকপনা মাগী য়াথং অকন্বা
অহিংবা নঙ্না কয়ম্না থম্নুং কোনুং চঙ্গনি।
তমথিরবা থোঙাকপা নুরা মাবু চঙ্হন্দ্রে।
মশাবী মাগী মৈচাক্লা থোইনা হেম্না চাক্লবী
পুংগী পুংখোল মতুং ইন্ চেন্শিঞ্জে হোজং তম্না
নুরা মাবু ইম্পোক্লা হোজং খোঙ্জাও লোনথবে
চারগী পৌরোন থাগরে চঙ্কম্ অমুক্ লৈতবে।
নুরা মোম্নু অহন্বী গতি লৈত্ত চপ্ লেপ
থম্মোইনদি মামৈচাক্ হিকচৈরবা খোম্বাংনা

মশাবী মমান্ মচাবু তেংথা নাওই কৌরকই
"শাবী মাঞ্জ পাম্মুবা ননাওবু করি ওইরসিগে ?"

"অশি নৈবাক মপুরেন্ থা-মায়গৈ ভাকৃলিবা
খোয়ুম লাইদি লাইনিংথৌ রাংবরেল্ খানা চাওবাও
খা-দা চাওবা নহাক্কী লাইরেল্ লক্পা অথোইবা
পীন-হৈবা নহাক্কী থৌজাল হৈবা খোয়ুমনি
শাবী মাগী মক্তবু লমদম্ তাম্না লাকচবা
ন্ুবা লাইবক থীবী ঐনি অবা-কয়া নংলবী
ইশাবী মাবু উজবা লাইরেন্ ননাক য়োৌজবা
খোয়ুম্ নঙ্না কুবিয়ু মতিক চাওবা নহাক্কী
হোজং লাম্না চঙ্জগে ইশাবী নাক য়োৌজবা
কুবিয়ুকো কুবিয়ু, খুবাং চাংজো তরানা
ইতু কাইদ লিশিংনা পুনেমজরি লাইরেনও
চানবী হৈবা নহাক্কী থৌজানবীযু তোল্লবীদা।।"

ন্ুবা ইনেম মচাগী হিক হৈরবা খোঙ্গেলদি—
মালঙ্বনা পুথিবা রাংরেন্ নাপ্পা যৌথরে ;
ন্ং শিববা খোস্থাংদো না-তাকুরে খোয়ুমদি
ন্ুগা খোল্লে খোয়গুম্বা মিনা তাম্না য়োৌরকপা
লাইবেল পুংশুম শুম্মাংলি খোয়ুম্ পুক্কীং ন্ুঙোম্লি।
খানা যাথং শীন্দনা হোজং থোঙ্বু হাংলকপা
কনা থিংবা তৌদনা ন্ুবা তোম্ন, অহন্বী

লাইবেন মাঙ্‌দা চেন্‌শিঞ্জে সভা য়ায়ন্দা ফম্মলিবা
থাঙ্‌ব্রেন্‌ মাবু থুরুম্‌জে হীক্লা কপ্পা থাকংলি
নুরা লৈয পায্‌ কোক্‌নোম্না—"অশ নিংথৌ যাঁইফবা
লাইরেললক্তা অথোইবা থাদা চাওবা নহাক্নী
অশি লৈবাক্‌ মপুও তাইবঙ্‌ থবায্‌ পাযব্নিবা

নুরা লাইবক্‌ থীবীগী শাবী খোযরোই নুংশিবা
নদাইরেন্নু পীবীযু লাইরেন্‌ পোজাল উৎপাযু।
ইশাবী মহাক্‌ যাওদনা নুরা হিংবা ঙমজরোই
লাইরেন্‌ নঙ্‌না কুবিযু ইশাবী মাবু পীবীযু।"
"নুরা নঙ দি শাফবী তাইবঙ্‌ চিঙ্গাক্‌ লোহদন্নি
হল্লো হল্লো নুরাও তাইবংপান্দা হল্লোনে
নশাবী তাংদেন্‌ মচাক্তি নোংদম্বগী নোংদম্‌নি
তাইবঙ্‌ চেঙ্‌ডেল লোইখরে অমুক্‌ হন্‌বা য়াদরে
নুরা হল্লো হল্লোনে অমুক পম্বরম্নসি।"
খোযুম্‌ যাথং তাবদা নুরা নুংপান্‌ ওল্লবী
চৌংজেন্‌ মাবু থাগোম্না থম্মোই লাইযুম্‌ হীবীকোন্‌
নুংশিক্লবা যান্নানা চিঙ্গোই মপাও হঙ্গংলি—

'খোয়ুম লাইঙ লাইনিংথৌ থাদা চাওবা নহাক্নী
নোংদম্বসু নহাক্নী তাইবঙ্‌ থবায্‌ পায়্‌বিবা
সনা কোক্‌থোন লৈতেংবা ফীগে সনা থোল্লিবা
পৎনাইদ্রবা লৈরাং পরেং ডকুশম্‌ তোংদম্‌ ঙাল্লিবা

শানাইদবা ইবুংঙো পীনাইদবী নহাক্কী
চৎপা খোঙ্গুল তাদবা নমি নতুং ইন্দবা
রায়েন্ চৈরাক পীরিবা নমু তাইবঙ্ পুম্বপী
অফ-ফত্তু লেপ্লিবা অশি লৈবাক্ মপুরেন্
খোয়ুম নঙ্না কুবিয়ু মুরা লাইবক্ পীবী ঐনি
ইশানৌ মাবু পীবিয়ু—মুরাই থম্মোই তাংদেন্বা
পাথঙ্ মহাক্ যাওদনা ননাই হিংবা ভমজরোই
মনাইনা নীংবা পীবিবা খোয়ুম্ থৌজাল উৎপীয়ু।'

"মুরা মোম্মু ভা-রোকো নঙ্গী শৈহেক্ তা-বদা
শুম্মাংলবা ঐহাক্কী পেল্লে পেল্লে শানৌও
অপাম্বা বর নিয়ুকো নশাবী তাংদেন্ নত্তুবা
খোয়ুম্ ওইগে নীংল'মু লাইরৈবাক্কা লৈনীংল'মু
অপাম্বতা হায়য়ুকো, তাইবঙ্ চেঙ্জেন্ লোইহ্রবা
তাংদেস্তদি হায়গনু ; মুরা মোম্মু অপিশক্
নত্তৌ য়েংবা মুংশিরে, নঙ্গী শৈহেক্ তাবদা
থম্মোই পেল্লে মুঙোল্লে অপাম্বতা নিযকো
খোয়ুম কয়া নতুং ইন্ নঙ্বু খোইদা' কয়ানি
অপাম্বতা থল্লুকো—খোয়ুম্ মাগী লোয়্নবী
শিদবী ওইনা লৈগেরা অপাম্বতা হায়ুদো
তাংদেস্তদি হায়গনু তাইবঙ্ চেঙ্জেন্ লোইরবা।"

লাইরেন্ য়াথং তাবদা মুরা হিক্কা কপ্লক্লে

কপ্পা কপ্পা শৈথারি অঙাওবীগী পান্দম্নি—
"খোয়ুম্ লাইও লাইনিংথৌ খাদা চাওবা নহাক্কী
ঐগী থরায় মঙাসে শাবী তাংদেন্ মঙোন্দা
মমল্ য়াওদ' কখোক্ত্রে সতি ওইবৈই থর্ম্মদি
খোয়ুম্ নখোই য়াথংনি, খোয়ুম্ যাথং ইন্দবা
মুরা ঐদি ঙম্জরোই লাইরেন্ করি য়াথংনো?
ইশাবী মহাক্ লৈতনা ননাই হিংবা ঙনজরোই
লাইরেন্ নঙ্না কুবিয়ু খৌজাল্ মিৎয়ে য়েংবীয়ু।"
মুরা খোঞ্জেল্ তাবদা মালঙ্ ফাওবা লেপ্থরে
শানৌ তেংথা খোঞ্জেল্দা লাইয়াম্ সভা অপুম্বা
'মংম্না ভরং ঈহৌনা পিরাং ঈরি শিন্থরি।

মুরা মতৌ উবদা লাইয়াম্ সভা রা-তাম্নে
লাইয়াম সভা য়েংহুনা চীংজেন্ নারল মহাক্না
চিঙ্গোই মপাও লাওরক্ই খোয়ুম মাদি পাঙ্গন্বা
"তাবিয়ু খোয়ুম্ অপুম্বা খোয়ুম্ থানা তাবিসি
নারল্ ঐগী ইদাইরেম্ শাবী শানৌ অনিসে
চীংজেন্ ঐগী চারনি; শাবী মাগী দমক্তা
শানৌ মানা তেংথাবা য়েংহৈদরে কৈদৌগে;
উন্বী পুক্লীং ফা থনা খোয়ুম্ তিল্লাং খয়োৎনা
খোয়ুম্ পুম্বা থনবীয়ু শানৌ মাগী অবাবা;
ইতাও থানা অথোইবা অহু নোঙ্দা নহাক্না

খোযুম্ থাংজীং মহাক্কী মদাইরেম্ অনিদি
লাইবৌলেঙ্গী হেঙ্জুনহা—অমং য়াইখোং কুম্মকপা

অশি লৈবাক্‌মক্কগী তাইবঙ্ অমুক হলহন্‌খি
তিলাং য়োৎন-খন্‌বীযু ইতাও খানা অথোইবা
ঐগী হক্ থোক্লেদো অহন্‌বী তাংদেন্ অনিদি,
তিল্লাং য়োৎনা খনবীযু খোযুম নোংদম্ অচৌবা
নতীক নঙন্ নহাক্কী খোযুম পুন্না খঙ্‌বনি
নোংদম নঙ্গী নোংদমখোল হিক্কোক্ ঙম্বা লৈবরা ?
নোংদম্ নঙ্গী নোংদমনি—অহন্‌বীগী সিযোম্নুং
পারী নাউদা অমনি—শোযযক্লবা নোংদমখোক
নোংদম নঙ্গী নোংদমনি—অহন্‌বীদি সংতনি
য়ানাই অনি শুফদে—তাবীযু খোযুম নোংদম্বা
মথংলেন তাংদেন্ নত্তনা শরী পন্দোন লোমগ্রবী
অহন্‌বীদি কবম্মা পারী নাওদা ফংগনি।

নোংদম নঙ্গী নোংদমখোল কবম মহৈয যানগনি
তাবীযু ঐনা হাযজবা নারল ঐগী ইদাহরেম
অহনবী তাংদেন অনিমক্ মৈতলোক্তা হলহনসে—
তাইবঙ্ চেঙজেন্ লোইরবা পুন্‌সি ইখম্মববা
তাংদেন্ মাগী মকাদা অহন্‌বীগী পুন্‌সিগী
তংখাই অমা হাপ্লগা তাইবঙ্ অমুক হন্‌খিবা
নোংদম্ নঙনা য়াবিয়ু য়াদবা অমুক তৌবন্নু।"

"শানৌ মাগী শৈহেক্লা পুংশুম্ শুন্ন' ঐহাক্লী
নোংদম্ ঐস্নু য়ান্নেদো চীংজেন্ মাগী বারম্সি
অহন্বীগী পুনসি ভংখাই তাংদেন্ মঙোন্ হাপ্লগে
লৈরসন্নু অনিমক্ হল্লসন্নু তাইবঙ্দা
শানৌ মানা পামজবা থুংলসন্নু কৈদোগে।"

নোংদম খোল্বু ভাবদা খানা চিঙ্গোই লাউরকই—
"খোযুম্ নপাও ভাবদা পেল্লে ঐদি পাঙ্গনবা
শানৌ শৈহেক্ ভাবদা খোয়শুম্নবা ঐহাক্লী
মানা পাম্না অহুদা পীররোইকো অপন্বা
নোংদম্বনা তম্খিবা ঐনা করি থিংলুনি
শুইরসন্নু মতুমক্ হল্লসন্নু অনিমক্।"
লাইযাম সভা অপুন্না "য়ারে য়ারে" হাযনখি।
অশি নি থৌ য়াথংনা তাংদেন্ মাবু পুবক্লে
অহন্বীগী মথুক্তা শাবী মাবু শিন্নরে।
হরাউ মথুম হৌববা শাবী শানৌ অনিদি
খোযুম্ লাইগী লাইনাঙ্দা লৈইনা জগোই শারকলে।
জগোই শানা শৈদমলে তাংদেনবনা পুং য়েবে।

অহনবীগী শাথেক্তা লাইয়াম্ সভা শুক্নাংখি
শাবী শানৌ শৈহেক্তা খোয়ুম্ পূম্বা খোয়শুন্নে
মখৈই ফংল পেল্লবা খোয়ুম্ পূম্বা হরাওরে।
শানৌ মতুং ইল্লম্বা খোয়ুম্ পূম্বা খোরক্লে

শাবী-শানৌ অনিবু মকোক্ নাম্না কুবিরে ।
শানৌ মচীন্ মনাওদো খোয়ুম পুম্না পুনেম্লে
খুৎকা খুৎকা পায়্‌ননা শাবী শানৌ অনিদো
য়েৎকা ওইগা চৎমিন্না অশি কোম্নুং অচৌবা
তুংওই নাতৈ থনম্ন' হোজং লাম্না খোরকখি
চীংজেন্ নায়ল্ মহাক্তি নোক্না য়েংখি অনিদো ।
শাবী শানৌ অনিমক তাইবঙ্‌ লমদম্ পাংহ্নবা
খোঙ্‌লৈ থুনা নোক্না নোক্না চৎখি হায়দো ইপন্‌খোয়্‌ ।

ইম্ফাল,
মে ১৯৮৩ ইং

৭

# গোপীরাম্ ফানাইবা

নিংথৌগী শক্তি' কন্‌বনি কনা' থিংবা ঙম্‌গনি
নিংথেম্ য়াথং ঙাক্কদৌনি শোয়্‌যফদে লৈবাক্ তাফদে ;
মীওইবৈই খ্বাইদৈই পাম্মুবা থবায়্, মাবু থা-র'ফাও
ঙাক্কদৌনি নিংথেম্ য়াথং শোয়্‌বা য়াদে শোয়্‌যফদে।

নিংথৌদি লাইনি, নিংথৌ য়াথং লাইগী য়াথং
অচুম-অরান্ মাগীনি লাইনা অরান্-তৌগদ্রা
অমম্ অঙান্ খায়রিবা হিংবা শিবা 'খুত্তা লৈবা
মানা শীন্‌বা থিং'ঙম্না মালেম্‌দা কনা লৈবা ?

নিংথৌদি লাইনি লাই-নিংথৌ লাইনিংথৌনি
লাইনা অরান্ তৌগদ্রা—অরান্ যাথং পীবরা ?
নিংথৌদি লাইনি লাইগী য়াথং ঙাক্কদৌনি
মাগী য়াথং হিক্তোক্‌পা করম্' জীবনা ঙম্‌গবা ?

অচুম্ অরান্ মাগীনি মাগী য়াথং ঙাক্কনি
হুন্না অমুক ঙংফদে য়াথং লৈবাক্ তাফদে
পাম্মুর' থবায়্, থা-র ফাও মাগী য়াথং ইন্‌গনি
নিংথেম্ য়াথং হিক্তোক্‌লোই অচুম্-অরান্ থিক্কদে।

য়াথং পীবনা মহাক্কী য়াথং ইন্বনা ঐখোয়গী
নিংথেম্ য়াথং ঙাকপদি নখোয়্ ঐখোই ইথৌনি
নিথৌ য়াথং লাইগী য়াথং য়াথং ঙাক্পা ধর্ম্মনি
য়াথং পীবা মথৌনি য়াথং ইন্বা ইথৌনি।

য়াথং পীবনা মহাক্কী যাথং ইন্বনা ঐখোয়গী
য়াথং লৈবাক্ তাকদে অমুক্ হন্না হংকদে
থবায়্ অসি থা-র ফাও মাগী য়াথং ঙাক্কনি
যাথং ইন্বা ধর্ম্মনি ধর্ম্ম কায় বা হৌনদে।

চহি কয়া মমাঙ্দা থায়্না হায়না দৌগ্রবা
নিংথেম থবাম্থাবনা মৈত্রবাক্কী পিবা ওই
চাউনা কন্না পাল্লিঙৈ লৈবাক্সিদা থোক্খিবা
ফুংশিরবা বারীনি ইবেম্নোক্না লীখিবা।

"বারী লীরো ইবেঙ্কৌ—লীরো বারী অমত্তা"
"তা-রো তা-রো ইগুণা ইবেন্ বারী হৌরগে—
নোংমা কোরো মুমিত্তা কংলা কোম্নুং মপুংয়াই
চৈরাপ্ কুচু শঙ্দনি অঙম্ অথৌ তিল্লবা

শাজেং লাইগী মশাইগোন্ ফথৈ কযা যম্নবা
অঙম অথৌ কয়ানি পুত্রম নোংথোন্ যাওরেদো
লাঙ্গৌং পুরেন্ মন্ত্রিনি লাক্পা লাকপা ফম্নাইবা
ফমদৌ হুন্ফ্ মরীনি মনুং চৈরাপ বায়েন্শঙ্।

মৈত্রবাক্কী মন্নুংদা খ্বাইদৈই চাওবা ৱায়েন্‌শঙ
কংলা পিবা ৱাতেম্বা মনুং চৈরাপ, ৱায়েন্‌শঙ
খাংজেং মানা কোল্লিবা অচুম্ অরান্ খায়্‌রিবা
ঊবতদা শিনবা ৱায়েন্ কান্তি লৈরিবা

অচুম্বনা নোক্লফম্ অরান্‌বনা নীক্লফম্
মৈত্রবাক্'চা কয়ানা মপা য়ৌ'দা খুরুমফম্
অরানববু ৱারকপা অচুম্ববু য়োক্লিবা
মন্নুং চৈরাপ, ৱায়েনশঙ, কংলানুংদা লৈ এবঃ

শঙ্লেনচপী ময়ায়দা অঙম্ অথৌ মরক্তা
ফরাংজি ফিভাং থকুদা অঙৌবা ফিদক্ মথক্তা
মোন্দুম মোল্লেক্ লোয়ননা চীংশাবা মোন্ খক্
নিংথেম্ ফঙৈ ফমলিবা কয়া নতৌক্ নীংথিবা

নিংথেম্ থরাম্বাবনি থরান্ লক্তা থাজনি
য়াথং পীবনা মহাক্কী য়াথং ইনবনা ঐথোঙ্যগী
নিংথৌ শক্তি কন্‌বনি কনা থিংবা ঙমগনি
থৱাই অশি থা-রক্তাও মাগী য়াথং ইনগনি।

কোরৌ মানা ৱাংলকপা তাইবঙ্ শাৎপা মতম'ন
লুৱাং গুরু মহাক্কি লুৱাক্ননা য়েংথরি।
অচুম্ অরান্ খায়্‌রিবা মাগীয়াথং ইন্‌বরা
নমু তাইবং কনানা লৌক্লম্ কায়্‌না চৎপরা

শক্তি পুম্বা তিল্লবা মাগী শক্তম্ পুহুনা
হাইবঙ্ লক্তা লৈরিকা পিবা শকলোন্ সৌহুনা
মামা পুবা রায়েনশঙ্ ফন্বে শুনা তিল্লবা
লৌক্কি ঙসি কোরৌদা শক্তম্ অমা কিরবা।

অচুম্ অরান্ খিদনা লমন্ খুম্বেক্ট রাখলনা
লীক্লম্ অমুক্ খিদনা খুদোংচাবা লৌবনা
ফন্বে পুম্বেই খম্মোইদি কিশি থুপ্ কি কিখরে
শঙ্লেন্ খুত্থুম্ চন্‌খরে খাংজেং মাবু পুন্‌খরে।

অশাওবনা মাঙ্দ-থা অতৈ রাখল্ তুংদ-থম্
নায়থোং পুম্বা ভাংশঙ্ ভাঙ্ ঈ-কারবা মিংনা' থন
পুংকম্ অত্থু ম্যৌরকপা তাঞ্জা ভাইনা লৈখরে
খাংজেং গতি লৈখিত্রে লীক্লম্ অত্থু মুথৎখ্রে।

অঙোম্ চাদি গোপীরাম্ মখুৎ তুংবুন্ পরৈনা
অকা মচা মাঙ্দ-থা দোলাইপাবনা তুংদ-চৎ
খুৎলাই পায়্বা লাম্মীনা য়েৎকা ওইগা চপ্তনা
লাবা খোঙ্‌কাপ্ তোয়্‌রকলে শঙ্লেন্দুগী মন্নুংদা

খুক্ল খুদক্ কুল্লা ফম্ লাবা মায়থোং লৈয়দ-লুক্
শরাল্ লৈরে হায়রিবা লৈবাক্ ফম্নাই মহাক্তি
অকা-বদা দলাই তোং অকুম্বদা শগোল তোং
লোইয়িন্ খমইন্ লোয়্‌ননা কুইক্ত্রিকো ঙরাংতনি।

লোইশঙ্ সিদা কারম্বা করৈ থক্তা কম্ তুনা
রায়েন্ থোদা তৌরম্বা অচুম্ অরান্ লেপ্লম্বা ;
ঙসিদি ওইরে মহাকুসে মরালগীদমক্ ফা-তুনা
রায়েন্ বিচার তৌনবা 'ঙহৈ মাঙ্দা লেপ্ লিবা

'তুবু মাদি থঙ্দরি মাগী মরাল্ করিনো
ফিজি ফিনা নেৎপরা মাগী করি মরাল্নো
মশাদদি মথঙ্ল্রে থঙ্দ থঙ্দ ফা-রক্লে
থঙ্ন'-পাহৈ লৈতবে বিচার লোয়শঙ যৌরক্লে ।

শজিবু লৈখুন্ তৌবরা মিরেন্ পাবোৎ লোনবর
ফিজি ফিনা নেৎপরা চৎনবী লাম্না চৎপবা
নিংথৌ শেম্বা যাওবদা লৈবাক্ লালহৌ শীনবর'
ইরৈবাক্পু য়োন্বরা মীরৈবাক্ লায়েকুত্তবরা ?

"করিনো ঐদি থঙ্দরে ঐগী ইরাল করিনো
ঐনা তৌখি' করিনো ঐনা লঙ্জ' কনানো
কনাই কত্ত' তৌখিবা ঐতদি মথঙ্দরেনে
ঐবু মঙ্লা তৌরিসে" মথন্তা মুকম্ শোঙ্গে ।

মক লৈয়্দ লুক্লুনা চিন্বান্ ঈথোক্ চীক্লুনা
মরাল্ ঙাইবা গোপীরাম্ মথুৎ তুংবুন্ পরৈনা
মঙুং চৈরাক্ শঙ্লেম্নুং কম্নাই ফনাই মমাঙ্দা
খুরু খুদক্ কুন্দুনা ঙাইজরি রায়েন্ থোদা ।

## মিংনাইদবী

উনমুক্ চীক্ল' সভাদা নিংথেম্ ময়াথং ফৌরোই ইন্
কম্ফম্দগী হৌগৎনা খুবাং চাংজৌ তন্না লোন
নিংথৌ গুন্না অগুন্না ইপু মন্ত্রি লৌশিংবা
ঙম্না লেম্না হায়রক্‌ই—ময়াম্না খোন্ফম নুম্থনা

"এবু লোইবা লৈমাবা ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ
মৈতৈ পিবা অঙানবা মৈত্রবাক্ লৈকোয়্ মপুও।
সনা নাকোং শেংবীযো ননাই বাকৎ তাবিয়ো
খাম্না যথৈ পুম্নমক্ ননাই মরাল খঙ বিযো

সনা মাঙ্দা লৈরিবা ননাই অঙোম্ পোপীরাম্
যথৈথক্তা কমলমবা রাযেন্ থোদা তৌরম্বা
কথৈ মতীক্ নত্তনা হৌন-লোন্চৎ কারম্না
ফিজি ফিনা নেৎলবা মহাক্নী মরান্ লৈরবা।

তাঙরোইনাইদি পাখংবা লাইনিংথৌনা পোইথোক তৈ
সনা মিংযে তাররবা অঙোম্ লৈমা মহাক্থক্
লিরী তেঙ্গা থোংহুনা বাইরা পাদম্ লাক্খিবা
গুইথাং য়েথাং শঙ্খনা চায়ন তেম্শিংনখিবা

লৈবাক্ নিংথৌ মায়োক্তা লৈবাক্ কালহৌ লাঙ লিবা
নিংথৌ শেন্না মহাক্নী ফিজি ফিনা নেৎলবা
অকাম্ হাঙগী নিংথৌগা লৌতুনবা মহাক্নী
লৈবাক্ নিংথৌ মঙ্নবা শরৌ ছিন্বা মহাক্নী

মৈতৈ পিবা অঙান্বা বাচুম্ শুবা বায়েন্বা
সনা নোংদম্ তম্বীয়ো বায়েন্ চৈবাক্ করম্বা—
চক্পী উচান্ খাঙগদ্রা হাওজোংবনবু য়োগদ্রা
ঙবোং খাওবু চঙগদ্রা লফুত্তবু কাগদ্রা ?"

নিংথৌ শক্তি কন্বনি কনা' থিংবা ঙম্গনি ?
শায়েন্ বিচার তৌদ্রিবৈ বারেপ্ হান্না তাগ্রবা
লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ লাইনিংথৌ য়াথং চাঙ্কেনি
অচুম্ অরান্ থিদনা লম্মন্ থুম্গে নীংগ্রবা

নিংথেম মাগী লোয়্শঙ্নি মাগী করি গতি লৈ
মাগী বাকং তা-নবা ফম্বে কনা য়াওগনি
নিংথৌ লোয়্শঙ বাপানি য়েৎপা কনা মতিক্ লৈ
মাগী লাইবক্ খুথরে ঙসি পুন্সি বিদায়্নি।

অহুবু হায়্গনি, হন্না হন্না বাকংগিনি
লোয়্শঙ্সিগী কোচিন্ কোয়া থলহন্খিনি খোল্লাওনা
"খঙ্জদে, খঙ্জদে হৌজিক্ফাও ঐগী ইরাল্ করিনো
কনাই ফত্ত' তৌখিবা মখঙ্দরে ঐতদি।"

লৌরী য়ুম্ফম্—মতুমচা কা হায়্নৈ অতত্তাম নি
তালোই মচা মরুম্বী মিংয়েং কারন্ লাল্লক্পা
মমিং মনা চোইরক্পা করম'ম্লুপা থাঙ্জম নি,
মথুং মশা শাংলক্পা মুরা হেক্মাই ঙক্নুনা

শানৌ লৈয়েং চীকুন্না চিল্‌বান্ খোইহি থক্লম্বা
উরবস্থ উরোইব্রা মুপা ওইবা তোল্লব্রা ?
মরুম্বী ইমাঙ, মক্তদা খোয়রাং হৈ নীরুক্‌পা
পাঙ্গল্ থেক্ত্রবী নহাক্কী মিংচি রাকৎ তা বে'ইব্রা *

'তুবু পায়্‌রগুংদা কাওরক্নী মানা 'ওক্ত পল্লম্বা
থম্মোই কাচিন্দুদগী পীক্লা মখোল্ খোক্লকপা
ভশেং ভশেং তারক্নী রাতৈ ফিগৈ শেংলক্নী
থম্মোই লৈকোন্ পুমনিন নিন্ রাখল্ লরাই শাংলক্নী

লৈবাক্‌সিস্থ নিংথৌগী প্রজাশিংস্থ নিংথেম্‌গী
পুম্নমক্‌সে মাগীনি ফম্নাই ফানাই মাগীনি
মুপা-মুপী ইরুম্ তালোই এগী হায়্‌বা লৈবরা
পুম্নমক্ মাগীনি মাগী নত্তবা লৈবরা ?

মশাই-মপোৎ শীজিন্নজ' খিংলুনি কনানা
মশানা মশা ওই ওন্নীংবা শক্‌লোন্ লৌত্নুনা
শান্নবনি তাইবঙ, লিলা মশামক্ত' পেন্নবনি
শান্ননিংবা মনীংনি তৌনীংদ-তৌবা মথানি ।

মপুনি মাদি ঐখোই পুম্নমকী মপুনি
তুবিনিদা তাওরোইনাই মালেম্‌সিবু পুন্নিবা
শক্তিগী মপু ঈশ্বরগী তাইবঙ, মশক্ মহাক্কী
মানা অমুক্ নীক্‌পদা মালেম্ লেপ্‌ত্রৈ হাইরিবা

মানা হুমাং শৌবদা ঐখোয়্ পুন্বা ওলাও্ই
মানা হকচিন্ লাংবদা ঐখোয়্ পুন্বা ঈংবনি
অরাম্ খৌরাং মহাক্কী ঐখোয়্ পুন্বা লাম্বনি
মানা মোমোন্ নোক্পদা মালেম্সিমা নোক্পনি

মপুনি মাদি ঐখোয়্ পুন্নমক্কী মপুনি
মাগীনি, মাগীনি ঐগী থবায়্ ঐগী হক্চাং
ঐগী হাক্থং তালোই মচা মরুম্বীসু মাগীনি
মপুনি মাদি ঐখোয় পুন্নমক্কী মপুনি।

বাকৎলরোই ঐদি, তাবিনবা লৈত্রবা লোয়্শও দ'
যেৎলরোই ঐদি অমুক্ তম্লবনি লাইবক্তা
লেপত্রবা বারেপ্নি, ঐনা থিংলুবা ওন্বরা
মমিং তাঙ্ল' ফমদৌনি, কয়ম্ উনি অচুম্বা?

মনা পঙ্ল' লোয়্শঙ্নি, কনা' তানি ঐগী বাকৎ?
তাবিনবা লৈত্রবা মরাক্ য়াওদ্র' ঐগী বাকৎ
.যৌগ্রসন্থু মকাদা অমমম অঙান্ থায়্বিবা
'প্লেপ্লসন্থু মহাক্না অচুম্ অরান্ অপুম্বা।

'হুবু পায়মম্নুংগী বাখলদি লেপ্তুনা চেন্থরী
মপুনি মাদি ঐখোয়্ পুন্নমক্কী মপুনি
মশানা মশা ওই ওন্নিংবা শক্লোন্ লৌবনি
শান্নবনি তাইবঙ্ লিলা মশা মক্তা পেন্নবনি।

মরু লৈয়্দ' লুক্নুনা অঙোম্ মচা গোপীরাম
অদা কম্দা তারবা মাঙ্লম্চংকী কমদৌনি
মথা কুক্ চিক্নুনা রায়েন্ থোদা ঙাইরিবা
থোক্লদৌ খন্দনা মপু য়াথং ঙাইজরি।

নিংথেম্ য়াথং লাউরক্লী ইপু মন্ত্রি লৌশিংবা
"লৈবাক্ মচা পুম্নমক্ তাবিয়ু পুক্নীং চঙ্না
সনা য়াথং নিংথেম্গী রায়েন্ অসে লোয়্শঙ্গী
তারো নঙ্সু গোপীরাম্ নরাল্গী চৈরাক্ অচুম্বা

নিংথৌ শেম্বা গোপীরাম্ ফিজি ফিনা নেৎলবা
লৈবাক্ নিংথৌ মাঙ্নবা য়েক্লববু লায়েক্পা
লৈবাকী 'ঙম্বা ওইরগা লৈবাক্ লালহৌ শীল্লম্বা
লৈবাকীসু য়েক্লবা মরাল্না মপোৎ ফারবা

ঙাক্কম্ লৈত্র' মরাল্গী রায়েন্ চৈরাক্ লোয়্শঙ্গী
নিংথেম্ য়াথং ঙবোং থাও চঙ্বা তারে চক্পীদা
বাচুম্শুবা নিংথেম্না মদাইরেম্মী খন্দুনা
অহক্পা চৈরাক্ থৈদোক্লা পীরবনি চৈরাক্সে

ইনুং অসি ঙাল্লগা শুগ্র্ চক্পী খোঙ্বান্ তম্
লৈবাক্ য়াথং ঙাক্লবা খোঙ্শান্গনি তম্নমক্
ঙসি নোংদি থম্রো অদা কম্দা লেঙ্দনা।
লোইশঙ্ মচা কনা কনা লৈ দলাইপাবা নখোয়্না

পুখরোনে মহাকপু ;   চেকশিন্ থৌরাঙ্ লৌখৎলু
খুৎলাই পায়্বা নখোয়্না মীরেক্ সম্বি তৌদুনা
পল্লোন্ নাইনা ঙাক্কনি শোয়্ফদবা য়াথংনি
শোয়্ফদে শোয়্ফদে যাথং লৈবাক্ তা-ফদে।

নখুৎ তুংবুন্ পবৈন' পুশিন্খরে অঙম্বা
অকা-মচা মাঙ দ-থা  দলাইপাবা তুংদ-চৎ
খুৎলাই পায বা লাম্নীনা যেৎকা ওইগা চপ্তুনা
অরা-ফম্দা তাববা অঙোম মচা গোপীরাম

ঙসিনা লোইব' পুন্সিনি  মপু মাবু থাগোম্না
কম্থ্রবনি লাইবক্তা—অমুক্ রাবা তৌদনা
নোংদোন্ মায়্কৈ' য়েংদুনা মিৎকম অমা হোংদনা
অরা ফমদা লৈবিদো শোজৈ পল্লোন্ লোল্লবা।

মুমিদাং রাইরম্ তাঙ্গানি তালোই মচা মকম্বী
ফিরু-ফিরাং খুমদুনা মিরৎ-নাবৎ তাঙ্গানি
কিনা হন্না য়েংদুনা য়ৌরক্লে অরাফম্ থোঙ্
পিরাংন-থল্ল মায্থোংনি মশাবী মায থোং মুন্না য়েং

হিক্হৈরবা খোস্তাংনা য়াম্বা মপাউ লাউরক্লী
"থংলেন নঙ্বু তাবরা তা রি সিবু চুম্বরা ?
হয়েং ইমুং শোয়্বদা" ··· ··· হিক্ হিক্ লাউনা কপ্রক্লী
"মাঙ্জরেদো ঐহাক্তি থংলেন্ কবি ওইরসিগে ··

মুৱা য়াৱা মপাও মিকপ, খোঙেল তাৱবদা
ৱাখল্ মঙলান্ মিকপ খোক্ অঙোম্ মচা ক্ষানাইব'
হাক্‌থং তালোই মৰুন্দী উৰুবদা ৱাখৱে।
অৱা'পুম্বা ক্ষা-থনা চিক্লা তপ্পা হায়ৱক্‌ই—

"ৱাকৰমু চান্নবী নোংদম্ মাগী নোংদম্‌খোল্
লাইবক্কু তম্‌থ্রবা কৰম্নৱু লিৎলুনি
নথংলেম্ ঐই চুপ থাশোই অয়ুক্ কোৱৌ ওইৱিব'
নুংদাং থাজ মাঙ ফদে চেক্‌শিন্ থৌৱাং তৌগনি।'

পিৱাংন-থল্ল'-মিংস্না মৰি মিংচান্নে অনি
মিকুপ, কয়া পুংজা কয়া থঙহৌদে হৌ-খিবা
"হিক্ হিক্" মীকপ খোল্ নিন্‌থি অৱাফম্ শঙ লেন থ্'·
লোয়শঙ, মচা লাউৱক্লৌ "হৌৱে উনবৈই মতম।"

মমায়, লুক্‌থ'-মপি তৈথোক্ তৈথোক্ হন্না হন্না যে'
তপ্পা, খোঙথাং তপ্পা খোক্‌খি মুৱা লাইবক, থাৰ্ঁ
পাথঙ, লাইবক, চাওবা লৈহৌই চিংন য়েং
পিৱাংন-মল্ল' মিংস্নানি য়েংলি তা-ম্না তা-ম্না

ইল্লি মাগী খোঙেল্ মুৱা খোঙথাং খুদৌং
"পাৱি নান্না চাওদবা মাঙহন্‌গমু নহাক্লা
মশা মৰেঙ, ফল্লগা মপাই মংশৎ তান্নবা
শানৌ নঙৰু তা-বৱা উচিবা খুন্‌গী খুন্দোন্দা

খেলাখোংগী তাজিন্দা ইকোপ. নিংথৌ শাইগোন্দা
নারা মাবু নম্দ-থোং নশাবী ঐবু ঙাইরম্মু
ইচাই মায়্থোং য়েংলগা পুক্নীং অসি পেঙ্গগে
হল্লো হল্লো শান্নৌও ৱাবা অমুক্ তৌরন্নু।"

নিংথৌ শক্তি কন্‌বনি তম্‌থ্রবনি লাইবক্তা
নোংদম্ মাগী নোংদম্‌থোল্ থিংঙমদেকো কনানা—
তাওরোইনাইদি পাখঙ্‌বা অৱাকম্ শঙ্‌লেন মাঙ্‌গক্তা,
পোইথোরক্‌খি খঙ্‌হৌদে পিরাংলক্তা উথি তশেং

খুরা তালোই মরুথী পাম্বো'ম্নিনা চেৎন-কোন্
লেঙ্গোম্ননা চৎমিন্নখি,—হৌজিক্তা কপ্পা থোক্‌খিবা
পিরাংমক্‌পু কংদ্রিবা নাপ-চীক্না ৱাঙাঙ্‌না
নোক্ক-থে-না লেম্না লেম্না মিংমাঙ্‌দনি চৎলিবা।

অঙক্‌পনিকো হে মুপী কায়ন-পিরাং কংদ্রিগৈ
হেদোই মিনোক্ থন্‌থ্রবা লৈবাক্ মপু মহাক্নী
করি লাইরা কাম্‌থ্রবা—থম্মোই মাগী কায়্‌নঙাই
য়োংকী পোন্ মন্নুংদা ফানাই শংশং উহৌবা।

থম্মোই মৈহৌ' শাউজবা থোঙ্‌জিন্দা ঈথোক্' ফুজবা
মৱাক্ য়াওদবা অশাওবা করি গতি লৈরিবা?
লাইবক্ খুত্থম্ শুত্থনা ৱাথল্ লৈত্রক্ চৎলবা
থম্মোই ওমচাক্' লৈহৌই অৱাকম্ শঙ্‌লেন্ নুংহ্দা।

নোংথক্ মায়্কৈ তা-ম্ন-য়েং মতম্ ভাইর' অঙম্না
খোম্লোক্ য়াঙদ' খোঙ্কেল্না নোংদম্বদা হায়্জ'খ
"ইম্নুং অসি লেন্দনা অমন য়াইথোং কৃম্জবা
কুবিয়ুকো কুবিয়ু নঙ্দি থৌজাল্ হৈবনি।"

ইম্নুং লেন্দ'—নোংমন্বা নোংদম্বনা তম্থিল্রে
শাংল' অহিং অত্নমা মপোক্ কয়া নীংশিংনা
শানৌ মাগী খন্বদা মিংলু পিরাং কংথিল্রে
"হৌগ্রে—হল্লক্রোই, কোরৌ অত্ন অমুক্ হন্না

মুবা মাবু তান্নবা পাখঙ্ চাম-লিশিঙ্নি
মহাক্ থকীদমক্তা শয়েং পাম্বোম ভানবা
পাখঙ্ ঙক্চাও থেক্খিবা মশীং নাইদ মহাক্ .
তরা মচা মরক্তা মহাক্তবু খন্খিবা

খুমন্ পম্বৌ শুমাঙ্দা যজ্ঞ মাগুব্ মন্নুংদা
তেম্শিঙ্ মাঙ্দা লেম্লনা খরাই থক্তা লৈহাম্না
লৈরোং-লাইদ-কংকুম্না শানৌ মাবু ঐভোন্দা
পারোন্ পুরোন্ শাক্ষি থম্ পম্বৌ মানা শিন্নব'

তুবী-অখা মিংয়েং মাঙ্ কল্লক্' মাঙদা লেম্লবা
চাউথোক্চর' ঐহাক্না মুরা মাবু নাঙ্দ-খা
ইরান্ অঙোম্ চাগুগোইম্নুং লেম্ল লেম্না পুরক্পা"
কোরৌ অত্ন নীংশিংলুই ;—থিংওম্দে মিংলু লাইজ।

লায়্না কেম্-খি পুনশিসে পাম্মুই পাম্মুই খল্লু'দা।
"কুমজা মক্‌পু শুন্দরি, হাকুম্ নুমিৎ সিমক্তা
মন্নুঙ্ হাওবু লানঙমদৈ তুনুন্ পরৈনরবা
হাওবা লান্‌ফা হুইগং চিং লান্‌ডম্ ফিরান্ থেৎলবা

মৈতৈ লাম্মী মাঙ্দ-থা শগোল্ খুকপ্ থৌজনা
সনা কোন্নুং তম্লক্‌পা জয়গী ধ্বনি লাউহুনা
লৈবাক্ মীযাম্ হৌ-হুনা তুবী মানা মাঙ্দা-থা
তরাম্ তাবাম্ ওক্লুনা পজেং ফিরান থেৎপিবা

অকন্‌বদো ঐহাক্লী অথৌবদো ঐহাক্লী
লৈবাক্ নিংথৌনা শোন্নবা পজেং ফিবান্ পেৎলবা
শানৌ মানা পেঙ্গবা মরৈবাক্ নীংবা গোপীবাম
ঙসিদি হায়্বীরে লৈবাক্কী য়েক্লবা তোল্লবা।

অবা' হুংঙাই' খুবাক্ খুনম্ নোক্লা নোক্লা হৌ...
কপ্পা কপ্পা লোইশিন্‌বা পাম্মুই পাম্মুই খল্লু'দা।"
ঙসি অরোই' অয়ুক্তা লৈবাক্ নিংথৌ' য়েং ল্লব
নিংথৌ দণ্ডি ফংলবা নহান্-নোংগী অঙম্বা

মথুং তুংবুন পরৈনা ঙবোং খাওদি লেংদ-থোং
খোঙ্শাল্লকলে চক্‌পী তম্' চেম্না চেম্না শুগ্ন তা
চেল্লি মাদি মঙ্দনি থাংলি খোঙ্থাং হংলাইগুম
থরায় য়াওজ্র' হক্‌চাংনি মমিতনি মিং-মাঙ্দ

নিংথৌ শক্তি কন্‌বনি কনা' খিংবা ঙম্‌গনি
নিংথৌ য়াথং লাইগী যাথং যাগং ঙাক্‌পা ধর্ম্মনি
য়াথং লৈবাক্ শাক্‌দে অমুক্ হন্না হংফদে
য়াথং ইন্‌বা ধর্ম্মনি ধর্ম্ম কায়্‌বা হৌনদে।

লৈবাক্ নিংথৌ য়াথংনা খুন্থাং যৈন-লৈরম্মী
লমতুপ খুদীং লেপ্লম্মী নিংথৌ মনাই অঙম্বা
পুংলাই পায বা লাম্মীনা লম্‌তুপ্ খুদীং মীশেঙ লি
নাম্থোক্‌ফদে বন্দিদো মিংয়েং চঙ লি মানা চংপা

কোয়ৌসিনা লোইরবা মাগী পুন্‌সি অসিদা
অমুক্ উবা ফংলরোই যেংজৈ অরোইবা ওইনা
নীংশিং মফম্ কয়ানা পুক্লীং থক্ খা ওল্লিবা
অমুক্ উররোইদকো পাম্মুই পাম্মুই খল্লু' দা।

অবাকম্ শঙ্‌লেন্ তুংওইনা কংলা কোন্নুং ফাওরক্লি
মাঙ্‌দা লৈরি চৈবাক্ কুচু লৈরি মুংদা মাগী তাঙ্‌বল
য়েংওই ওইওইন থনম্‌লে লোয়্‌শঙ্ কয়া কোন্নুংগী
ম্নথোঙ্ য়োরে থীন্দনা লোয়্‌শঙ্ মচা পল্লোন্ কোয়্

অমুক্ উররোইদবা মৈত্রবাক্কী সনা কোন্নুং
চক্‌পন্না পল্লোন নাইরিবা থাঙ্গপাংনা কোয়্‌রিবা
হন্না য়েংনা খুকম্‌জৈ ইমালৈবাক্ সনা কোন্নুং
লৌশিং তারক্‌চৈঙদগী মানা সেবা তৌজরক্‌পা।

লুরুক্লনা থোরক্ই সনা লম্জাও তম্হুনা
ছোরোক্ কাগুপ্ থম্না লেপ্ লৈবাক মীয়াম্ য়েংলম্মা
কানাই মাবু উরগা তিন্-শিং থুহুম্ শীংহুনা
থরনা থীনা চৈরক্থি থরনা পাম্মুই শোল্লথি।

চংলি মাদি মঙ্দনি পাংলি খোঙ্থাং হংলাইগুম
পরায়্ য়াওদ্র' হুক্চাংনি মমিতনি মিংমাঙ্দা
ইম্ফাল তুরেল তোরৈ ইন্ তোর্ব্বান্ য়াঙ্বী লদীংথদ
লাবা খোঙ্কাপ্ তোয়রক লে চেন্না চেন্না সুগ্নু তা।

সনা কোম্নুং তুংওই থনম্ খা-বা থঞ্জেম্ভোং য়োংবক্লে
অঙোম্ শাগৈ কয়ানি মাগী ইঙ্গিত্ য়েংলিবা
হংলাই মশোঙ্ কাঙ্লক্ই—"থোং অসি লাল্লগে
ইরান্ অঙোম্ তম্শিরা?" নিংথৌ লাম্মী ঙাক্লি।

ইহাক্থক্কীদমক্তা লাঞ্জদ' কয়া মাঙ্গত্রা?
নিংথৌ য়াথং লাইগী য়াথং, য়াথং লৈবাক্ তাকদে
শোয়্বা য়াদে শোয়্কদে কানাই রাথল্ কা-থত্রা?
হংলাই মশোঙ্ হঞ্জিল্লে লুরাক্লনা চংলক্লে।

থাবা থোং তুংওই থনম্ লাবা খোঙ্কাপ্ তোয়রক্না
হাওরৈ থা পাং লাক্পনা ওই ওইননা লৈরিবা
মোংবাহন্বা লাইউমং পুরুম্জরে মহাক্না
অয়োইবা মিংয়েংনা মিংয়েং শাংথৈনখিবা

অঙাং নাৱা ওইবিতৈ চেন্না-চোংনা শান্নফম্
গোপীবাম্ কৌ' মহাক্না অমুক্ উবৱোইদবা
মোংবা হন্বা উমংলেন্—থিং ঙম্দেকো মিংকী পি .
তোৱৈ তুথুন্ খোংলম্ ইন্ তোর্বান্ য়াঙ্বী থকুদ

হন্না যেংনা লাক্পনা য়োবক্লেনে থিন্দনা
ইবেন্ অতু লুববা শন্ত্রেম্বী চাইশ্রা লোংখোন্ফম্
চুস্থ তুংই থনম্ মাঙ দা ইন্দালকপনা
লাল্লক্লে থিন্দনা লাল্লোই তৱেৎ হিদেন্ তৱেৎ

যৌবক্লেদো মকাইফম্ লোক্লাও লাইবেম্মা হমাংবী
মক লৈদ-লুকুনা খুবাং-চাংজৌ তরা লোন্
লাইরেম্মগী মখোঙ্খা পিগী ঈৱা কচ্চথি।
চংলি মাদি মঙ্দনি থাংলি খোঙ্থাং হংলাইগুম্

থরায়্ মানা মাঙ দ-থা হক্চাং মানা তুংদা ইন্
য়োবক্লে যুম্নাম্ লৈকাই যুম্জাও লাইরেম্মা মকাই
লাইবেম্মা মখোঙ খা থরায্ মানা খুকম্জে ;
তম্না অমুক লাক্পনা শীংজমৈবু তারক্লে।

খাইদেম্ তোম্বা মখোঙ্খা চাংজৌ চেৎনা খুকম জ
মতুং খোঙ বাইয়ক্পনা শরাং লৈশাং লাইরেম্মা
অঙম্বা পুকম খাজংলে—তরং লাইজ কচ্চরে ।
অথৌব' নিংদোন্ পোম্ অমুক্ ইন্দানলক্পনা

গুইনাম্ থিঙেন্ য়োৗরকৃই, ইরৈমগী মকাদা
গোপী পুকম্ থাজংলে, অমুক্ খোঙ্রায়্রকৃপনা
কোইরৌ লম্শাঙ্ ইন্দান্লে, তুবৎ নাতৈ লাকুনা
লম্লেন্ কিয়াম্গৈ য়োৗবদা খুবাং চাংজৌ তরা-লোন

মপা ইবুংঙো মচা ইবুংঙো চীংঙ্ লাইনীংথৌ অনিদা
অথৌবা পুকম থাজংলে—লেপ্পা নৈত'—লাক্পনা
অরাংখোং—মথাখোং লান্তুনা তাক্নথা তুংওইনরকৃপা
উকপ্ মাঙ্ ওইনতুনা পন্দনবু লাক্পনা

লম্লেন্ অরাপতী য়োৗরকৃপা—ফুনাল তেলহৈ মখোঙ থা
মকোক্ নোম্না খুকমৃজৈ। অমুক্ ইন্দান্লকৃপনা
লিলোং চজিং যোৗরকলে চজিং লাক্পা মকাদা
পুকম্ থৌনিজরগা অমুক্' খোঙ্রাইরকৃপনা

শামুরৌ রাজোই যোৗরকৃপা শামুরৌ লাক্পা মকাদা
পুকম থৌনিজরগা তুবৎ নাতৈ লাক্পনা
ইরম্-শিফাই শমতুনা চোংথাম্ কোনা তারগা
মুতুম্ ফিরৌ যোৗরদো—'তুসু তুংওইনতুনা

অসুম্ অসুম লাকপনা চকুং কম্পনি শমতুনা
ময়াং ইম্ফাল লাপ্লগা লম্লেন্ উচিরা য়োৗরক ই।
উচিরা কোন্বা লাইনিংথৌ ইকোপ্ নিংথৌ লাইনিংথৌ
লাইনিংথৌ মাগী মখোঙ্খা পুরুম্ থৌ নিজবকই।

"গোপী ঐগী চুপ্‌থাশোই শেন্‌বীখুকো লাইনিংথৌ"
চুঙৌ তাংকক্‌ লোয়্‌ননা শিঙেল্‌ লৈরাং কৎলেদে
মিৎল্লা তরুং ঈহৌনা নিংদোন্‌ পোল্লা থোঙ্‌রাইদে
চৎলি মাদি মঙ্‌দনি থাংলি থোঙ্‌থাং হুংলাইগুম

খেলাখোংগী তাজিন্দা ইকোপ্‌ নিংথৌ উমংদা
সুরা মাবু উরুবা হুংলাই মশোং কাঙ্‌লক্‌ই।
তালোই মচা মরুম্বী ফিক ফিরাং খুম্‌হুনা
পান্নী নান্না নম্‌দ থোং প'থৌ মাবু ঙাইরম্মী।

শানৌ মাবু উবদা পাবী মাবু উরু'দা
হুংলাই মঙ্‌ফাওনারেদো "হিংথিশিরা" শাল্লন হু
তালোই মাবু পুহুনা পাবী মাগা লোয্‌ননা
লৈবাক্‌ য়াথং হিক্কোক্ন। পোইরৈ লা-ম্না চেনাস

চীংল্লোন মাপন্‌ লাল্লগ অকাম হাও ইতাও শাক্ক
শাইদাংলুসি থল্লক থি পান্নী মানা শারেপ্‌ ফাও
অকাম্‌ মতেং লৌহ্‌না লমন্‌ খুম্‌গে নীংলক্‌খি
থল্লি য়েংলি—মঙ্‌দনি থরায়্‌ য়াওত্র' হুক্‌চাং

মাঙ্‌দ-অমুক্‌ উরক ই অরাফম্‌ শঙ্‌লেন্‌ মাঙ মঞ্জু।
তালোই মচা মরুম্বী তুবী মানা চেৎন কোন্‌
নোক্ক-খেনা চৎখিবা লেম্ন-লেম্না মমাঙ্‌দা
মখোয়্‌ থীৎনা শাওবনা হুমাং শন্দোই কা-রব

শানৌ মাবু থম্মোই খানা য়েংনা চোংশিন্বা
ফানাই কয়ি তৌওমনি তুংবুম্ম—মহাক্না
তুবী মনাই থাওজেন্‌ত্ত মাঙ্দা ফৈগাক্ থংথিবা
তম্থ্রবা নোংদম্খোল্ কনা' থিংবা ঙম্বরা

নিংথৌ শক্তি কনর্বানি কনা থিংবা ঙম্গান
মপুনি মাদি, ঐথোয়্ পুম্মক্কী মপুনি
নোংদম্ মাগী নোংদম্খোল লাইবক্তবু তমথ্রবা
করম্মবু লিংকনি ওইরোইনে মপোক্সিমা।

মবাক্ যাওদ্র' অশাংঙবা চামথোক্থ্রবা মশা থা।
লাইবক্ খুতুম শুতুনা পুক্নীং মাবু থেম্জিনৈ
নিংথৌ য়াথং লাইগী যাথং যাথং নৈবাক্ তা-ফদে—
যাথং ইন্বা ধর্মনি ধর্ম্ম কায বা ছোররোই।

ইহাক্থক্কীদমক্তা মরাল্ নৈত' থবায় কথা
মাঙ্হল্লরোই অয়ুক্ হন্না—তুবী মাদি লৌশিনা
লমন্ খুম্বা লেপ্পবা শাগৈ তুম্না মাঙ তন্বা
কন্বীনবা কনা লৈরোই মৈত্রবাক্তা নুংশিথনা

নোংদম্ মাগী নোংদমখোল ঐগী লাইবক্তা থংখ্রল
চেম্থ্রবা মতম্ ঈচেল ঐনা থিংবা ঙম্বরা?
ইকোপ্ নিংথৌ লাইনিংথৌ লাইনিংথৌদা শাৎ ৎ
নাবা মাবু চুপ্থাশোই এবং লাইত্ত কচ্চরে

নিংথৌ য়াথং পন্‌বা য়াদে পম্বস্থ তৌদরে
চিংন-য়েং নাবা-চাওদ' থম্মোই ফিরাক্ কায়
নিংদোন্ চীংহুম্ ওইহনা অরোই বিদায়্ লৌথকে
চংলি মাদি মঙ্‌দনি থাঙ্‌লি খোঙ্‌থাং হংলাইগনি

অমুক্ খোঙ রাইরক পনা হয়েন্ হঙ্গন্ শম্‌হনা
লম্‌লেন্ শেক্‌মাইজিন্ মাঙ্‌ওইনরক্‌ই—ভুংওই নাইদ

গোপী কৌবা অঙম্বা কোল্লা খোংবু লান্দুনা
তুবং নাতৈ শম্লগা লফু পাং তেনা যৌরক্‌ই

লেম্প-লৈত লাক্‌পনা অরোং মাঙ্‌ওইনরক কে
অরোং নিংথৌ মকাদা পুক্রুম্ থৌনিজকবে
থর চংলে হায়রগা লম্‌লেন্ নোংমাইখোং লানথকে
অমুম্ অমুম লাক পনা লম্‌লেন্ ইথাই যৌবনলে

ইথাই কাইরেম্বা মখোংখা পুকম্ থৌনিজকবে
অমুক খোঙ রাইরক্‌পনা লম্‌লেন্ রাঙ্ যৌরব কে
রাঙ্ কোন্‌বা লাইনিংথৌ মকোক নোম্না খুরুম কৈ
অমুক্ পন্‌বা তৌদনা অঙম্বা খোঙ্‌দোই হুল্লক লে

থরনা চংলে হায়্‌রগা তাংজেং মাঙ্‌ওইনরক্‌কে
তাংজে নিংথৌ মকাদা চাংজৌ চেংনা খুকম্‌কৈ

## গোপীরাম্ কানাইবা

তন্না অমুক্ লাক্পনা হুয়্ মাঙ্ওইনয়ক্লে
বাংব্রেন্ থানা চাওবগী ভাংলো খুয়া থুকমক্কৈ

য়োজরক্লে হক্কচৈ চুঙো তাংকক্ কৎলক্লে
লৈয়োং লাইদা কচ্চরে সনা কোনযাই হুপ্পরে
লুপা তাঙ্গা পাজরে নাচুক্ খোংকৈ খিঙ্গরে
য়েন্না হুই চল্লেদো খোংমৈ খোংদোন থিংজরে

তপ্পা তপ্পা খোঙ থাং তপ্পা, তুবী মনাই থাঙ লেনশু
মাঙ্-তুং য়েৎ-ওই তন্না চপ্ গোপী কৌবা ৩। ৭ ।
চক্পী ঈরেল তক্কক্লে তেন্শিল্লক্লো লম্বেলন্ন
কল্লক্ইকো কল্লক্ই অমুক্ উরবোই খল্লুবা।

চৎলি মাদি মঙ্দনি থাংলি খোঙ থাং হংলাইগু
থবায় যাওরু' হক্চাংনি মমিতনি মিৎমাঙ্দা
নিংথৌ য়াথং কন্বনি কনা' থিংবা ৺মগনি
নিংথৌ য়াথং লাইগী য়াথং য়াপং ভাক্পা ধর্ম্ম'।

য়াথং লৈবাক্ ত'ফদে অমুক্ হন্না হংফদে
য়াথং ভাক্পা ধর্ম্মনি ধর্ম্ম কায়্বা হৌনদে
য়াথং পীবনা মহাক্কী অচুম্ অরান্ হংফদে
য়াথং ভাক্পা ঐখোয়্গী শোয়্বা য়াদে শোয় ফাদ

চৎলি মাদি মঙ্দনি থাংলি খোঙ্থাং হংলাইগুং

থবায়্ য়াওদ্র' হকচাংনি মমিতনি মিং-মাঙ্দা
মঙ্গ্রেম্ হাইগ্রেম্ মঙ্ফাওনৈ নিংদোন্ পোম্মী খল্লুবা
মায়্কৈ থুংনা লৈইনা য়েং কল্পবৃইকো মতোম্মতা

অরোইবা মিংয়েংনি অমুক্ উররোইদৌ শক্তেমুনি
ফজৈদকো মণিপুর সনা লৈবাক্ মণিপুর
নঙ্গী সেবা মতোল্লোম্ ওমহন্দ্রেকো নোংদম্নি
চাক্ইদকো খল্লুদা নোংদম্ নঙ্গী নোংদম্থোল

কল্লবা ঐগী পাম্বোমসে হৈশিংলবা রাখলসে
ওম্হন্দ্রেকো শিজিন্নবা ইমা নঙ্গী সেবাদা
কান্নদ্রেকো হৈশিংবা ওইজদ্রেকো লৌশিংবা
পাম্মুই পাম্মুই খল্লুদা চাক্ইদকো থম্মোইসে।

নিতম্ উমং নাকন্দা লুর' লাইজ ঈরেম্মী
চক্পীগীদি ঈহল্নি স্বগ্, চক্পী লমদম্গী
লাইজন্নুংদা ওবোংখাও খাওপী ন্নুংদা গোপীরাম্
লাইজ্ঞ থক্তো পৃক্ পৃক্ নিংশা কৃয়্না হোল্লক্লি।

হোন্দোরক্পা শ্বরগী দলাই থোদোরক্লে তোংলহুনা,
নোক্লা নোক্লা গোপী থবাই অহু নোংগী কা-নাইবা
''লণী পীরো ঐহাকী থোড্ হাংলো পলেম্ও।
মিংস্না পিরাং চোংলবী পলেম্ লৈমরেন্ ন্নুংশিবী

শেংন-কান্নন তায়েদো মপারী মুংশি থোইবনে।
থিংঙমগ্রবা নোংদম্থোল্ নাম্বোক.হৈত্র' নিংথেম য'খ
''পারী নঙ.বু মুংশিবা শোয়্দনা চৎপা তারবোইদ
সনা শোঙ্গৈ য়েংনা পায়্ লুপা শোঙ্গৈ ওইনা পায় -

মথং মথং হাংলক্লে চারপী পৌরোন্ শংলক্লে
থোঙ্লোন্ মাপল্ হাংথরে লৈমরেন্ বিদায় লৌঙ.
হোন্দোরক' শ্বর দলাই তোং গোপী থবায় থিঙ্গা
অবা অনা পুরপা হক্চাং অচু থনম্লে।

থবায় ওম্বা কারক লে থোঙাক্ লমদম্ য়ৌরক .
থোঙাক্নিদা অশিথেন মকুট মুডোন ওইন পুং
পাখঙ্ চামনা শিরগা মুরা চামনা ভাইনফম্
মুরা চামনা শিরগা পাখঙ্ চামনা ভাইনপুং

থম্নংগী শবা চাইনথেন্ অমন্ য়াইথোং মাঙনপু
থোঙাক্ লাইবেম্মা মনাদা থবায় মানা হংজখি
''পলেম্ ইমা ইবম্মা লাঙ্লমচত্তা ঐহাক্সি
গোপীরাম্ কৌদুনা লাইবঙ্ লম্দা লৈরম্মী

নোংদম্গী নোংদম্মা তুবী লাইরেন্ য়াথংনা
তাইবঙ্ লম্গা জেংনরে মালঙলম্দা লাক্চনে
গোপী কৌবা তোকুনা থবায় ঐহাক্ লাক্চবি
মালঙ্ লম্দম্ নীংথিবা থোয়ুন্ লাইবোবাক্ কৌনা

যাংলৌ লম্বী অহুবু শমু খুৎনা থিম্নবু
চনবী তৈবী শজেম ও তাক্পীযুকো তাক্পীযু।"
'ইমাইবুংঙো মুংশিবা লোইবী চীংযাঙ্ কারক্উ।"
.ভরা মফোন্দেই হেল্লা যাং চোংবোই পাইবোই কারক ই

.লাইবী চীংয়াং খাব্রা' লেপ্ থোঙাক লাইরেম্মা মহক্ক
.খায়ুম্ লাইরৈবাক যৌনবা যাংলৌ লম্বী অহুবু
শমু খুৎনা থিম্নবু তাক্পীবেদো থীন্দনা
থরায় তম্না কারক্লে নোংদোন্ যাংলৌ লম্বীদা

হায যম্ খঙ দনা যজব' নোংদোন্ লাইরৈবাক্ য়োম্লক্লে
.সাপী ওইবা তোক্লবা থবায অতু মহাক্কী
.খায়ুন্ লাইথো' খুদীংদা তরেৎ শেনবু কৎলুরে
পুক্ক থৌনিজরগা অতৌংঙা লম্দম পাংলক লে।

মশিবনা যৌনকম অতীংঙা নিংথৌ কোম্নুংদা
হাবে হোবে চঙ লক্লে থরায়্ অতু গোপীরাম্
মচৌক অশা নাহদবা থা কয়া থবান কয়া
গুমিং কয়া থোক্লবা হায নিঙাই নৈত' ফজবা

অতীংঙা নিংথৌ কোম্নুংনি চঙ্গ্রবদা হম্নাইদবা।
থাঙম অথৌ ফম্দৌ কযা ফিজেৎ নৈতেং চপ মাল্লা
শনা হৎল-নম থাং ইন্ মণি লুহুপ্ উপ্লবা
পক্লে ফম লি ত্রাঙ বল্ থক্তা কোয়শিন্দুনা লাইনিংথৌ।

হেৎরকপদসু হায়্খি ৱাহৈশিমক্
পোলেৎইদসু পহৱে হন্না অমুক্
"করি ওইরসিগে ঐনু নুংশিবা"
জ্ঞান্ মাঙ্লে শ্বব ফুন্নে ঐসে পঙ্থৱবা।

নঙ্না উৎরিভো করিগুম্বা ঐসে
তাইবঙ্দৱা মালঙ্দৱা হৌজিক্সে
ঐনু ঐ ওইরিবৱা অহাঙ্বলক্লা
লেপ্লিবৱনে ঐবু মকম্সিদা।

পুক্নী না থল্লি—নহাক্ লেপ্লী ইনাক্তা
য়েংলি—নুংশি মোমোন্ নোক্না ঐঙোন্দা
তা-গুম্ তৌই খোয়্থুম্ খোজেল শেংফাত্তবা
"করি ওইরসিগে ঐবু চান্নবা।"

নহাক্পু লৈবৱা—নুংশিত্তা, অকাসতা,
মায়্কৈ তৱাদগী য়েংলিবৱা ঐঙোন্দা
য়জবগী তুংনফম্ লাইজ ঈচেল্-থক্তা
লৈবৱা মালেম্গী খোয়্থুম্ন খোঞ্জেল্লক্তা।

অতুৱৈ য়াউশং নিনি চন্বা নুমিত্তা
তা-ম্ন' খোয়্থুম্ খোজেল্' চিংলক্খি ননাক্তা
থাবল্ চোংফম্ লম্পাক্তা উখি শুঙ্কাং মায়্থোং
নঙ্গী মিংচি-লাংদা থুৱবা ঐসে—

ওইখি মুমিত্তুদৈ নঙগী নমি
থবাই-হকচাং-পুক্নীং নঙগী মায়কৈতদা
ওন্‌খি, লৈখি ; লেপ্প-লৈত থন্‌খি
লু-ত্তোং, পুক্নীং হকচাং কায়াৎ খুদীংদা।

ঐগী হকচাং লূপখি নঙগী হকচাংদা
ঐগী থবাই তিন্‌খি নঙগী থবাইদা
ঐগী পুক্নীং লূপখি নঙগী পুক্নীংদা।
ঐগী বাখল তিন্‌খি নঙগী বাখল্‌দা।

থবাই-হকচাং ঐগী অমুক ওইদ্রে ঐগী
পুক্নীং বাখল্‌ ঐগী ওইপ্রে ঙম্না নঙগী
ঐ অমুক লৈতরে নঙ ঙম্না ওইখরে
তোপ্না অমুক লৈতরে নঙ, অতুম্‌ ওইখরে।

১৫মিন্নখি ঐগোই অনি, ঐখোই অনিতা
অতুঙৈ, চীঙ্গোই বারুনী খল্লোং থক্তা
নঙ, ঐ খাত্রাং লেপ্পা, নঙ, ঐ লেঙ্গোম্নবা
খুদোন্‌বী থিন্‌ মথং মথং তাকখি ঐনা।

সনা লৈবাক মণিপুর—"ফজদরনে !"
ডক থাঙ্গৎ মিং শংদোক য়েংখি নঙনা তাম্না
নয়ুম্‌ লমদম্‌ মণিপুর তম্পাক
ফজবৈ তুংনফম্‌ নীংথিবৈ তিন্নফম্‌

মালেম্গী স্বর্গ লাইগী লৈবাক্ লাইরৈবাক্
হংখি নঙ্না ৱাহং কয়া পেৎনা পেৎনা
খুম্খি ঐস্থ হরাও হরাও হৈনিংনা
হরাও-মুংঙাই তুজুংখি—লেপ্চ-ননাক্তা।

অনৌবা চহি হৌ—চৈরাওবা মুমিত্তা
কাখিল্লখি চৈরাওচীং য়েংখি মহৌশা
নক্শিল্লখি থম্মোই থম্মোই মহৌশা লক্তা
হায়নখি নাপ্ল চীক্—"মপোক্ খুদীংগী কো।"

চৎমিল্লখি নঙ্ ঐ—খুকম্খি ক্বারোক্
য়েংলুই খুকম্লুই মোন্দুম্ ঐখোই অনি
কৎলুই জগোই খুৎথেক্ ইথৌ থাংজীং লাইমাঙ্
অথেন্পোৎ কারুই বাংব্রেন্ থানা চাওবৈই মাঙ

নঙ্ ঐ চৎলুই খুকম্লুই শামুরৌ লাক্পা
ৱাশক্মিল্লরুই কোন্দোন্ লাইরেম্ লাইমাঙ্
কাওরবরনে নঙ্বু লোক্চাও মপান্দা
নঙ্ ঐ শিমিল্লসি ৱাশক্মিল্লখিবা।

ঐহাক্ লেপ্লি উয়ুংগুম্ বাঙাং খোক্তা'
য়াত্তোন্ লংনা নোক্পী উবাগী মাঙ্দা
কোক্ শম্ হক্চাংদৈ—নাম্বুরি অমমম্তা
শিংগারৈ লৈরাং—তপ্পা তপ্পা তপ্ তপ্

হুংপান্ ওল্লে ঐহাক্তী হুংপান্ ওল্লে
হুংপান্ ওল্লে ঐহাক্তী হুংপান্ ওল্লে
কদাইদনো ঐবু ‥ মালেমদা ‥‥ মালঙ দা ?
হাক্লা কদাইদা— হুংশিন্ডা—অবাশতা ?

ওঃ নীংশিঙ্লক্লে তমুক্—অহুৈভ
তুমু কোম্নুং লৈকোন্দা—বোয্ নোয়্টৈ
লাইজ খুজোক্ খুজোক্ চাইশিন্থি নঙোন্দা
নঙ্নসু হৈখি লা-জ পুন্ পুন্ ঐঙেন্দা

শাবী শানৌ লক্কে থাপ্না ঐখোই ’নিতা
লৈকোন্গী চিদাইদা কনা উদা
অহুদসু হায্খি নঙ্না নাপ্ল চিক্লা
“অরোইবনিকো ঐগীদি,” নঙ্গী বা

নঙ্ ঐ কোয্মিন্নখি কবো নিংথি তোর্ব্বান্
য়েংলুই কোয কই অঙ্গো চৌংগী নম্লোন্
খুদোন্বী থিন্ থিন্ তাক্লখি ঐখোই অনি
“অসিনিকো সনা লৈবাক্কী লোয্খম্।”

লম্তুপ্ খুদীং খোঙ্থাং খুদীং নঙ্ ঐ
উম্নুং-বাম্নুং লৈরক্-কোন্শাং মফম্ খুদীং
চৌক্লা-ফোংনা তা-ব্রী ঐখোই-অনিতা
“করি ওইরসিগে ঐবু হুংশিবা।”

খুঙ্গিনী শ্লায়্দা পূন্নং-নং ৱাংল' সনা তাঙ্বলথক্
ঙাম্ষোইহিন্নি লাইনিংথৌ অতৌংঙা নিংথৌ থোইথোক্পা ।
ষন্ত্র শুর লোহ্নানা অনেম্ অহাং ইশৈ লক্তা
শাথেক্ মথল্ খুদৌংচী ভূথোই খুথেক্ য়েংহনা।

খুক্উদ্দা তাল থা ময়াই কাম্ন' অমুত থক্
শিন্দবা পূণা হুঙ্গইরি ; গোপী থৱায তম্ন চঙ্লক্
কোংয়াং চৈস্তু শান্দ্রং ভা লাইনিংথৌবু পুরুমজে'
খোয়্রুম্ মোমো'ন্ নোক্ লাইনিংথৌ তারাম্ কৌরক্ই—

"লাও লাও অথৌবা এখোয় নঙ্বু ঙাইবম্লি ।"
য়াৱা মপাও তাবদা গোপী ঙক্লা য়েংথচে—
খোঞ্জেল্হন্নু মহাক্নী শক্তনহন্নু মহাক্নী
তুৰী লাইবেন্ থৱাম্হাবা করম্না সিদ' লাইনিংথৌ

য়েক্ল' লমন্ খুম্সিন্না ৱাখল্ অতু যেক্লরে—
মাগী নৌংবা খঙ্লবা অতৌংঙা নিংথৌ থোইথোইবা
"তাম্নো হে গোপী থৱায় নক্কম্সে অতৌংঙা এম্নী
থৎন-চৈন লৈতবা অম্না'অনা য়োদবা

অৱাং অপা লৈতবা ঈংলা 'ফমনি শান্তিগী
মালঙ্ ঐগী লৈকোল্দা শিদয়াই পুত্রি লৈবনি
পুত্রিহুদা লুপ্চক্র শিদবা লক্তা ভেম্নবা "
অতৌংঙা নিংথৌ ফৌরোই ইন্ হায়রক্ই ফন্দো 'মনা।

"নিংথৌ শক্তি কন্বনি কনা' থিংবা ঙম্গনি
নিংথৌদি লাইনি লাইগী য়াথং ঙাক্কদৌনি
য়াথং ইন্বা থর্ম্মনি থর্ম্ম কায়্বা হৌনদে
য়াথং লৈবাক্ তা ফদে অমুক্ হন্না হংফদে।"

কনানোনে অসিনা থোঞ্জেলসিবু খঙ্ইদা।
উথি তন্না য়েংলুবা ইপু মন্ত্রি লৌশিংবা
মাদি করম্ অসিদা গোপী ঙক্পা য়োইদা
অমুক্ পন্বা তৌদনা পাংথ্রে শিদয়াই পুত্রি তম।

শিদয়াই পুত্রি ইপান্ লাং শেংদোক্লবা গোপী থঙ্'ই
গোপী অমুক্ ওইদরে থবায়্ মক্ত ওইতুনা
অর্তাংঙা নিংথৌ সভাদা তন্না অমুক্ কারক্লে
খোংুম্ পুম্বা য়ানথ্রে মখোইলক্লা তিলহন্'স

শিদবা লক্লা লৈথরে মাঙ্দবা লক্লা য়াওথরে
খোয়ুম্ লক্লা তিন্থরে খেন্নবা লৈত লৈথরে
থম্মোই মৈচাক্ মুৎথরে তাইবঙ্ অমুক্ নীংশিংদ্রে
কল্লি কল্লি নিংথৌ শক্তি মাঙ্নাইদবা ওইথরে

খোবাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮৪ ইং

৮

# লৈয়ুম্ংদা লোংলে

মরক্ মরক্তা হেক্ হেক্ নীংশিংলকৃখি
অচুভৈগী রা ··· ··· কাউঙমজ্র' মা নঙ্গী
থংমোই তনিক্ তনিক্—মিৎমা পিরাং থন
মায়্থোং লৈদা লক্ খোঙ্বীনা লৈয় দ তক্

মতেক্ মতেক্ হায়্সি হায় ভম্দ—·রা-না
লকক্ লকক্ হায়্রোই হায়্রা তোক্ভমদা
চংইজাইনর' শম্লাং মায়্থোং তম্খাই-খুম্
পিরাংনর' মিৎমা লোম্না তোয়্না য়েং—

ঐনা লেংখি উয়ুংগুম্ রাঙাং থোক্'
খাঙ্না খাঙ্না শিন্থখি থঙ্হৌদ' পিরাং
চিন্বান্ ঈ-থোক্-চীক্ রাখল্ লংজীন্ পুন্
করম্ খাঙ্সিগে জ্বান্ মাঙ্ন-শ্বর ফুম্না

নঙ্গী রাহৈ—"অয়োইবনিকো ঐগীদি—
করি ওইরসিগে ঐবু মুংশিবা"—
মুমিৎ অহু—পুর্ণিমা—মেরা থাগী
থাবল্ কবোক্লক্তা নহাক্কী চুবা

খুং'নিনা পায়্জ নাতোঙ্গা নাতোন্ তকু
মিংগ্না মরিঙ্গি পিরাং—ঙ্গরী-চেন্
কদাইদনো—চেঙ্গরী বায়ন উচেল্
করম্বা ঈপাক্রা—তিন্নি—করম্ 'তম্দা •

গুরা থোইনা খাঙ হি অহিং কথা কয়া
পুম্হাঙ্ হাঙলে—হাঙলেদকো পঙ্গোইসে ;
অহাঙ্কা—কৈস্থ লৈতবা ; — কদাইদা —
অহাঙ বদা —লৈরিবরা ঐসে ?

খাজস্থ নোংচুপ্ রাখোঙ নোন্শিঙ্কুক্লে
চাংথৈ ফীত্রুপ্ লক্রা শঙ্কিক্ যাঙ্গ্লক্লে ;
তপ্পা তপ্পা অনমমতা নেঙ্গকুপা।
শিঙ্গারৈ লৈবাংলক্ লেপ শি ইথম্বা

মুংপান ওক্লে ঐগাক্রী মুংপান্ ওক্লে
খুংপান্ ওক্লে ঐহাক্রী মুংপান্ ওক্লে
বদাইদনো ঐবু—মালেমদা, মালঙদা •
মনংম তনি —থুংলরি মিং মাঙদা—

হৌগ্রবা পুনসিঙ্গী ফিজুপ্ কম্না
কনাস্থ খঙদবা নঙ্ ঐ নক্রনা ;
তা-রিদো শেংনা নাকোং অনি থম্না
"অরোইবনিকো ঐগী দি"—নঙ্গী বা।

তম্থিবোই নোংদম্বনা কায়্নৌ হায়্না
নঙ্ ঐ ঐখোই অনি—মপোক্ 'সিমা
কবম্না থাঙ্লসিগে কায়্ন—মৈচাক্
করম্ কাউরসিগে অরোইবা য়াবা।

মুংপান ওল্লে ঐহাক্তী মুংপান্ ওল্লে
মুং-পান্ ওল্লে ঐহাক্তী মুংপান ওল্লে—
ইশানৌ নঙ্বু খঙ্দবা ঐহাক্তী
থম্মোই নুংশুম্ কন্ববা নহাক্তী।

অতুভে—নঙ্ ঐ নিংথি তুরেল্ লাইজ থক্
থাবক্ লাক্লবা হিগী পোঙ্—পোঙ্গী থক্
ফরাংজি ফিবুম্ থক্তা ফিঙৌ ফিদা থক্
মৈতৈ পোং লৈবাক্ 'নিগী ফম্নাইব-লক্

মৈতৈ পোং নিংথৌরেন্ 'নিগী স্না মাঙ্
লৈবাক্ অনিগী অঙম্ অথৌ মিৎ-মাঙ্
খরাই থক্তা লৈহাপ্না লৈরোং লাইদা
কৎকুম্না শানৌ নঙ্বু ঐঙোন্দা—

খুৎশিন্নবা পীথিবা—শিন্নথিবা
মুমিৎ অতু করম্ হায়্না কাউশিবা।
শানৌ খুজেং পালৌনা মিৎমৈ পীক্লা যেং
মুরা মায়্থোং নিংথিবী মোমোম্ন য়েং

মুমিৎ অহ্ করম্ হায়্না কাউশিবা ?
মুমিৎতুদৈ হৌনা শানৌ নমি ওই
নঙ্ ঐ কোয়্রুই চৎলুই মফম্ পুম্বা
য়ৌরুই থাপ্লবা অৱা কোম্মুং মপুংয়াই।

অৱা কোম্মুং মম্মুং চৎলুই ক্যোঙ্ তম্না
খুরুম্লুসি সিদ্ধার্থ গৌতম্ মুণি
শাক্য থাউমৈ লৈরি থৌজাল্ শক্তম্ ওইনা
ক্যোঙ্গী শুম্মাং শক্তম্ য়েংলি ঐথোই অনি।

লৈথল্ শুনা লৈশাং তম্লে পুক্লৌং হুরে
কোয়্না য়েংলুই ফজরবা কুঞ্জবোন্
উবীগী খাংপোক্লুং য়েম্নৌ ফম্বাকৃথক্
নঙ্ ঐ ঐথোই 'নিতা শারি নাপ্ল চিক্।

নীংশিংলি—মুংদাংৱাইরম তাঞ্জানি
মেঙ্থরক্লবা মুমিৎকী মুংশানি—
মনাই-মশল্ লোয়্ননা লোয়িন্ থম্‌ইন্
লাকৃথি—'হুদা আবা নিংথৌ মথং থন্বা

উথি মানা থম্বন্ চাউবা মিংয়াম্বা
শানৌ নঙ্বু চিংন-য়েং' মিতাখিবা—
তিলাং থয়োৎ মিৎয়েংনী পাখঙ্ নিংদোল্ পোম্
শানৌ নঙ' খুদাং পাই চিংখি মা' থাপ্লা।

পাখ্‌ ঙক্‌চাও থেক্‌ শয়েং পাম্বোম্‌ ঙানখি
ছুরা নহাক্‌থক্‌ শাম্বা পাঙ্গল্‌ হন্দরি
শানৌ নঙুংলাং পাখঙ্‌ য়াইবী পাম্মুদে
য়েরু' মায়থী পী' পাথৌ লিন্দা হুম্বদে।

য়েরু' মমু য়ৈথেরু' শানৌ নঙ্‌বু কন্‌
শা-ফা লান্‌-ফারবা ঐনা থম্মোই পেন্‌
শানৌ নঙ্‌না ইনাক্‌' ঐ কয়া হরাওবা
চীংলোন্‌ মাপন্‌ লান্‌ সনা কোম্লং য়োৌরক্‌পা।

সমুদ্র ঈরম্‌ তরেং ঈরাংমদগী
লাক্‌খি ওইখি মরুপ্‌ ঐখোই অনিগী
হুমিত্তুদৈ হুন্‌খি মরু কায়্‌নবগী
নঙ্‌ ঐ পুন্‌সিগী ওইনা ঐখোই'নিগী

থল্লু থল্লুরগা খোইনা চাক্লে ঐদি
মুংপান্‌ ওল্লে মুংপান্‌ ওল্লে ঐহাক্তী
কাহৎলবা মায়্‌খোং লীক্লানা চোৎলে
লেপ্লী ঐ শুন্‌তরং—চীংখৈ মঙাল্‌ লাক্লে—

ও: করম কাউশিবা মুনিং অতু ঐ
শানৌ নঙ্‌না নপাম্‌ লমদম্‌ পাংখিদৈ—
ওইজখিবা মীওইবা লৌনম্‌ চাউবা
মশাগী কায়বা থিবদা হালেংত্রবা—

নরুপ্পা মরুপ, ওইরক্রে—পূক্ মাংলে
লম্হুই লৌশিং লৌনম্মা খোঙ্ খুং পুন্থরে।
আবা নিংথৌ মথং থন্বা মিংযাম্বা
লানশিদো শানৌ নঙবু মিতাবিবা

আরা যম্বাল্ বাখিডৈ হুম্না হুম্না
হোংনররকুলে নৈজ লৌশিং পাঙ্গম্না
লমন্ শিংগে যাবগে মুজা নঙ্বু
মশোং কাঙ্লরে যেক্রবা খুংশিত্তু

মীচঙ্ খোম্জি আরা লন্গৈ হাংতুনা
খোম্জিল্লি থুজ্ঞ খুংলাই কোয্থি থিত্তুনা
শেম্গংলি লাম্মী তেঙ্গোল লান্ শীংনা
খোম্জিন্থ্রে ঐগী মরূপ্ফাও মাগীদা

তম্খিবোই নোংদম্বনা কায়্নৌ হায়্না
নঙ্ ঐ ঐখোই অনি মপোক্ সিমা
করম্ কাউনি থোক্খিবা ইমাঙ্ মক্তা
মরুপ্পা চঙ্হাং হাং শংশং অশোঙ্ নৈইনা—

য়েক্ল মীচঙ্ ওই শানৌ নঙ্বু লাম্থোক্থি
নঙ্বু ওক্লু শেম্নৌ থাখিবা মা মক্তা
শানৌ নঙ্বু থিম্দোক্লুরে হরাউ হরাউ
চান্নবনা শিন্নকরে য়েক্ল খুত্তা

খল্লু খল্লুর' থম্মোই মৈহৌ চাকুলে
হুংপান্ ওল্লে ঐহাক্তী হুংপান্ ওল্লে
"শাবী ঐবু করি ওইরসিগে" হায়্না
হুংশা মশী কুয়্না হোন্ শানৌ নঙ্না

তুরোই ভারোই চেঙোরকুপা ইনাক্ তান্
লম্খাঙ্দা থংখি আভা মানা ওন্না
শানৌ গতি লৈত তিঙ্লাক্ য়াংদৌ চোং
হেংথা নাওই খোঞ্জেলনা চীংলোন্ মাপন্ লান্

হিক্-হৈহৈলা মচেৎ মচেৎ খোঞ্জেল্দো
শাখেনা ফাই-ফাই কান্ন' হুংশা মশীদো
থঙ্ন-তান খোঙ্ খুং পুল্লবা ঐনা
লেঙ্ডম্-শাঙমদ—গতি লৈত নিংয়েংনা

খা-ন য়েং খোঞ্জেল্ থোক্ত—কন্ন লাউ
লেন্খিবা থম্মোই শোক্ত তান্ন-য়েং
শানৌ নঙ্দি হঙ্লিরোইকো থঙ্লিল্লোই
কয়া মতিক্ শোক্ থম্মোই তাসোন্ থিন্খিবা।

হুংপান্ ওল্লে ঐহাক্তী হুং-পান্ ওল্লে
পাখঙ্ করি ওইরসিগে ঐহাকুনে
থৌহ্ নুঙ্বী ওই অহিং লিক্লা লক্তা
থঙ্খিদে লেপ্খি কয়া কুইনা ওন্না

তৌবিমল্ খঙ্ দ্রবা থাজবা মাঙ্ হন্ রা
মক্পু নিকো নঙ্ সে ঐগীদি চান্নবা
শানৌ নঙ্ বু শিন্নরুবা' য়েক্'খুত্তা
হল্লকখি ; ওংলরি কোন্ তোঙ্কা মায়্ দো ।

হায়্ জিন্দুনা শেম্-শাম্' ওইদ' কস্কা
হোংনররি কোক্লনবা মাগী মরাল্
ওলাং-ওন্ শাও থঙ্মোই ওম্চারুর 'ঙোন্দা
ওন্নরি শেম্জিন্-শাজিন্ ওইদবা কয়া

হায়্ রৈ পুন্নমক্ ফন্-শীন্নবনি
পুরক্লি—কাউজ মঙ্গলনি নঙ্ গী
পীরবী মানা ঐঙোন্দা মক্পু শাবা
খোম্নরি মীচঙ্ ঐগী চান্নব—লক্তা

ওস্থোক্পনি তুর' মীদা থাঙ্ না য়াল্লে
অশোক্পা মফম্দা অমুক্ থুম্ চাইরে—
ইকাইবা পীরে— হন্না হন্না লঙ্ নরে
লৈইহুংদা লোংলে মায়্ উং ওম্দরে।

হুংপান্ ওল্লে ঐহাক্কী হুংপান্ ওল্লে"
নঙ্ গী য়াহৈ—"অয়োইবনিকো ঐগীদি—
ঐহাক্ লেপ্পী উয়ুংগুম্ য়াঙাং থোক্লা
শিঙ্গারে লৈরাং কেন্নরুী অমমম্তা।

থৌবাল্
সেপ্টেম্বর ১৯৮৫

মনিপুর সাহিত্য পরিষদকী
৫২ শুবা মিফম্ কবি সম্মেলন
তাং ১৬। ৫। ৮৭ ইং JMD Academy দা
পাঙথোকখিবা।

---

৯

# মৈতলোক্তা ( খোয়ুম লাই ) খোঙ্‌গুম্বা

লমতা থাগী থাঙ্‌জনি খোয়ুম খুদিন্ হুনিংনি
শীংতেক্ শীংথা নোংজানি--কুনগী কুমদম্ লেপ্পবা;
চহিই থৌরাং লেপ্‌থোক্‌পা খোয়ুম্ থৌশীন্ শিন্বানি
চাগা-চাদিং কয়া শিবা-হিংবা নৃথায়্ লেপ্পা,
হুনিংসিগী থৌরমনি খোয়ুম্ পূম্বৈই থৌদাংনি
খোয়ুম্ গুনা তিল্লেদো থাঙ্‌জ মুংদাং নোংয়াইদা ॥

ছয় বুং য়াঙ্‌দোঙ্ লম্‌হাঙ্‌নি সেলোম্ লম্‌গী লময়াইদা
মশেক্ মডাল্ ইরংলং খুনাম্ লৈবাক্ শোক্তবা
শমু নিরেন্ তাদবা খোয়ুম্ পূম্বা তিন্‌বদা
কুম্‌জাসিগী নোংজ্ মুংশা—ফৌথোক্ চাথোক্ লেপ্পবা
শঙ্গাইশেম্বা পাইবগুম্ মহৈ মহৈ লাক্লেদা
মাগী মাগী বাহন্ তোং—য়োরক্লেদো মতম চানা।

গুন-তিল্লে রাওরে শরোয়্ চাহুম্‌হুম্ফম্‌নি,
লোইনা-য়াওরে চিথক্রে ঙারোয় চহুম্ হুম্ফম্‌নি,
য়োরক্লে ওয়মক্ মায়্‌কৈ ঙাক্‌পা লাই তরামক্
লৈহৌদরে থুংলরে শলাই তরেৎ পিবাম্ব

খোয়ুম মশেক্ মভান্না হুয়্.বুং-লম্পাক্ ইভান্ ভান্
অথান্নদৈই হায়্.নৈদো করি ওইরিদগে সিবু।

শঙ্গাইশেল্বু পাইবরা মন্নাম্ কোয়ন্নেং ন্নেংনৈদো
থাওমৈ থান্দে থা থোক্কে, মশাই মভান্ ইন্নং লং
তাঙ্.বল্ পন্নেং ইকোয়্. কোয়্. খোয়ুম্ পুম্বা ফন্নেদো
লাঙ্.তক্কনা ভাইনরী খোয়ুম্ মীকোক্ অনিদং
ময়ায়্. তাঙ্.বল্ হাঙ্.লিবা মখোয়্.নিগী থম্.লিদো।
থীন্দনা য়েন্নক্লেদো মঙক্ থাঙ্গং য়েংনখি ॥

অথাক্-অরাও লোয়্.ননা অঙৌবা শামু খুনেৎশা
চাউকান্ চাউকান কান্দুনা মিৎয়াম্. পান্‌বা লাইনীংথৌ
শীংজঙ খুৎলাই ওইরিবা লৈচিন্. নোং 'পু ওইবা
খোঙ্.দোইরক্লে সভা তম্. খোয়ুম্. পুম্বা চপ্. চপ্. লেপ,
লাইরেন মাবু তন্নাম্. 'ওক্ সভা য়ায়দা থিঞ্জিনজ্জা
ময়ায়্. তাঙ্.বল্ থক্কুদা ভান্থোইরেদো লাইনীংথৌ।

মতুং ইকান্. কান্নদে মনাই মশল্ লোয়্.ননা
পা-ম্বা কৈরেল্ শাদোংল' খুৎলাই শুন-পায়্.দুনা
য়েন্নক্লে তম্পা ন্নাঙম্.লোন্. থোয়্‌না চৎপী পান্থোইবী
তাইবঙ্. অশীল্-অন্নাঙ্.দা চিৎ-লৈত্ত য়াওরিবী
নোংদম্. পাখোল্ চিশ্বদ মীন্নক্লম্ন মন্নৈবী
লাইনা মী ওইদুনা মথৌ-মভম্. পাঙ্.থোক্‌পী

সভাদুদা তিল্লিবা খোযুম্ পুম্বা হৌগৎনা
তম্পা তরাম্ ওক্লুনা হৌন-ইকাই খুম্নখি—
তৌথ্রি বাসি খোংলক্লী ঝাল্ মাঙ্গং য়ৈরক্লী
কনানা পুং য়ৈরী কনানা খোংলি থরাউচী
চিংথৎলুবা নাইদনা পাইরি ফিরাল্ বাংনা
তম্পা তাঙ্‌বল্' ঙাম্বোইরে খোযুম্ পুম্বা লৈতারে।

লাইনীংথৌনা য়াযদ ফম্ তম্পা মানা যেত্ত' ফম্
চিথ-নাম্ব লৈত্রবা খোয়ুম পুম্বা তিল্লগা
চৌরু লেম্বা সভানি—কুম্জা খোয়ুম খুন্দিল্লী
বুমগী কুনজিন্ মত্তুদা খোয়ুম বারেম্লগনি
তাইবং শিঙ্গাং শিন্থানি লাকদবা লেপকনি
মাগী মাগী থৌদাংগী হৈত্রবৰু যেংশিল্লি।

লাইনিংথৌ সনা য়াথং—লাইবেম্মা পুনেমজরা'
পাথৌ খোযুম্‌ লোয়্‌নবা মিরেল্লিদি অমুবা
মপু থৌদা ইল্লিবা পোথা লৈত' নোল্লিবা
অমুবা ফিজোন্ শেং খোম্বোক্ত' খুরুম্‌ তোংদুনা
মোং-হাদ চৎলিবা– অমুবা কলম্ নাদ থেৎ
অমুবা কোর্ব্বাক্ খুম্ভা পায় মালেম্‌ থুংনা চৎলিবা

মালঙ্‌ থুংনা ফাওরিবা ফম্‌ফম্‌ লাংদৈই হৌগৎনা
কের্ব্বাক্ মাঙ্‌দ থম্‌ সভা খৌগঙ্গরক্ই—

"তাবিয়ু লাইরেম্মা লাইনিংথো তাবিয়ু খোয়ুম পূম্বা
হাকুম কুমজা মমাঙ থা থৌরম কয়া হৌ-খ্রবা
পাঙথোক্‌খ্রবা কয়া পাঙথোক্‌হৌন্ত্রবা কয়া
চাগা-চাদিং অমাঙ অতোং মথং মথং হঙ্গচ্চবা—

তাবিগনি খন্নবিনি শমু মিরেন্ তাদবশিং
মমা লক্কা মরিফু মরি' মশীং থীঙমত্র' চাবোক্লি
নোংমা নোংমা হেঙ্গৎলক্ মালেম লৈকোয় লুমথরক্'
থাঙবা ঙমত্রে পূবা ঙমত্রে শদৌ থোংলে মালেম্ লৈমা
রাকৎলক্‌খি মালেম লৈমা খোয়ুম খুন্দিন্ খুদীংদা
নমু তাইবং চাবোক্তি লৌশিং চাউবা কাঙবুনি

মপুগী খুৎশেম অথোইবা খোয়ুম খুভম ফংহৈবা
লান্‌শীংনবী মখোয়না খোয়ুম ওইবা ঐখোয়-ফাও।
মীওই-চাবোক্লা তৌঙম্বা শীংথাহুনা লোইনাইদে।
খোয়ুম্ কয়া—মৈ ঈশিং মুংশিং—শীজিন্নবী মখোয়না
থাজ-থানিল্ শক্লোবা খোয়ুম্মীনদি থোইথোইবা
কুমজা চা—লিশীং কয়া ঈরাৎ থৌনি তৌরম্বা

খোঙনেৎনরে ঙসিদি নমু পোং কয়ানা
হংলি-হায়রি মখোয় মশেল্ কদাই—কৈদনো খোয়ুম্
নোংমা নোংমা হেঙ্গৎলক্লী থৌওই উশিত্তবা
মমা অতৈ মচানা নমু লাম্বা ঙমদরে

লাম্বা পাবা হাযকন্নু মখোয্‌ উর' চেন্নরে—
খোযুম্‌ কয়া লাম্বা ঙম্‌দ মরায্‌ লুক্কা খাঙ্‌নরে—

তাইবং মীগী উৎপাৎ লোনচং নাতাবীযু খোয়ুম্‌ পুম্বা
মিংয়েং শাংখৈনবীযু তাইবং মীনা হেক্তিল্লকপা—
মীনা মীওইবনা—মথং মথং লান্দাতুনা
হাংগ্রে লোইনা মুংগ্রে 'দোদো,' মুরিসস্‌কী চেক্লা
বন জঙ্গল মনীং'তন্না কোয্‌রম্বা, শান্নরম্বা
শাগী নিংথৌ নোংশা, শাহিং চাবা পাম্বা কৈ

কল্ল' থোর' শামু লম্‌শা কিনরম্বা শওম্‌ লমওক্‌
লাম্বা থিংদ যন্দো লমযন, মরৌ চাওবা লমহুয়্‌ হুইথৌ
মশীং থীঙমগ্র' শজি শঙাই, শাজন্‌ জিরাফ্‌ জেব্রা খারসা
লৌশিং চাওবা যোং বাবুন্‌- থৌনা ফবা গোবিলা
হৈশিংলবা চিম্পাঞ্জি—থৌরাং চাউবী লৌদ্রাওবী
লম্‌কেৎ লম্‌হাই মী-মরাম্‌ লৈফম্‌ খঙ্‌দ্রে লৈঙমদ্রে

মীওইবৈই মাঙদা খাঙ্‌ঙমদ্রে ঙম্না খাঙ্‌লে চেন্দুনা
কয়া অমা হাংখরে—খরনা ফাগ্রে মনাই ওইনা
খরনা থম্‌গ্রে কৈশুম জুদা যেংননবা অঙাংনা।
মালঙ্‌ অতিযা শীন্থুংনা কোয্‌পাই পাইতুনা লৈরিবা
অপন্‌বা লৈত চংলিবা মশা-পানবা উচেক রাযা
খাঙ্‌বা ঙম্‌দ্রে মীওই মাঙ্‌দা মুংশিল্লক্লে মথল কয়া

চাউর' কল্ল' ইমু উট্ থৌনা ফর' ঈগল্ থরং উমাইগী
নোম্বা কন্‌বী উয়িং বাঙাং ফবী তেনরা মোইনা
ইশৈ হৈবী-খোইনীংতা নত্তনা লমথুমু লময়েন্
শোইবোল ক:ক্ উরোক্ নাইতোম পাইবী লাঙমৈদোং
হুন্থরক্‌লি নোংমা নোংমা মীওইবৈই উৎপাৎ খাঙ্‌ঙম্‌দা
শাগল্ তুফাং তেক্করে লোৎন·লম্‌দম্ থিবদা

ঈশিংদা তাবা চেক্লা ঙামু থঙ্গোং কাঙা রাইনু
ছয়িৎ উষাই উথুম্' মশীং থীঙম্‌দ' হাৎখ্রে
মশীং থীঙমদ' ফা খরে' খরনা থম্‌খ্রে কৈশুম্ জুদা।
হুন্থরক্লী নোংমা নেংমা উশিল্লক্ত্রে উচেক্ কয়া
খরনা লোৎলি থাপ্পা—শুক্ল চীং-মুং মানুংদা
চেক্লা শাগল্ তেক্করে মীনা য়োদ-লম্ থিবদা।

লৈয়কুৎ কোঙ্গুৎ উথুং, অহো অরাং য়াইরেক্‌পা
পাৎথি-কোম্‌থি মোংশোংলক্ শুক্ল লমদা য়াতাবা
লিল্‌গী জাত্তা মখল কয়া খারৌ' তাংলৈ লিন্দু লিল্‌হা
পূয়' পূয়া য়োংঙম্বা লাইরেন্ কয়া শাথিরবা
থেংনবদা কিরম্বা থৌর' গুম্ভীর কে.রিয়ান য়াপন্‌বা
ঙম্মা চেল্লে লোইনা লোৎলে' তাংখবংমী মমাঙ্‌দা।

কয়া'মা হাৎখ্রে খরনা ফাখ্রে—থম্‌খ্রে কৈশুম্ জুদা।
লাইজ ঈমুং য়ুম্‌দাবা ঙাদৈয় চিংবা জিব কয়া

ঙাইরং মীনা লান্দাহুনা ফাহুনা চাখ্রে ঙা কয়া
কাহুনা হাংখ্রে জিব'কয়া লৈশিল্লক্লে, তুম্‌শিল্লক্লে
কল্লি অমুক্ হায়্‌গনি মীনা পাক্ য়োঁউম্‌জবা
পাক্ল' সমল্ল ঈয়াইদা মী উ'খনি লোংলিবা

কল্ল' চাউক্ল' তিনি ফাওবা খিতুনা হাংলি তাম্ল' তাম্মা
লৈশিল্লক্লে মুংশিল্লক্'লে ; উশিল্লক্লে ঙাখা ঙম্‌হাই
লৈয়ক্লে, ঙাতোন্ ঙাহৌ—'উখিদ্রে থাবক্ ঙানোয়্‌
লৈশিল্লক্লে পেঙ্‌বা থারক্ মুংশিল্লক্লে ঙাচিং ঙম্—
কৈদা লৈখ্রে ঙা রা ঙাতিন্ উরক্লে ঙারেন্ ঙাখি
মীনা তক্‌শিল্লক্‌পনা, নো'মা নোংমা হক্তুরক্লি

থরদি পুংমুং মুংখ্রে দিবা থঙ্‌ড্র' নৈদা লৈখ্রে।
শাগী শারম্ চামনিপান্ ঙাগী ঙারম্ চামনিপান্ শুনা।
হাক্তনা লৈরম্বা মৈতলোক্ ঙসিদি মনিংফাও মুংলক্লে
মুংশিল্লক্লে লৈশিল্লক্লে নিংনরে চুংশা থাঁরে
লৈরিবা খিক্ত'সিক্ল—মুংখি তারবরা ঙম্না ?
শান ঙান-থল্লম্বা মালেম্ ওইরক্লা কংল-লৈকংলা ?

'লিনম্ম লোইদ্রি মীওইবৈং উৎপাং মালেম্‌সিদা—
উন—বান থল্ল-খোর—উমং কয়া কয়া
নাপী শীংবী মোংশোংন-থল্ল--পাখি-কোমথি কয়া
কোক্‌শিল্লক্লে ফুম্‌জিল্লক্'লে ইংখাঙ্‌ হাঙ্‌লে মীওই থুম্ভা।

উ-ৰা নাপী মোংশোংন-থল্ল ৱাংল চীংদোন্ কযা
ককৃথৎ-স্নাস্থৎ মীওইবনা ইহাও, হাওলে মরু বোক্লে।

লেক্-তায, জঙ্গল চীংদোন্ থন্ মখোইগী লৈফম্ শান্দোক্লী
মশীং থীজমদ্রে' মীওই চাবোক্ নোংমা নোংমা কোক্শিল্লক্লী
তুরেল কয়াই হৌরক্ফম্ লোক্-তায, তুংনফম
থল্লক্লে মীনা মীতনা। মখোযগী লৈফম মুন্বীগ্রবা
শা উচেক্ পুম্নমক্ থাওলে চেন্দুনা লোত্তুনা
চানিঙাই থক্লীঙাই লৈত্রবা মাওগ্রে মুৎগ্রে কযা'মা।

মী মীওইবা নত্তনা অহিংবা জিব কনানা
মহৌশা শক্তম কাযহন্দে মালেম্গী মশক্ হোংহন্দে
ঙসিফাও তাদ্রি কবম্বা শানা কৱম্বা উচেক্না
উৰা থুদেক্খি কোক্না চীংদোঙ যাওদোঙ থুগাইখি
তোইনা

পাৎবোম্ ফুন্খি থাক্তনা লোক্ তায মাও হন্খি।
পুন্না হোৎনৈ মখোয়দি মহৌশা ফিভম্ কাযহন্দা'

নাপিগী মপান্ কৈনা তাং কৈগী মপান্ নাপিনা তাং।
মীনা মীতনা; পুন্নমক্ লোইনা তুন্না মাওহল্লি
চীংদোং য়াংদোং থুগাই লম্বী শেম্মী খুন্ শেম্মী
পাৎ কোম্ ফুন্দুনা ফুরা দলান শাজিল্লি
সমত্রু কাও ফুন্দুনা শেম্মী সহর মখোয়গী
মীওইবতনা মাওহল্লি মহৌশা নিয়ম্ কায়হল্লি।

য়েংবীয়ু খোয়ুম্‌ পুম্বা লম্‌চৎ নাইদশিংগী শাজৎ
মালেম্‌গী লৈয়্‌মায়্‌ লৈম্নুং সমুদ্রে ঈমায়্‌ ঈম্নুং
শুল্‌-অতিয়া ফাওতুনা খুৎলাই কয়া কাপ্পুনা
হোংহল্লে ঈশিং মুংশিৎ শাজৎ কাংখোং চাইরে মালেম্‌
মালেমতা নত্ত' সমুদ্র—সমুদ্রতা নত্ত আকাশ ফাও
মখোয়্‌না য়ৌদ-লৈরক্লে, লান্দারক্লে লাইরৈবাক্‌ ফাও
হোৎনরক্লে খুন্দারগে হায়না অহাঙ্‌বদা, থাদা গ্রহদা।

লাইনিংথৌ লাইরেম্মা নয়াথং থৌগল্‌ পাও লৌবীয়ু
হৌখিবা কুম্‌জা খুন্দিন্দা সভা বারেপ্‌ তুংইন্না
খোয়ুম্‌ শিন্বা পিখিবা পাঙ্‌থোক্কবা কয়ানা
নমু পোংনা লম্‌হেন্‌বা মালেম্‌ লুম্বা হেন্‌গৎপা
পাওদম্বীনি সভাদা পাঙ্‌থোক্‌পা কয়ানি
শুম্‌দবনা করিগী—খোয়ুম্‌ মিরেন্‌ তাদবশিং।

মীওইবৈই উৎপাৎ শীংথারক্‌ মিরেন্‌ পাউদম্‌ তাবদা
মুংশুক্‌ মুংজানরিবা খোয়ুম্‌ পুম্বা য়েংতুনা
ময়াই তাঙ্‌বল্‌ ফম্‌লিবী পাম্বা কৈরেল্‌ শাদোংবী
সনা য়াথং লাউরক্‌ই তম্পা বাঙম্‌ পাম্থোইবী।
"ময়াই তাঙ্‌বল্‌ ভাম্থোইবা খোয়ুম্‌ লাইও লাইনিংথৌ
তিন্‌বীরিবা খোয়ুম্‌ পুম্বা না-তাবীয়ু না-চঙ্‌না—।

তাইবং চাংচৎ কায়্‌হন্দা মহৌশা শক্‌ফম্‌ হোংহন্দা

মালেম. মাবু ঙাক্পসি মপুই খুংশেম. লেঙ্.হন্দা
খোইয়ুম. ঐখোই থৌদাংনি মপূনা পীবা শিঙ্গানি ।
খোয়ুম. পূম্বা তা-রিবা মিরেন্ পাউদম.' সিনদি
ত্তাইবং উংপাং মরক্তা মাঙ্.বা তারে মালেম.সে
তাইবং চাংচৎ কায়.বনা মহৌশা শক্ফম. হোংলক্পা

মহৌশা নিয়ম. অত্তাবী মপং মথং কাক্ক.রক্পা
মালেম. শক্ফম. হোংবনা তুম্বা তারে মপুই খুংশেম.
থিংদবা য়াদে মীওইবৈই উংপাং থিংদবা য়াদে ।
মপুই শিন্থা পাঙ্.নবা থৌদাং কয়া তোঙান তোঙান
খোয়ুম. নখোইদা শিন্নখি হৌখিবা কুম.জা সভাদা
পাঙ্.থোক্কনি য়াশক্খিবা খোয়ুম. কয়াই থৌদাং কয়া

কুম.জাসিদা পাঙ্.থোক্খিবা পাউদম্নীনি খ্বাই মাঙ্.দা
ময়াই তাঙ্.বল্ ফম.লিবী ভম্পা য়াঙম. য়াথং তা
তাঙ্.বল্ ফম্বৈ থক্কপী লাইনিংথৌনা কৌরক্পা
মালঙ. হুমোই পাঙ্গন্বা শমু মিরেন তাদবা
শাহুন্ নিফু মাপল্না মালেম.সিবু কোল্লিবা
মাগী শাহুন্ অমনা জিব পূম্বা য়োক্লিবা
মাগী শাহুন অমনা তাইবং পূম্বা মাঙ্.হন্বা

চংনিংবা মনীং তম.লিবা লেপ্পীংবা মথা তম.লিবা
তপ্পা চংলে নামিবা মীওইবনা পাম্.জবা

থুনা চৎলে অকন্‌বা লৈইনা চৎলে নোংলৈ ওই
তেংবান্‌বনা কিনবা মিপাই থরক হুম্ম ওই
কন্‌গে মনীং হুম্‌লিবা শোনগে মথা তম্‌লিবা
কনা থিংবা ঙমদবা মালঙ্‌ হুম্‌ওই লৌথিবা

সভা য়েংনা হঙ্গৎলি পাওদমজরি মাগী থৌদাং
"নোংদম্বগী ময়াথং নোংদম্‌খোলবু কোক্তা থোং
কুম্‌জা কুম্‌ওন্‌ হৌবদা খোয়ুম্‌ সভা অচৌবা
খোয়ুম্‌ লুপ্‌তিন্‌ রারেপ্পা হুমোই থৌদাং লেপখিবা
পাঙ্‌থোক্‌চথ্রে রাত্তুনা মালঙ্‌ হুমোই ঐহাক্‌সু—
নমু পোংগী মথক্তা লৈজরি ঐগী রাকৎসু—

লমন্‌ খুম্‌গে থল্লিবা ঐগী রাশক্‌ থুংদরি
তাবীযু খোয়ুম্‌ পুম্বা অত্যাচার নমু পোংগী—
ইনীং তম্ম ঐহাক্‌সে নোংদম্‌ ব্রহ্মাই বরনা
অত নোঙ ত্রেতা যুগ লঙ্কা নিংথৌ রাবন্তনা
হুংশিৎ ঐবু ফাত্তুনা শীজিন্নখি মনাই ওই—
নোংদম্‌ যাথং নত্তনা হৌজিক্‌ কলি লোইরম্‌দাই

নমু পোং ওইবনা শীজিন্নৈ ঐবু ফ-ত্তুনা
অঙক্‌পা যন্ত্র মপালনা পাইরী ঐঙোন তোংত্তুনা
নম্‌ত্তুনা রাই শীহৎল্লী নম্‌ত্তুনা কাঙ্‌হাই হুম্‌হল্লি
ঙক্ল ঙক্ল খুৎলাইনা ফা-রগা ঐবু নম্‌ত্তুনা

চিংহল্লি মখোই' কাংপোৎ পুহল্লী মখোই' দলাই
'সিগী লমন্ খুমবা ঐগী বাশক্ লৈজরী।

মালঙ্ হুম্মোই লৌথিবা ঐগী পাঙ্গল্ ফ্দোক্লা
শামী লাম্মী পুতুনা শাহুন্ নিফু মাপল্না
মালেম্ থুংনা চত্তুনা নোংলৈ ওইনা ঐহাক্লা
লৈথক্ লৈখা তুন চপ্ লম্‌হেন্ তুহেন্ কয়াগী
থুদেক্লুই মোংবা মরান্‌য়াই লৌরুই য়াইবী মখোইগী
সাগর নিংথৌ লোইননা মাগী ঈথক্-ইপোম্মা

থ্ম্নাংলি য়ুম্‌কৈ মাঙ্‌হল্লি মীওইবা কয়াই থ
অগ্নিদেব মৈবীগা তোয়্‌না তোয়্‌না লান্দারুই
মাঙ্‌হল্লুই জিব কয়া মালেমগী মফম্ কয়াদা
চীংদা তম্‌দা ঈশিংদা-মায়শিংদা লৈতে য়োঁদবা
কুম্‌জা খুদিং লেপ্তুনা মরু ফুক্লা মাঙ্‌হন্‌বা
হুমোই ঐগী থৌদাংনি কুম্‌গী মঙম্ পাঙ্‌থোক্‌পা।

ঐগী শরুক্ বাংখিদে নোংদম্বনা শিন্নবা
জিব মশীং বাত্তনা লাইয়াম্ সভা য়াথং ঙাক্
ঐগী মঙম্ পাঙ্‌থোক্‌চে—ঐগী বাশক্ কায়্‌দরি।
মপু মাগী য়াথং পু নোংদম্বনা শেম্‌লিবা
মশীং বাত্ত মাঙ্‌হল্লি কুম্‌জা খুদীং ঐহাক্লা
সভা য়াথং কায়্‌দনা জিব মশীং হেন্দরি।

ৱাথল্ লাম্বা ফংদরে মিরেন্ মাগী পাউদম্সে—
মমা লক্ষ্মা মরিকুমরী চাগোক্ মশীং ৱাত্তনা
লেঙ.দনা থম্বাময়াথং মালেম্ মপু মহাক্কী
লেঙ.লী-পাল্লি পূম্বগী প্রান্ থৱাই ওইরিবা
অহেন্বৱু লৌথোক্পা অৱাংপবু হাপ.চিন্বা
মপু মাগী থৌশিল্নি খোযুম্ ঐখোই' ঙাক্লিবা

মাঙ.প্রবা অতৈ মহুং শিন্ মীওই মশীং হেন্গৎপা
মপুগী থৌশিল্ ওইগনি নোংদম্বগী থৌরাংনি।"
হুমোই পাউদম্ মখা-তা শম্থরকই ইরৈমা
কোরৌহন্বনা পোক্চবী অহাঙবা অত্যাদা চাউজবী
মালেম্ লৈমনা য়োক্চবী তু-খোং চেন্না শান্নজবী
সমক্রুদা ওংজবী—"ইথংলেন্ মাগা লোয়.ননা

ঐগী থৌঙম্ চিথদে—কুম্গী নোংহৌ অমুক্তা
তাইবং কয়া ঈশ্বর' লাইজ পাক্তক্ মাঙ.হঙ্গৈ
মযুম্ মকৈ থুদেক্লা ফৌগৈ লন্গৈ মাঙ হন্না
অৱা কয়া পীবনি ইথংলেন্ সাগর লোয়ননা
মালঙ. হুমোই পুন্দুনা খোযুম্ খুন্দিন্ ৱারেপ. ঙাক্
ইথৌ ইঙম্ পুন্ননক্ অমা ৱাত্ত পাঙ থোক্লি

মাঙ.থিবা জিবৈই মহুৎশিন্ তাইবং মশীং হেঙ্গৎপা
মপুগী থৌশিল্ ওইগনি' নোংদম্বগী থৌরাংনি।

মথং মথং হায়্রক্ই অগ্নি দেব মৈ-লাইস্থ
"না তাবীয়ু লাইরেম্মা খোইজংবীয়ু খোয়ুম্ পুম্বা
হৈশিংল' তাইবংনা শিজিন্নদ' কনা লৈ
কলি যুগকী লোইরম্দাই খোযুম্ শক্তি কৈদা লৈ—

অদু নোং ত্রেতা যুগতা ব্রহ্মা নোংদসৈই বরনা
লঙ্কা রাবন্ মহাক্না শিজিন্নখি ঐবু ফাহুনা
অহুম্ অহুম্ ওইনমক্ যজ্ঞ-হোম্ তৌহুনা ঐবু
পেলহন্বস্থ কোঙ্গাইনি ; হৌজিক্ কলি লোইরম্দাই
তাইবং মীওই মখোয়্না অঙকৃপা মরৈ মপাম্না
ঐবু অহুম্ শিজিন্নে মখোই' মথৌ তৌহল্লি।

অমুক্স্থ বেদ-মন্ত্রনা অগ্নিদেব ঐহাক্পু
হোম্ তৌনা খুরুম্মী বরস্থ নিরি তক্তনা
তাইবং ভক্তি মমাঙ্দা খোযুম ওইবা ঐখোয়্দি
থাঙ্বা ঙম্বা হৌনদে নোংদম্বনা লেপ্পনি।
অহুম্ অহুম্ ওইনমক্ খোযুম্ খুন্দিন্ বারেপ্ ইন্
হুমোইবগা লোয়্ননা তাইবং কয়া মাঙ্হন্বা

ঐগী মঙম্ পাঙ্থোক্চৈ জিব মশীং রাৎখিদে
মিরেন্ পাউদম্সিনদি নমু তাইবং মশীংদি
নোংমা-নোংমা হেন্গৎলক্ অতৈ চাবোক্ কয়ানা
নোংমা-নোংমা হন্থরক্ মাঙ্খিবা জিবৈ মহুৎ শিন্

তাইবং মশীং হেন্‌গৎপা মপুগী থৌশিল ওইগনি
নোংদম্বন্নী থৌরাংনি মপু মাগী আশানি।

মথং মথং হায়্‌নরকই খোয়ুম্ থৌপু খুদিংনা
শরোই চহুম্ হুক্ফনি ভারোই চহুম্ হুক্ফনি,
তম্বলাই কয়ানি উনং লাইসু য়াওবনি
পুম্না খোঞ্জেল্ অমত্তা সভা য়েংনা পাউদম্‌ই—
"মীওই চাবোক্ উৎপাং শীংথা-ভম্‌দে ঐখোইদি
অমা হাৎলুই অনি লাক্ অনি হাৎলুই মরি থোক্—

অসুম্ অসুম্ হেক্সিল্লক্ লৈফম্ লৈত্রে ঐ.খাইগী
লোইনা হাৎকে হায়রম্ন মপুই য়াথং লৈতেদো;
নম্ন পোং ওইবনা হায়জ চৎচ ইকাইদা
মচেৎ অমা ফৎবদা ফম্বা চল্ল-হিপ্পা-চন্
মথং মথং লৌশিল্লক্ মখোয়্‌না ভন্না মুল্‌হোরে।
হায়দোক্‌থ্র-বা ভাক্লবা খোয়ুম্ ওইবা ঐখোয়দি

নুং' নি লক্তা হা ওই চেন্দুনা খাঙ্‌লে মমৈদা
মখোয়্‌না মুল্‌হোরে মখোয়্‌না অতুম্ লৈহোরে—
কায়্‌দোং লৈত্র' শরোইদি লৈফম্ লৈত্র' ভারোইদি
অসুম্ অসুম্ তাক্লকলে—চীংগোন্ উকোন্ থরদা
ৈথয়্‌ভুনা লৈবা কয়াসু মখোইনা তক্‌শিল্লকপনা
খাঙ্‌ভম্‌দ্রবা কয়াদি অসুম্ অসুম্ তাক্‌থরে।

মপুই থোজাল্ ফংলবা লৌশিং থাওমৈ থাল্লবা
মীওইবদি চাবোক্লী—লৌশিং মাগী মপাল্লা
মীওইবৈই উশিন্ ওইহন্খি শা ঙা কয়া উ ৱা কয়া
হায়্রখ্র ৱা ভাক্লবা য়াথ্রবা থোদাং তৌবদা
ঙা-শা-উচেক্ কয়া উ ৱা নাপীশীংবী কয়া
মাঙ্‌বা তাই শিবা তাই হিংননবা মীওইবা।

মাঙ্‌খিবা জিবৈই মহুৎশিন্ মীওইবৈই মশীং হেন্‌গৎপা
মপুগী থৌশিল্ ওইগনি নোংদম্‌গী থৌরাংনি।
তাইবং মীনা হেন্‌গৎলক্ জিব অতৈ হুম্বরক্‌পা
নমু তাইবং উৎপাৎনা তাইবং চাংচৎ হোংহন্‌বা
উপাল্ ৱাপাল্ তুম্লক্‌পা নারক্ মোংশোং মাঙ্‌হন্‌বা
তু-খোং ফুল্লক্‌পা চীংদো° যাংদোং থুগাইবা

পাংকোম্ ফুল্লক্‌পা তুবেন ঈরেন্ থৈরক্‌পা
মালেম থক্ খা ওল্লক্‌পা খোযুম ফাও শীংনরক্‌পা
অসি পূগা থিংনন্‌বা মপুই থৌশিল করিনো
নোংদম্‌গী করি থৌরাং মালেম লূপ্পা কোক্লবা
লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিনা নোংদম্বদা হুঙ্গৎপিনি
তাইবং চাংচৎ হোংদনবা খোয়ুম্ ইঙন্ হাপ্পীনি।

লাইয়াম্ বাকৎ তারবদা অপাম্বোইবী হায়্‌রকই
"অহ্ নোং যুগ খুদিং মালেম্ বাকৎ তারগা

লাইরেন্ অথোইবা শিদবা পরং ব্রহ্ম নারায়ন্
নমু শাইওন্ লৌতুনা পাপী কয়া মাঙ্‌হনবা
পৃথ্বি লুপ্পা কোক্‌হন্‌বা মপু মাগী থৌশিল্‌নি
নোংদম্বনা তত্তুনা খোয়ুম্ হাকৎ পুবনি।

লাইয়াম্ পুন্দা তাবিয়ু খোয়ুম্ পুম্বা হৌতুনা
নোংদম্ মকা য়ৌরসি খোয়ুম্ ঐখোয়্‌না বাগিবা
মাগী মকাই তম্লুসি—মালেম্ লুপ্পা কোক্লবা
মালেম্ চাংচৎ কায়্‌হন্দ নোংদম্ মাগী থৌরাংসি
খোয়ুম্ ঐখোইদা শিন্নবা পাঙ্‌থোক্‌নবা শীল্লসি
মাগী য়াথং তারগা তৌগদৌ থৌ লেপ্লসি।”

অচৌবা শামু খুনেৎনা নিংয়াম্ পান্‌বা লাইনিংথৌ
থ্বাই মাঙ্ থাতুনা লাংগোই খোংদোইশরক্লে।
পাম্বা কৈরেল শাদোংল থোয়্‌না চৎপী পান্তোইবী
থ্বাই-য়ায় দা চত্তুনা খোঙ্‌শাল্লক্লে বাঙম্‌লোন্
মাগী মাগী বাহন্ তোং থিঙ্গারক্‌লে খোয়ুম্‌পুম্বা
খোঙ্‌দোইনরে য়াংদৌ মম্বী নোংশম্বগী মকাই তম্মা।

পাৎ তুরেন্ ছম্‌তুনা উমং হামং লান্দুনা
লম্‌হাঙ্ তুহাঙ্ ফাওতুনা খোয়ুম্ অশুম্ লাকপনা
তাইবং লম্‌দম্ তুংওইনা—তম্পাক্ লমদম্ হুন্দোক্লম্
ঙম্ম চীংয়াং ছম্লক্লে—লোইবী চীংদোন্ কয়া লাই

মালঙ্‌ লম্‌দম্‌ য়ৌরকৃসে — নোংদোন্‌ লৈবাক্‌ ফাওনা চৎ
লাইরৈবাক্‌ লম্‌দম্‌ মপুংয়াই মেরু চীংদোন্‌ য়ৌরক্লে।

জম্বু, প্লক্ষ, শাল্মল, কুশ, ক্রৌঞ্চ, শাক, পুষ্কর
দ্বিপ্‌ তরেৎকী য়াইদা লৈরি জম্বুদ্বিপ্‌ থোইথোইবা
দ্বিপসিংগীয়াইদা ভাগ্যেইরী স্নজিং মেরু কৌবা
য়ুথক্‌ লিশিং মরিফুমরি রাংই—অতিয়া খেৎনা
রাং-চাউর-স্নজিং লৈখাদা য়ুথক্‌ লিশিংতরাতরুক্‌
চীংখোংদা শন্দোকই য়ুথক্‌ লিশিং তরাতরুক্‌

মেরু চীংথক্‌ অপাকপা য়ুথক্‌ লিশিং কুম্ভানিথোইনি
গিরিরাজ সুমেরু পৃথিবু থম্বাল্‌ লেম্ফুনি।
অরুনোদ, মহাভদ্র, অসিতোদ, মানস
শেংলবা সারোবর মরিনা কোয়্‌না লৈরি মেরুগী
মেরুগী মথক্তা অতিয়াদা লৈরি ঈরং লং
য়ুথক্‌ লিশিং তরামরি পাক্‌-চাওনা শন্দোক্লা

নোংদম্বা বিধি ব্রহ্মাগী কাওরবা ব্রহ্মপুরী
লৈক্ফম্‌নি সিনা নোংদম্বা বিধি মহাকী
স্নজিংগী চীংদোন্দা ব্রহ্মপুরী কোয়্‌শিল্লা
লৈরি কোম্লুং কয়া মায়্‌গৈ ভাকপা লাইশিংগী
পুক্নীং হুনা কজবা লাইরৈবাক্‌ শিদবগী
দেব নৃত্য খোঙ্জেল্‌না পুম্নীন্‌ নিন্‌বা মফম্‌নি

শাম্বরি সিদা ভস্তনা অহিং মুংখিল্ নাইদনা
যক্ষ রক্ষ গন্ধর্ব্ব দৈত্য দানব লোয়ননা
খোয়ুম্ শিদবা কয়াগী লৈফম্বী ধর্ম্ম চেনবশিংগী
পাপিশিংনা য়োঙম্‌দবা মপোক্ কয়া পোক্লনম্
অহিং-মুংখিল্ নাইদে যুগ থায়দে অরা-অনা থংদে
অরাং অপা লৈতে অনিংবা থুংদবা লৈতে।

য়োরক্লে ব্রহ্মলোক্তা মৈত লোকী খোয়ুম্ পুম্বা
যাঙ্গোই শামু খুনেং শা পিশিন্দ্রাইদি য়াপনবা
ফরাংজি ফিবুম্ কুপ্‌লিবা য়াঙ্গোই থক্তা শেম্বাং মহুম্
তাইবোংথক্তা মোম্বেক্ ঙা ফম্লি পাথৌ শীংজং পায বা
লাইগী নিংথৌ সোরারেন্ মমিং লিশিং পাল্লবা
লম্‌ইন্ পেনা ভুংদ ইন্ য়াংগোই চাওবান বাল্লক্লী

চোঙ্ শেক্পীন্ লোয়ননা পে নারেক্পা খান্দুনা
ওইথাং য়েংথাং লোয়ননা লোইয়িন্ শিংনা ইকোয়্ কোই
পেরে শিঙ্গা খোংহুনা ঝান্ মাঙ্গং য়েহুনা
পাম্বা কৈরেন্ শাদোংবী লাইরেম্মদি পাম্বোইবী
য়াংবী ছোরোক্ থক্তুদা চীংন-লেম্না চৎলক্লী
জয়গী ধ্বনি লাওহুনা মনিন্ নাইনা চৎলক্লী

নোংদম্বগী শাইগোন্ ভম্ খোয়ুম্ পুম্বা চৎলিদো
শাগৈ তরেৎ পিবা ভরেৎ মার্জিং কৌব্রু য়াংব্রেন্

কনা মত্তা চিথদ্রে—শারোই ভারোই শুনা য়াওরে
লাঙ্গোই শগোল তোংছনা খুৎলাই শুনা পায়্ছনা
ব্রহ্মা কোম্ভুং লম্বীদা কায়্দ কায়্দ চৎলিদো
মালেম লৈমা য়াকৎপু খোয়ুম্ বিথি ময়ান্ তম্।

নীংথিরবী ব্রহ্ম লোক্ পুক্লীং ছনা ফজৈদা
ফুরা দলান্ কয়ানি সনাগী চেক্পন্ ইকোয়্কোয়
মনি মুক্তা থাম্লিবা ইরং লংনা পুক্লীং হুই
মথক্তগী মঙালনা অহিং মুংথিল নাইদেদো
লৈশুনা থল্ল লৈকোন্ কয়া মরীক্ চুম্ল হৈকোন্ কয়া
থাঙ্গপাৎনা কোয়্রিবা মিংকম্ হোংবা যাদেদো।

নোংদম্ য়াফং ফংছনা মৈত লোকী খোয়ুম্ পুম্বা
চঙ্শিল্লকৃলে পন্দনা ব্রহ্ম পুরী কোম্ভুংদা
হোজং অছু লাপ্পগা য়োৌশিল্লক্লে ব্রহ্মাই সভা
হায়্কম্ থঙ্দ—"পাক্ চাউরবা নোংদম্বগী সভানি
চহি জিশিং চুপ্পা ব্রত ভৌর' উবা ফংবা
লংল' মনিতনা শার' সভানি মিকুপ থুদিং শক্হোংব'॥

সভা লোইশং, খোং য়াওদে লেঙ্দনা লৈরি মতম কুইনা
মাগী মশেক্ মঙাম্না মুমিং থাদৈ হেন্‌বনি
নীংথিরবা সভা লোইশং শাস্থ শাদে ঈংস্থ ঈংদে
ইমুংত-মুঙাই, অবা থঙ্দে অয়াম্ খৌয়াং চোকথ লৈতে।

সিগুবা সভা মুংদা কম্লি খ্বাইগী য়ায়্দা
বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বা জগতসিবু শেমলিবা।

সভাসিদা তিল্লি প্রজাপতি কন্যা দক্ষ প্রচেতা
লৈরি ঋষিন্দ্র মুনিন্দ্র পুম্বা তপ্ কল্লবা
উপাসনা তৌরি লোকপিতা মহ মহাকপু
অচৎ চম্ভ জিব পুম্বা মাগী মাগী মশক্—পু
লৈরি মখোয় পুম্বা, লৌশ লৈথোল্লি মহাকপু
ব্রহ্মাগী ওইদা ভাম্বোইবা জগৎ মাতা গায়্ত্রি।

ভৈরব রাগ যন্ত্র গুর শৈহেক্লা থৌগল্লি সভা
তুম্বরু গন্ধর্ব্ব কিন্নর কিন্নরিশিং লোয়ননা
অহল্ ওইবা নাইদ্রবী মথোক্ কারক্লীবী
স্বর্গগী অপ্সরা, তাল লয়্ চানা জগোই শারি
নোক্নি নোক্নি হরাও তয়াম্ য়েংলি বিধি ব্রহ্মা
কম্তুনা সভা য়াইদা শোম্না শোম্না হরি কোলোই।

ব্রহ্মাগী সভা য়ৌরবদা মৈত লোক্তী খোয়ুম্ পুম্বা।
কুম্থরে মাই মাই শাদোংদৈই, চঙকলে সভা য়াইদা
খুরুম্ লৈয়্পায়্নতুনা বিধি ব্রহ্মা পুনেম্লে।
খোয়্রুম্ মোমোন্ নোংদম্বা খোয়ুম্ পুম্বা তরাম্ কৌ
"লাও লাও খোয়ুম্ পুম্বা কম্কম্লাংদা কল্লোরাও—"
অতিং সেবা তৌরগা নোংদম্বনা হংলকই—

"মৈত লোক্কী করি ল্লাথোক্ মরিক্ চুয়া তম্মু, ঙোন্দা ;
লাইনিংথৌ সরায়েন্-লৈমবেন্ লুচীং পাম্বোইবী
খোয়ুম্ পুম্বা হৌদুনা ঐগী ইকাই লাকপদি
কক্রি ল্লারম্ অকবা চিখদনা তম্মুদা—"
নোংদম য়াথং ফংবদা লাইগী নিংথৌ সোরারেন্
নোংদম্ য়েংনা হঙ্গচৈ খুকুউ লৈয়্দা তাদুনা—

"তাবিয়ু হে নোংদম্বা—নমু পোংগী উৎপাৎনা
ঙ ইবং চাংচৎ কায্বনা মৈতলোক্সে মাঙ্বা তারে
নোংমা নোংমা হেন্গৎপা তাইবং চাবোক্ বম্লানা
হুম্মুম্ অম্মুম্ তক্থোরক্ খোযুম লৈকম্ লৈরক্রে,
নোংদম্ থৌজাল্ ফংলবা পায়্মা লৌশিং লৈরবা
তাইবং চাবোক্শিংসিনা খোয়ুম্ লাম্বা থিংলক্রে।

খুৎলাই মথল লথানি তাইবং চাংচৎ থুগাইরি
খোয়ুম্ কযা ফাদুনা তাইবং মীনা শীজিনৈ
লম্চৎ নাইদ তাইবংনি মথোঙ্ হুক্ক' হেঙ্গৎলক্
মালেম্ থ্রক্ থ্রক্ হাইবক্লে মালেম্ লুম্বা পুঙমদ্রে
মালেম্ য়াকৎ তাঙম্দা নোংদম্ থৌজাল্ কুবিয়ু
তাইবং চাংচৎ মাঙদবা নোংদম্ থৌশিল্ লেপ্পীয়ু।"

লৈমরেল্ লুচীং পাম্বোইবী নোংদম্ য়েংনা হঙ্গৎলি
"তাবিয়ু হেপিতামহ—লম্চৎ নাইদ নমু পোং

হিংচা-য়াইতম্ তাইবংনা খোয়ুম্ ঐখোইবু শীংনবা
নশু ঐদি য়ানিংদে; নঙ্গী বরনা ময়াই কারে
খোয়ুম্ গতি লৈহন্দ্রে; তাইবং চাংচৎ থম্নবা
হিংচা য়াইতম মাঙ্হন্‌বা খোয়ুম্ থৌনা হাপ্পিয়ু।"

মৈত্রবাক্কী খোয়ুম্ পূম্বা থুক্‌উ লৈইদা তাহুনা
খোঙ্গেল্ 'মত্তা ওইহুনা পুল্লপ পূম্না হঙ্গৎলি—
"তাবীয়ু ইবুধৌ নোংদম্বা নশু ঐখোয়্‌না বারিবা
হৌন-লোন্‌চৎ খঙ্দ্রবা হিংচা-য়াইতম্ তাইবংনা
ধর্ম্ম নিয়ম্ থুগাইরে চৎনবী কয়া মাঙ্হল্লে
ইবাৎ চবান্ তৌরক্লে, খোয়ুম্ অচারম্ কক্‌থৎনা

ইরাৎ থৌনি থৌওইদ্রে খোয়ুম্ পুক্‌চাক্ কক্‌থৎলে;
অসিদগী হেন্দুনা খোয়ুম্ ঐখোই লৈফম্ ফাও
নমহুনা মুল্লে মখোয়্‌না—অসুম্ অসুম্ তক্‌খোল্লক্
ঐখোই লৈফম্ লৈরক্লে, লৈকু লৈরাই মুৎলক্‌লে;
লাম্বা ভোগে হায়্‌বসু অঙক্‌পা থুৎলাই মপান্না
মনাক্ নক্‌উ ডম্‌দবে তাইবং লাম্বা ওইখোক্লে

শীংদ শীংনরুরসু লৌশিং লৈবা তাইবংনা
নঙ্গী বর ফংলবা খোয়ুম্ নাওথেম্‌নহুনা
ইরাই লাইনা থৈদোক্‌খ্রে; নোংদম্বনা শিন্নবা
থৌদাং পূম্বা পাংথোক্‌পা খোয়ুম মঙম্ ছান্দরে—

মাঙ্‌খিবা জিবৈই মহুৎশিন্‌ মীওইবৈই মশীং হেন্‌গৎপা
মপু মাগী থৌশিল্লা নোংদম্বগী থৌরাংলা—?

নোংদম্‌ য়াথং তাক্‌পীযু তাইবং চাংচৎ থম্নবা
খোযুম্‌ ইঙম্‌ পাঙ্‌নবা থৌরম্‌ অহু কম্‌দোনা
মালেম্‌ লুম্বা কোক্লবা ধর্ম্মে নিয়ম্‌ থম্নবা
য়াথংবীযু ঐখোইদা থৌশিন্‌বীযু নোংদম্বা।"
মৈতলোক্কী খোযুম্‌শিং অৱা-পাউদম্‌ তারবা
পিতা-মহ ব্রহ্মানা খোযুম্‌ পুম্বা যেংহুনা—

নোংদম্‌ য়াথং পীরক্‌ই তপ্পা তপ্পা চীং-লেম্না
"মীগা লাইগা লাম্থিনবা নত্তে হৌন-শাজৎ খোযুম্‌গী
মীনা ঙম্‌লে যজদে লাইনা ঙম্‌লে লেম্‌জদে
মীওইবনা ইরাৎনবা খোইযুম্‌ ওইবা ঐখোইদি
তাইবং মত্তেং পাংহুনা ফত্ত' মাঙ্‌হন্‌ থৌদাংনি।
মীরক্তা হিংচা-য়াইতম্‌ নোংদম্‌ থৌশিল্‌ য়েংলিবা

মখোইতনি য়েক্লবা লাইতগী নত্তে মীগীস্থ।
মীরক্তা লৌশিং তাবা তাইবং চাংচৎ মাঙ্‌হম্লিংদ
লাইগী মরুপ্‌ চান্নবা লৈরি মশীং বাত্তনা
হিংচা য়াইতম্‌ মাঙ্‌হন্‌বা খোযুম্‌ ঐখোই থৌদাংনি
মালেম্‌ লুম্বা কোক্লবা মরু ওইবা উপাইনি,
তাইবং শেম্লক্‌ৈভদগী লৈরক্লবা থৌদাংনি।

করি করম. তৌরগা থৌরম. অসি পাঙ.খোক্‌পা
মালেম. লুম্বা কোরুবা হিংচা য়াইতম. মাঙ.হন্নবা
মাঙ.হন্‌ থোদাং পুরিবা শিব শঙ্কর মকাইদা
কৈলাস তম্না চৎলসি হংলুসি ঐখোই পুম্বা।"
রাবম. অসি হায়.রগা পিতামহ ব্রহ্মানা
থ্বাই মাঙ. থাহ্নুনা খোঙ.দোইশরে খোয়ুম. পুম্বা।

মেরুগীদি অয়াংদা ব্রহ্মলোকী মথক্তা
লৈরিদো শিবলোক্‌ মানস সরোবর মনাক্তা
কৈলাস চীংজাও থক্‌সিদা থোইনা হেন্না নীংথিবা
অহাঙ.বদা অত্যাদনি শিব লোক্‌না লৈরিবা
অয়াংদনা বৈকুণ্ঠপুরী ; ধ্রুব লোক্তা মথাদা
লৈরি গৌরি লোক্‌ ওইরোম. থংবা নাকন্দা।

নীংথিরবা শিবলোক্‌ থম্মোই পুক্নীং শুম্নাৎপা
পুক্নীংতনা য়োঙম্বা তাঙ.লফম.নি ফজবা
মফম.সিদা লৈরিবা যোগীন্দ্র মুনিন্দ্র কয়ানা
জটাপুর, সিদ্ধ কয়া যোগী ঋসি কয়া কয়ানা
ধ্যান্‌ তৌরি লেপ্তুনা থুরুম.জরি মহাদেব
শিব-নাম্না ইনিন্‌ নিন্‌ "বম.বম." খোঞ্জেল্‌গা।

কল্প বৃক্ষ চামা চামা শিবলোক্তা হৌরিবা
নীংথা ওম.দে কনানা য়েংবদা পুক্নীং হুরীবা

অশাৎপা লৈরাং কযাদা খোইমুনা ঙংলি গুন গুন্
উগী উশা কয়া তোং খোংলি কোকিল পুক্লীং হুনা
মশীং লাক্ঙম্দ লৈরাং লক্ স্বর্গেই পাবিজ< লৈরাংনা
হেন্‌গৎহল্লি যজবা শিবলোব্‌সে অখোইবা।

মশীং থীঙম্দ' যনবী যল্লাও কোয়্রি চংলি শম্বরী
নীংথিনা লৈতেংলবী মমোন্ নোক্পী মুক্তা কযা
চঙ্খোল্লবা অঙাং কযা হুবাও-তযাম্ থল্লবা
জগোই শারি ঈশৈ শক্লি শান্নরি পোযনা। চেন্না
মনি রত্ন পরেংগুম্ পুক্লীং হুব' লম্বী লদীং
কয়া মতীক্ যজবা কনানা শীংথা ঙম্গনি।

লম্বীগী নাবল অনিদা হৌরি উগী উৎল কযা
যেংখি যেংখি মাইকৈদা ফুবা দলান্ কযানি
যক্ষ লখা কোটি যুম্, ঋষি মুনি আশ্রম্ কযা
মন্দাকিনী তোর্ব্বান্দা কৈলাস নগব ফজরি
নগবসিগী মমুংদা মুঙোগী দলান্ শিবৈই সঙ্গাই
হায্নিঙাই লৈত ফজবি যেংলু পুক্লীং শুম্বৎলি।

কাংঙ শাদোংনবিবা বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বা
থোযুম্শিংগ্যা লোয্ননা যৌরক্লে কৈলাস নগব।
মন্দাকিনী তোর্ব্বান্দা অক্ষযবটকী মখোঙ্দা
শিবানী শক্ক লিক্লাং থোন্ কৈগী মউন্ শেৎলবা

খুত্তা ত্রিশুল পায়্.রিবা শিব শঙ্কর মহাদেব
উরকৃলে ব্রহ্মানা খোয়ুম্শিংগা লোয়্.ননা।

মিৎ অহুম্ পাল্লবা পুক্লীং হুরাও তয়াম্না
অপ্সরা শিংগী জগোই য়েংলি থবাই তানা
সিদ্ধ যোগীনা সেবা তৌ তা-রি গন্ধর্ব্বে ঈশৈ
শিবগী নাক্তা ফম্লি দেবী হৈমবতী।
য়েৌরক্লে মফম্তুদা বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বা
খোয়ুম্শিংগা লোয়্.ননা তৌরকৃলে শিব স্তুতি।

খোয়ুম্ ব্রহ্মা উবদা ইঙক্ ঙকৃলে মহাদেব
ফম্ফম্দগী হৌগৎনা তারাম্ তারাম্ কৌহুনা
ফম্ফম্লাংদা ফম্হল্লে অতিৎ সেবা পাঙ্.থোক্লে।
প্রজাপতি ব্রহ্মানা শিব-পার্ব্বতীদা
বারম্ পুম্বা হঙ্গৎলে মালেম্না বাবা পাউদম্লে।
বারম্ পুম্বা খঙ্.লবা শিব-দুর্গা অনিনা

খোয়ুম্ পুম্বা য়েংতুনা য়াথং পাউমেন্ পীরকৃই—
"তারো হে খোয়ুম্ পুম্বা তারো নঙ্.সু মালেম্ লৈমা
লোইনা খঙ্.লে নখোইগী অবাবগী বারম্ পুম্বা
অরা-পুম্বা কোক্লবা উপাই তৌনি ঐখোইনা
চিংননিঙাই লৈতবে হল্লো হল্লো খোয়ুম্ পুম্বা
নয়ুম লৈবাক মৈতলোক নিঙাইদনা নরান্ য়াইদা।

ৱায়ম্ অসি হায়্তুনা বিদাইনরে খোয়ুমপুম্বা
মৈত্রবাক্কী খোযুম্ পূম্বা হন্থরে মৈতলোক্তা।
সিগী মতুং তাবদা শিব শঙ্কর মহাদেব
বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বা লাইনিংথৌ ইন্দ্র সোরারেন্
হৈমবতী পান্থোইবী লোযননা ধর্ম্ম কৌবা লাই
খোঙ্দোই হুলে থিন্দনা ক্ষির সমুদ্রেই অরাংদা।
খোয়ুম্ পূম্বা পূন্দুনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা
থরাই হকচাং পূলপ্ পূন্ পূক্নাং অনি লোঙদনা
পূম্নমক্কী থরাই ওইবা জগতকী মশক্ ওহরিবা
শ্রীহরি মহাক্তা যুগ খুদাং তৌগুম্না
ধর্ম্ম ঙাক্নবৈ দমক্তা তাইবং চাংচৎ থম্লবা
মালেম্ লৈইদ কুম্নবা হরিগী স্তব তৌবকলে

"হে ভগবন্! জগত্ পূম্বগী মবুঙো!
বেদনা খঙবা য়োঁঙম্দবা হে অথোইবা
অখম্বা-খম্দবা অনিনা নঙগী শক্লাইবা শক্লাংদবা শক্তম্
ওইবা
হে পূম্নমক্পু খঙলিবা খোঞ্জেলগী তৌবক্ফম্ ব্রহ্ম
হে অপিকপা হে অচৌবা হে পূম্নমকপু ওইরিবা
নঙনি নহাক্নী ঋক্ সাম যজু অথর্ব্ব।
নহাক্নী শিক্ষা কল্প নিরুক্ত ছন্দ জ্যোতিষ।

N. B শ্রীহরিগী স্তব বিষ্ণু পুরানদগীনি

নহাক্কী ইতিহাস পুরান্ ব্যাকরন্ মীংমাংসা ন্যায় তত্ব
ধর্ম্ম শাস্ত্র

জিবাত্মাসু নঙ্.নি পরমাত্মাসু নঙ্.নি
অউবা হক্চাং উদবা হক্চাং পূ.ম্নমক্কী
হায়্.ডম্ খঙ্.ঙম্দ্রবা মরম্নি নঙ্.না।
মাখল্গী হৌরক্ফম্ অন্তরাত্মা পরমাত্মা মশক্ তাক্লিবা

বেদান্তগী মাবম্ পূ.ম্বা নঙোন্দগী মক্তুনি।
নঙ্.সি খঙ্.ঙম্দবনি মাখল্গী মাংমদনি।
হে উঙম্দবা, মিংনাইদবা, শাগৈ জাৎ লৈতবা
নখোং নখুৎ পান্দবা, হে তশেংনা লেঙ্.দবা
ঙম্খৈ লৈতবা। নঙ্.দি পূ.ম্নমক্কুগী তোপ্.তোপ্পনি
হে খঙ্.ঙম্দবা। নঙ্.নি নাকোং পান্দ্রবসু তা-ঙম্বা

মিৎ পান্দ্রবসু উ-ঙম্বা খোঙ্. পান্দ্রবসু চৎ-ঙম্বা
খুৎ-পান্দ্রবসু পায়্.-ঙম্বা অমত্তা ওইবা নঙ্.না
ময়াম্ ওইনা মবৈবা নঙ্.নদি পূ.ম্নমক্পু খঙ্.লিবা
নঙ্.বুদি পূ.ম্নমক্কা খঙ্.ঙম্.দবা হে লেঙ্.দবা!
পুক্তপ্পা মীগী বুদ্ধিনা নঙ্.গী খোইম-শক্তম. নত্তনা
অতৈ অমা খন্দবা—মরম. অত্নমক্তুনা

পাক্চাওরবা পুম্নমক্কুগী হেন্না পাক্চাউরবা
নঙ্.গী উঙম্.দবা হায়্.বা শক্তম্.তুবু উজরবা

অহুগুম্বা মীহুগী অপঙ.বা থঙ.দবা মাঙ.হন্‌বীবা
হে উওম.দবা ! নঙ.দি জগত. পু.ম্বৈই তুংনফন.নি
নঙ.না স্বর্গ মর্ত্ত পাটাল্ মরোল পু.ম্বা ভাকৃপীবনি
হৌগ্রবা ওইরকদবা পু.ম্বা নঙোন্দগী থোকৃপনি।

জগত.কী থৌরম. পু.ম্বৈই মরম্‌নি নঙ.না।
হে অপিকৃপা পু.ম্নমক্তেই হেন্না পিক্লবা
নংসে প্রকৃতিদৈই তোঙানবা অমত্তা ভায.বা পুরুষনি
নহাক্লা মৈগী মৈথল্ মরিপী শক্তম. লৌহুনা
পীরি জগত.সিগী মঙাল অমদি ঐশ্বর্য্য
হে অরোইবা লৈত্রবা শক্তম. ওইবা।

মায়.গৈ মরিমক্তা নঙ.গী নমিৎ লৈবনি।
হে শেন্থী শাবীবা মবুঙো থৌজাল হৈবা
নঙ.না শক্তি অহুম.গী শক্তম. লৌহুনা
নঙ.গী নখোঙ. অহুম.না স্বর্গ মর্ত্ত পাটাল
লোক্ মরোল্ অহুম্মক্ থম লিবনি লেঙ.দনা
হে ইবুংঙো। নঙ.না পীক্ল মৈরিক্ ওইনা চাকৃপগুম্
মওং কয়াদা

ওইরমু নহাক্লা শক্তম. অমা মফম. পু.ম্বা শীন্থুংনা লৈবা
লৌবিরী লোইনাইদ্রবা শকৃলোন্ ওম.থৈ লৈতবা।
নহাক্তনা খু.াইদগী অথোইবা লান্নফম.নি

মহৈ হৈবা মীনা উজৈ নঙ্‌বু জ্ঞান্‌গী মিংনা
নহাক্ নত্তনা অতৈ কৈস্ম লৈতে হে পৰমাত্মন্।
জগৎসিদা—হৌগ্রবা লাকদবা পূম্বা নঙোন্নতা লৈবনি।

অউবা অমদি উদবা শক্তম্ পূম্বা নহাক্নী
পুল্লপ. পূন্‌বা অমদি অমত্তা ঙায়্‌বা শক্তম্স্থ নঙ্‌নি
পূম্নমক্‌পু থঙ্‌বা পূম্নমক্‌পু উবা নহাক্নী
ভূত পূম্বা পুল্লবা শক্তি পূম্বা তিল্লবা নঙ্‌নি।
জ্ঞান্ পূম্বা পাঙ্গল পূম্বা ঐশ্বর্য পূম্বা নঙ্‌নি
হন্নবা লৈতে হেন্‌গৎপা লৈতে নহাক্তি।

নহাক্তী মনীং তম্ননি হৌফম্ পোক্‌ফম্ লৈতবনি
অনাদিনি—ইন্দ্রি-পূম্বা জয় তৌববা।
নঙ্‌দি—নোম্বা—অতন্‌বা অকিবা অশাওবা
অমদি অপাম্বা পূম্বদৈই নাম্ভোল্লবনি ;
নঙ্‌দি অতোপ্পৈই মফম্‌দা অশেংবা উপকারিনি
মপান্ নাইদবা অখোইবা ঈশ্বরনি।

অতোপ্পৈই মফম্‌দা আশ্রয় লৌরিবা হে পূম্নমক্নী মপু
নহাক্তি মঙাল্‌নি পূম্নমক্নী মাঙ্‌নাইদ্রবা প্রকাশক্‌নি
নহাক্তি কুপ.শিল্লিবা খুম্‌জিল্লিবা প.ম্বৈ মপান্দা লৈবনি
নঙ্‌গী চঙ্‌ফম্-লৈফম্ লৈতবা হে নিরালম্ব !

পূন্নমক্পু শেন্নীরিবা মহাভুতি পূম্বৈ তুংনকম্
হে পুরুষোত্তম্! নঙবু ঐখোইনা খুকম্জরি।

মপান্ নাইত্রবা আকাশস্তু নহাক্নী
অহো অরোই লৈতবা মতম্স্তু নঙনি
মরম্ লৈতবদা অমদি মরম্ লৈরবদা
অমদি মরম লৈবা লৈতবা থিদনা
ওইবীযু নহাক্না হক্চাং পূবা শক্তম
খুকম্জবি পীনবীযু নহাক্পু উজবা।"

জগত পূম্বগী মশক্ পুরবা বিশ্বরূপ
পোক্নাইদবা ভগবান্ শ্রীহরিনা
পেল্লহুনা ব্রহ্মাই স্তব লৈশিলৈথোন্ তাবদা
লেঙথোরকলে ক্ষিব সমুদ্র য়াযদগী
মঙালগী মপোগা লোয়ননা চাউর শক্তম্ পুরহুনা
হাযবক্ই ব্রহ্মা য়েংনা চীং লেম্ন লুম্ন খোঞ্জেন্না।

"হাযযু হে বিরিঞ্চি—ব্রহ্মা নোংদম্বা নহাক্না
লাই পূম্বগা লোইননা করিগীদমক্ লাক্লিবা
হাযরো নথোই পূম্না ঐঙোন্দৈই করি পাম্লিবা
থাজে। শোযদনা ফংলে হাযনা নখোইগী অপাম্বা।"
ভগবানগী হাযযম্ তম্যম্ খঙদ্রবা য়েংঙম্দবা
বাটপ্রুকয বিশ্বরূপ শক্তম্ উবদা—

কিবনা নীক্লবা লাই পৃম্বা খাঙ্‌লি লু লুকৃথ-লুকৃথ
বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বা শিব শঙ্কর লোয়্‌ননা
স্তব তৌনা লৈশি-লৈথোন্‌জৈ—হন্না হন্না—
"হে শক্তম্ লিশিং লিশিং পুবা খুৎ লিশিংলিশিংপানবা
মশীং থীঙম্‌দবা—মাযথোং পান্‌বা খোঙ্‌য়াম্ পানবা
নঙ্‌বু ভক্তি তৌনা খুরুম্‌জরী ঐখোয়্‌না।

হে জগত্‌ শেম্ন' য়োক্লিবা অমুক্‌সু মাঙ্‌হল্লিবা
হে হায়্‌ফম্ খঙ্‌দবা নঙবু ঐখোযনা খুরুম্‌জরী;
পিক্‌পদগীসু খ্বাইদৈ হেন্না পীক্‌পা খ্বাইদৈসু হেন্না চাউং,
ইকাই খুম্নফম্ লক্তা খ্বাইদৈ হেন্না ইকাইখুম্নবিবা
প্রকৃতি বুদ্ধি অহঙ্কারগী তৌফম্ আদিপুরুষ থোইরবা
হে ভগবন্ নঙ্‌না চান্‌বীয়ু থৌজান্‌বীয়ু।

তাবীয়ু অথোইবা! নঙ্‌না খঙ্‌দবব্ লৈবরা?
মালেম্ পৃথিবী থক্তুদা মীওই লক্তা হিংচা য়াইতম
নোংমা নোংমা হেন্‌গৎলক্ মখোই উৎপাৎনা তেঙ্‌ঙিল্লক্
খোযুম পৃম্বা খাঙ্‌ঙম্‌দ্রে তাইবং চাংচৎ থুগাইরে
ধর্ম্ম লিচৎ কায়্‌হন্না মালেম থ্রুক থ্রুক নিক্‌হল্লে।
পৃথিবী লুম্বা পুঙম্‌দ' মালেম্‌ লৈমা তেংথারে

মৈতলোক্তী খোযুম্‌ পৃম্বা নোংদম্‌ ইকাই খাকৎপা
শিব-শঙ্কর মহাদেব খোয়ুম্‌ মাতাম্নজবা।

মালেম্‌ লুম্বা কোক্লবা হিংচা-য়াইতম্‌ মাঙ্‌হল্লা
জগত্‌কী 'মত্তা ঙায়্‌রবা চঙ্‌জফম্‌ লাক্‌চরী নঙ্‌গী
নকাদা

হে মপান্‌ নাইদবা শক্তীগী মপু ওইবা অথোইবা
তাক্‌পীয়ু নয়াথং ঐখোইনা করি তৌদোবঃ।

ধর্ম্ম লিচৎ কায়হল্লা যাগ যজ্ঞ তোক্‌খিবা
ইরাং থৌনি থৌওইদ ইরাং চবান্‌ লেপ্‌খিবা
খোয়ুম্‌ পুক্‌চাক্‌ কক্‌পনে ; অঙক্‌পা খুংলাই মপাল্লা
শিজিল্লবা খোয়ুম্‌ কয়া ফা—শদৌ থোংলে খোয়ুম্‌ পুম্বা
লোক্‌ তায়্‌ হাঙ্‌দনা তাইবঙ্‌ মীনা থল্লক্‌পা
লৈতরে খোয়ুম্‌ লৈফম্‌ ঙম্‌দরে তাইবঙ লাম্বা—।

মীওইবনা তক্‌থোক্লক্‌ জিব অতৈ মুংলক্‌লে
মাঙ্‌খিবা জিবৈই মহুৎশিন্‌ তাইবঙ্‌ চাবোক্‌ হেন্‌গৎপা
লাই মরু নহাক্লা শীন্‌বা থৌশিল্‌ ওইবরা ?
হিংচা-য়াইতম্‌ মাঙ্‌হল্লা'—পৃথিবী লুম্বা কোক্লবা
থৌজাল্‌ য়াথং পীবীয়ু—খোয়ুম্‌ থৌঙম্‌ কম্নিনো
নঙ্‌গী য়াথং ঙাক্লবা লৈজরি ঐখোয়্‌ পুম্বা।"

ভগবান্‌ শ্রীহরিবু স্তব তৌজরবদা লাইয়াল্লা
শক্তি পুম্বৈই মপু ওইবা ভগবান্‌ শ্রীহরিনা
হায়্‌রক্‌ই লাইয়াম্‌' য়েংনা অকি পম্বা কোক্‌হল্লা—

"বাকুরমু লাইয়াম্ পূম্বা পৃথি, লুম্বা কোক্লবা
কূম্ননি ঐসু মালেমদা শায়োল্লনি মীওইপোক্তা
নখোইসু কূনলো মালেমদা শায়োল্লুয়ো মীওইপোক্তা।

মশীং থীঙমদ্র' হিংচা য়াইতম মালেমদা লৈবা
লাম্ছেংনক্ল মখোইগা অকন্বা লানফম্ কয়াদা
মতুদা ঐনা হাংকনি মশীং থীঙম্দ্র হিংচা য়াইতম্
ঐগী লেপথ্রবা থৌরাং খঙ.বনি নখোইনা হেন্না
ধর্ম্ম মরায়. চায়.থরক্ খুদীং ধর্ম্ম ঙাক্লবৈই মক্তা
যুগ. যুগ. খুদীং শাইওনবা কাওরবরা নখোই পূম্বা।

অতুনোং দ্বাপুর যুগ.তা ঐগী কৃষ্ণ শায়োন্দা
কংস কেশী প্রলম্ব ধেনুক্ মুর নবক্ বান শাল্ব
হিংচা য়াইতম্ কয়া দত্য কয়া দানব কয়া
মাঙ.হন্বতা নত্তনা মহাভারত লাঞ্জাও শীন্দুনা
ভারত মুংদা লৈরম্বা হিংচা-য়াইতম্ নমু পোং
ত্তাক্ল-তুম্ন মাঙ.হন্বা নখোই লোইনা য়াওবনি।

সত্য ত্রেতা যুগতসু ঐনা বরাহ নরশিং বামন
পরশুরাম রাম শাইওল্লৌ ঐনা তুম্না মাঙ.হনখি
অসুর হিরনখ্য হিরন্যকশিপু বলি কৃতবীর্য'জুন্
রাবন্ কুম্ভকর্ন দত্য কয়া দানব কয়া

মখোইগী খোঙ্লোই য়াওনা কোক্হন্খি মালেম্লূম্বা
মতুদসু য়াওখি নখোই পুম্বা পাঙ্খি নখোইগী থৌওম

তাইবং লক্কা শায়োল্লা 'হিংচা য়াইতম্ মাঙ্হন্বা
মালেম্ লূম্বা কোক্লবা শীন্বা তাই ঐখোইনা।
য়ারগনু খোযুম্ পুম্বা ঐগী তাইবং লিল্লাদা
নখোই পুম্বা য়াওনবা শাযোল্লো মীওই পোক্কা
মীওই-লক্কা হিংচা য়াইতম্ মখোইবু তুম্না মাঙ হন্বা
ঐগী তৌফম্ থোক্পনি মালেম্ লুম্বা কোক্লবা।

পীথোক্খ্র' বয় মপান্না কা হেল্লবা মীওইবা
মখোইবু লাক্কে থল্লবা মখোই লক্কা য়াওতুনা
অফববু য়োকখৎপা ফত্তববু মাঙ্হন্নবা
ভেদ নিটি পুশিন্দুনা অপূন্বা শক্তি মাঙ্লবা
মীওই-চাবোক্ অপুম্বা মখোই মশেল্ যেংথিনরক্
মহৈ মহৈ হাৎনগনি হিংচা যাইতম্ তুম্গনি।

মতুতদা ঙমগনি মালেম্ লুম্বা কোক্হন্বা
মতুতদা ওইগনি তাইবং চাংচৎ লেঙ্দবা।
মালেম্সিদা কুইরবা নখোই পুম্বা খঙ্উদো
ঐগী কৃষ্ণ শাযোন্দা ধৰ্ম্ম ঙাক্লবৈই দমক্তা
মহাভারত লান্ফম্ শীন্ কুরু পাণ্ডব মচিন্-মনাও
মখোই মশেল্ লাম্থিনহন্ মীওই চাবোক্ তাক্ল-হাৎ

মালেম্ ল্‌ম্বা কোক্‌হন্‌খি। ধর্ম্ম থৌওইরক্কবা
ঐগী যাদব শাগেস্সু কৃষ্ণ ঐগী ইচা ইশু
লাক্‌ঙম্ ফাঙমদ্র যাদবশিং প্রভাস তির্থ মপান্দা
মহৈ মহৈ হাৎনহন্ ঐনা লোইনা মাঙ্‌হন্‌খি
তাইবং চাংচৎ কায়্‌হন্দ—পৃথ্বি ল্‌ম্বা কোক্‌হন্‌খি।
ধর্ম্মনা মরাই চাইথরক্'তম ধর্ম্ম ভাক্লবৈই মক্তা

যুগ খুদিং শাইওন্‌বা তোক্‌পা লৈতে ঐহাক্না।
কলিগী অরোই মতমসিদা পৃথ্বি লাঞ্জাও থোক্‌হন্ থোক্‌হন্
হিংচা-য়াইতম নাঙহন্‌বা তোক্‌পা লৈতে ঐহাক্না
মালেম্ মচি মচিদা হৌজিক্‌সু লেপ্পে মাঙ্‌হন্‌বা
লম্‌হেন্ তুহেন হিংচা কযা তাইবং চাংচৎ থম্নবা
বারগম্ন খোয়ুম্ পুম্বা শায়োল্লুরো মীওই পোক্তা।

'সিস্সু ভাখো খোয়ুম্ পুম্বা খঙ্‌লিবনি নখোই পুম্বা
মানা মানা তৌজবা কর্ম্মে মহৈয় ফংজবা
লাই মক ঐহাক্কী লেঙ্‌ফদ্রবা নোংদম্‌নি
নাপন্ তৌবা কয়াগী নাপন্ পুম্বা মাঙ্‌হন্‌বা
ঐগী থৌরম্ ওইবনা মী লাই থিদনা
ময়াই-নাপল্ অপুম্বা মাঙ্‌হল্লি অমা খাক্তনা।

অতুনোং বিরিঞ্চি ব্রহ্মা মেহিনীগী হাক্তক্তা
নঙ্‌না নাপল্ তৌখিদো "হরিনা করি হেল্লিবা

মঙোন্দা করম্ নোঙ্গবা—জগত ব্রহ্মাণ্ড শেম্লিবা
পূম্নমক্কী বিধাতা বিরিঞ্চিদি ব্রহ্মানি—
ব্রহ্মাণ্ডবু য়োক্লিবা শ্রীহরি বিষ্ণুদা
কবম্না ইকোক্ নোন্গবা।" মমায় মরিতা পাল্লবা

ব্রহ্মাণ্ড অমত্তা পুবিবা নঙ্গী নাপল্ য়েথেক্পা
ঐগী থৌরম্ ওইবনা নঙ্না ইনাক্তা লৈরিঙৈ
ব্রহ্মাণ্ড কয়া কয়াদগী বিবি ব্রহ্মা কয়া কয়া
মমায় নিপাল পাললবা মমায় তরা, চামা পাল্লবা
লিশিং লক্ষা পাল্লবা ব্রহ্মাণ্ড অমমম পুবিবা
লাক্খি ঐগী নাক্তা লৈশি লৈথোন্ খুরুমজরৈ ঐবু।

উরুবদা মখোই খিবিক্ খঙ্খিদো বিরিঞ্চি নঙ্না
হরি ঐগা মান্নবা লৈতে অমা জগতসিদা
মশীং লাকঙম্দ্রবা ব্রহ্মাণ্ড কয়া লৈরি ঐগী তুখোং খুদীং
মতুদা লৈবি ব্রহ্মা কয়া নঙোন্দগী হেল্লবা
খঙখি নঙ্না পূম্নমক্সে হরিতনা শেম্বনি
নাপল পূম্বা মাঙতুনা হন্খিবদো নংগী ব্রহ্মাণ্ডদা।

শঙ্করশিব মহাদেব জগত মাঙহন্ থৌপুবা
ঈশ্বরমক্নি মশামক্ খল্লুবতদা নাপল্ তৌনা
অখাক্ লৈত বর পিরে বৃক্ কৌবা হিংচাবদা
"মখুৎনা কোক্তা নান্বদা উৎ ওইনা তুম্জবা

শঙ্কর কোক্তা নাল্লগে বুক্‌না তাল্লকূলবদা
শিবতারকূলবদা চঙ্‌জতুনা ঐঙোন্দা

বৃক্‌পু ঐনা মাঙ্‌হন্‌খি শঙ্কর নাপন্ মাঙ্‌হন্‌খি।
নাপন্ তৌবা ইন্দ্র সোরারেন্ লোমস মুনি উবদা
মাগী নাপন্ পুম্বা মাঙ্ হরি ঐঙোন্ চঙ্‌জখি।
মনসাগী হাক্তকৃতা মাঙ্‌খি ধন্বন্তরী নাপল্
চন্দ্র সূর্য্য দুর্ব্বাসা শ্রীমতি রাধামক্কী নাপল্
ঐনা লোইনা মাঙ্‌হন্‌বা নখোয়্ পুম্বা খঙ্‌বনি

খোযুম্ ওইবা নখোইনা নখোইদা শিন্নু শক্তি কয়া
শেরান্ তুরান্ শিজিন্নু নাপল্‌না ময়াই কাতুনা
মীশক্ য়েংদ বর পী মীতৌ য়েংদ হেন্না চান
ছুইনাও মচা চাল্লগা মপুই লুতোন্ কাগুম্না
মীওই চাবোক্ কয়ানা খোযুম্ লুতোন্ কারক্‌পা
খোযুম্ উশিংলক্তবা খোযুম্ নাপল্ তেক্‌পনি

তৌজ কর্ম্মে মহৈ ফং খোয়ুম্ নখোই রাবনি।
মীওইবনা উৎপাৎ তৌ মালেম্ থক্ খা ওল্লক্‌পা
মতুই মহৈয় ফংগনি মখোইগী নাপল্ মাঙ্‌গনি
নোংমা মালেম্ তুম্‌গনি মীওইবা পুম্বা লুপ্‌কনি
লোক্ তায়্ ফুল্লক্‌পা উ-রা য়াম্থোক্‌পা
ঈশিং ঈচাও নংলবা লৈকংলা ওইবই অরাবা

মীওইবা কয়ানা খাঙ্লিবা তৌজ কর্মে মহৈয়্নি
মখোই উৎপাৎ মপূং ফা মালেম্ মৈনা চাকনি
আকাশ শাইওন্ লৌত্নুনা ঐনা য়েংলি পূম্নমক্
মতম্ শায়োন্ লৌত্নুনা ঐনা লৈয়্বি কাল্-চক্র
প্রলয় কয়া তৌখরে সৃষ্টি কয়া পাঙ্থোক্ত্রে
জগত পুম্বা তুম্নগা অমুক্ হন্না শেম্গৎপা

নীংথিজনা য়োক্ থাক্পা তাইবং চাংচৎ কায্হন্দা
ধর্ম্ম পুম্বা ঙাক্ল চৎ তাইবংদা শান্তি থম্বদো
শেম্গৎলগা থুগাইবা থুগাইরগা শেম্গৎপা
লাই মরু ঐহাক্কী তাইবং লিলানি কাউবরা
কল্প কয়া হৌখরে কল্প কয়া লাক্খিনি
লোইনাইত্রবা মতমক্নুংদা প্রলয্ কয়া লাক্খিনি—

সৃষ্টি কয়া তৌখিনি। ধর্ম্ম মাঙ্থরক্ খুদিংদা
ধর্ম্ম ঙাক্লবৈই দমক্তা যুগ খুদীং শায়োন্বা
লাই মরু ঐহাক্কী তাইবং লিলানি লেঙ্দবা
তাইবং চাংচৎ থম্নবা হিংচা য়াইতম্ মাঙ্হন্বা
ঐগী ইতেং পাংনবা মীওইপোক্তা শায়োল্লো
চৎলো নখোই [illegible] মতলোক্তা খোঙ্গুম্লো।”




ইম্ফাল,
মে ১৯৮৭ ইং

# অহৈবগী হান্না ফোঙ্খ্রবা

| | | |
|---|---|---|
| ১। | রাখল শৈফুকুট্ট | ১৯৪৯ ইং |
| ২। | শং[illegible]ী | ১৯৬২ ইং |
| ৩। | নির্মল যমুনা | ১৯৬৬ ইং |
| ৪। | থম্মোইবিনা | ১৯৬৭ ইং |
| ৫। | লৌনমচাওবী লৈরাং | ১৯৬৭ ইং |
| ৬। | রোম্কুদা শিকার | ১৯৭৩ ইং |
| ৭। | কায়নবদা | ১৯৭৩ ইং |
| ৮। | মংশং তানবা | ১৯৭৮ ইং |
| ৯। | অনি পোক্লবদা | ১৯৮০ ইং |
| ১০। | বারুণী রাবেং শৈবেং | ১৯৮১ ইং |
| ১১। | জগন্নাথ পুজারী | ১৯৮২ ইং |
| ১২। | উদ্ধবকী পাও | ১৯৮৩ ইং |
| ১৩। | বসুমতী | ১৯৮৪ ইং |
| ১৪। | পোমশাংনবী | ১৯৮৫ ইং |
| ১৫। | মমাঙ্ থোঙ্ লোল্লবদি মনিঙ্ থোঙ্দা লাকৃউদনা | ১৯৮৫ ইং |

(একাদেমি এৱার্ড ফংলবা)